# সনা লৈপাক প্রেমপু

## থাগৎচরি।

পায়না উবাবিনা য়েতুম গুই
খোরজৈ থাংদিলনা লংলা গুই
চামলৌ লাম্পুগ লাথক্তা।
মিঙ্গেন লৈবাং পান্দম লাক
চিংগু লাইগী লাইরেম্বা
লিরাং পরেং মওংগুম
খোইয়ুম মিংথে কয়াম্বা
লৈরাং লৈথল গুরহুম্বা
লংলকপা লাইরিক মচাসী
পোয়রৈ চাদোন ফাউবগি
তায়বঙ খোল্লাং পান্দমগুম
হৌরকলিব কয়াম্বা
ইমাগী খোল্লাং তাক্লিন ইথৌ
তায়বঙসিংনা থকলগা
থাখল হরেন জয়াইদা
সাংলিব সনাগী থম্বালম্মু
হেরুগা মপু মঙোন্দা
কংচব নবগী দমক্কা
ইজয়ক্রিব লাইরিক মচা অদি,
ছাপা নম্বগী মরমদ,
পাংদ্রবা ঐগী ইতিক ইপা গুইথিদ্রবা
অসিগুম্বা লুদ্রবা হক অসী,
পুথিবরক্রিবা আলেম সনা লৈবাককী
কোলোয় মিংলেনগা চান্নবা
সন লৈপাক প্রেম

কাংবুমগমে লেপনা ৩৫উ। অহুম হায়না ইহিরম্মী মরম অসিন্দী পুয়াগী রাহনথোক খোনথোক রাহয় অসি লোন অমনা রাহনথোক রাহয় অহুম লোন্না পুথোকই রাহন অমদি লাইহিক অসি পাহকপদা মশুগী মপুঙ্‌ মং মহদনা লৈবা, তরংদা পাম্মে থিবাগুম থোকই।

লাইরিক্তা ইরিবা লোন অসিগী মনুঙগী, অবাংবা থাককী অকুপপা মরোল্লি মিৎনহাগী মিদগী থোকলকপা ঈয়েক অরেং সপাই মাপনগী মোসৈইকারগী খেৎনবা থিবীয়ু মপালগী মরোং অমদা মোদিফর্ঝ কার অমম্বং মঃ ঐকারগী থোম্নোক থীবীয়ু।

প্রিন্ত তৌবা পাপা নম্বদা চৈতপ ইনিল সোয়থিবা সয়েক মসোন লানথিবা মরম পুম্নমক অকোনবা খুৎনমদা চুমথোকচগনী।

মেরা ১০নি পানবা নোংমাইজিং-ওক্তোবর-তাং ৩।১০।৭৬ইং

---

## ফোঙদোকচনিংবা

১— লাইরিক লেংবা ইথোক্লবা অইবা ঐ ইসামক

২— লাইরিক অসি পুথোক্লগা ফোংবা হোৎনবাদা থবাই হক-চাং য়াওনা শরুক চাউনা পুবিথিবা থিয়াম শ্রীইন্দ্রকুমার, সিংএঃসিঃ এস পঞ্চাইট ওফিসার মনিপুর।

৩— লাইরিক অসি পুথোবনবা হোৎনবদা ইৎসাহ পিহিরক পগা লোইননা থৌগৎপিরকপা নিংথৌখোংজম শ্রী খেলচন্দ্র (পণ্ডিত) সুপারিন্টেণ্ডেণ্ট রেকোর্ড এণ্ড লাইব্রেরী, মনিপুর সেক্রেটারিয়েৎ।

৪— রিভাইস তৌবগা লোইনন লাইরিক অসি ফোংবা য়ানবগী মরম পুম্নমক্তা অবা-অনা থিদনা হোৎনবিথিবা সাগোলশেম শ্রীইন্দ্রকুমার সিং মোংসাংগে।

৫—ইয়াদগী অনৌবা লোন্দা থুন্দোক্লকপা লাইরিক অমি কোংদোক্‌পদা হৌরক্লীবা মহারোলসিংগী পান্দল চৈহ্ন ওইবগা লোইননা মহাক্কোনগী চাউখৎকনিংঙাই ওইগনী হয়না কোংনবা থুজিন থৌরাং তৌবা কংজম্ব মিক্কোন মোমোন অকোইজম ওঙবী, থংইকোঙ্গে লৈকাই।

৬— হিস্টরী রেকোর্টিং ইংকাবা তৌবথোক ৫।৫।৭৮ শ্রী-কালিটম্বিং রিসার্চ বিএ।

৭— কম্পাস তৌবগা লোইননা প্রিন্ট তৌবা, (ছাপানবা) নোংমাইথেম শ্রীরাজমনি সিং খুদাই কোমহুৎ লৈকাই।

৮— বিভাগস তৌবা অমসুং পিবগা লোইননা লুপা ৩৫০ ক্তু অমসুং পাংথৌবা চনম্ব হেমচন্দ্র উরেস্পোক নাওরেমথোং

৯—লাইরিক অমি কোওঙ্খোককনি হায়বা তাবদগী অহকপা অমসুং থরা পিবিরকপা কাংজম ইবোচা মেকানিকেল কয়াই লাংপোক্লা লৈবা অসিনা লুপা ১৫০ অমসুং পাংথিথি।

১০— কোংদোক্লেগা সন্দোকপা এল রাজেন কুমার রিসার্চ বিএ

১১— অহৈবগী থম্মোই ব্রথল থোগৎপিরকপা মোংরাংখেম ইবোতোম্বা মাইচৌ মৈতৈ (সংবিধান) হৈনাৎকী প্রেসিডেন্ট রাংথৈ অকোইজম লৈকাই।

১২— অহৈবগী থম্মোই পুক্নং চাউখৎথোক হনলকপা লাংশ্রম কৃষ্ণ-চন্দ্র রিসার্চ H. M D. ডাক্তর মালোম (৩) ইম্ফাল।

হায়রিবা শিক্ষা বিভাগকী কর্তৃপক্ষ পুস্তক অমিগী অমসুং দগী লাইরিক অমি পুথোক্নুনা কোওদোকচবা ওযজবা মনিপুরীদ-সক মরমগ অসিগী সিংঙমদ্রবা লমম তোনলবনী।

১৩— অকোইজাম্বা নৌদিয়া

(D. M. P.) ডিঃ মনিপুরী কলচরেল রিসার্চ এসোসিয়েসন লিমিটেড এ'দমনেল ইডিটর হেড অফিস ফ্রেগুস টেকিস লিমিটেড ইম্ফাল।

রিসার্চ স্কোলারগী য়াহংগী পাহংগী পাওথুম পিরীবা অকোইজাম্বা নোদিয়াচান্দগী হিসতরী রেকোর্ডিং য়েংলুবদা মহাক্না তৌরকপা থবক অচানবা ফোর্থ মনিপুর রেজিমেন্ট কাইবাতালেন S. M. P, ষ্টেট মিলিটারী পুলিশ নম্বর ৫০ এসাক সেকেণ্ড কমান্দর, আইপিসিগী থারা নম্বর ১৯২গী মতুং ইন্না শোক ১৯৩৮ দগীনা শোক ১৯৪৮থা ৪ তাং ৮ কাওবা অরম্বীগী থবক তৌরম্মী। মিলিটারী সেকেণ্ড কালাসন্তা অণ্ডর মেকতরিক এসী। পুম্নমক য়োমদদী অরাণবা থাক্তা লৈরে, লোন অমমা য়েংলুরবদী আইসি এসকী মথক ওয়রে, পুম্নমক ওম্বা শোক ১৯৪৪ দগীবা ইং শোক ১৯৭৭ অদি কাওবদা চহি ৩২ চুপনা হেনগে, পুম্নাগী মরমদা ঈপা-ইপু করামুককী মতিক ময়াক থলদ্রা লৈরীত্র। নোদিয়াচান্দনু পোইবে ফাংথিবা মাইচৌ অমনী হায়বদা হায়রকপা থোকলোয়।

মিতৈ সলাই ঈরেক তরেংকী অপুনবা মকোক্তিদ অমগী লোন থরা ইরক্লীবা অকোইজাম্বা নোদিয়াচান্দগী ল্যাইরিক থাবান-বদা থরো-শুপলোন কৌবা ১ সু ইরে, মংদা ২ মেরা হেনরে হুমচলোন কৌবা ৮ সু ঈরে, মথংদা লিলাং হিংবা ইথাক্ক ক্রমা ইথরক্তনা লাইরিক কয়াম্ব ফোঙথ্রকনী মতুং অসিদা

# য়াহৈ মপুঙ থরক্

লম অসিদা লৈরম্বা লাই ওইশ্রবা অহল্লমন খগণ্ড অং কয়ানা থম্মিরম্বা মৈতৈ লৈবাক্তী পুকৈদা চোইজাইনবা তাহনা লৈরম্বা মৈতৈ ঈনাংকী লনগৈগী শরুক থরা থনগকুং অকোইজম শ্রী নদীয়াচান্দনা ইবা "য়াখুন-পোম্বিং" কৌবা লাইরিক অসিগী, খুৎইদা শরুক থরা পাজয়ে।

লাইরিক অসি পাহনা য়াম্না কুপনা নৈনবদা মৈতৈ ঈয়েক লাইগী মরু ওইবা য়াকম কয়ামুক থলনা য়াওরি মৈতৈগী চরমহৎ খণ্ডনিংবশিংদা থোইদোক্লা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা মপুং ফানা য়াম্না কাম্বা বংগনি হায়বা অসি হায়মনবা খোকলোই হায়না থৈরে।

নিংথৌখোংজম শ্রী খেলচন্দ্র সিংহ
খাই উরিপোক ইমফাল
তাং-৮।৯।৭৬ ইং লাংবন থানিন য়ুমশকৈশ

## ৱাহয় খরদং

অকোইজাম্বা নদিয়াচান্দ মৈতৈগী ৱাথুন পোমিং খুংয়ি ওইনা লৈৱিতে থেংনরকতুনা পারে। ইতিহাস অমুক হন্দিন্নকই হায়বা অদুনি, মৈতৈগী থায়নগী লৈজরম্বা লৈরোল চন্নুরবা অমল য়াম্লবা লল তৌদুনা, হুমদুনা থিরকপা হৌনরক্লে। থায়নগী চংনরম্বা লোনচং শাজং, লাইনীং লাইশোল নোৎহোননা পাম্নরক্লে।

মীগী য়মা কজবীবু ইমা ওইসিবা, পোমক্রি শেগায়বা শেংগী লাইরবী মঙোন্দা ইমা কৌসরা থম্মনিঙাইনি। হৌজিক্কী নহারোলশিংগী মরক্তা মিংগী মথৈদা "মৈতৈ"না তোঃ থিব শমক্র থিম্নরকপা, য়ুন্নাক্তা শমজিন্নরকপা অসি পুন্নমক মচেং ওইয়া পাউখুম অমনি। চহি ১৯৭ চুপ্পা লৈরোল চন্নুরবা মৈতৈগী লাইনীং লাইশোল ইংশোক ১৯৪৫ দগী পোমক্রি পোমায় কাংলকপা, লুবাক চেংবোন হাংলকপা অনৌবা দিহৌগী কাউজরোইদৌবা তাংকক অমনি।

অৱাবদি, ময়েক্কী অওইবা শক্তম অমা ফিরেপ তানা লৈহন্দ্রিবা অসিনি। মৈতৈ ময়েক শানবা "ফাউণ্ডাড়ী" লিংবা থেণ্ডমল্লবনি। অদুবু মৈতৈ মায়চৌ কয়া থোক্লরকপগা ইরোয়-ননা ফাউণ্ডাড়ী কয়া কয়া য়াম্না থুনা লিংখৎলকপা য়াই হায়না অশা তৌই। অহল্লোন নহারোন অনীমক মায়কৈ অসোমদা খুংশল্লমা চণ্ডশিনবীরগদবনি।

মাঙদা লৈরি, মৈতৈ পুয়া, মৈতৈ লায়রোন মশীং লাকওম-দনা—চংনবী পথাপ, লৈচীল কাংলোন, লৈঙাকলোন, মুমিং

থা চয়োল মশক তাকপা, মৈতৈ পুম্না শীংকক, শীংথা, শাগোক সরুম, শাকোক থিরেন, লাংওন লংদাই, লৈথক লৈথা, মুমিৎ খেনজংলাং, পাখংবা য়ুম্বী, পুতিন লময়িৎলোন, হিরী সিংসৎ-লোন অসিনচিংবা পুম্না কয়ামুক। হায়রি, য়েলহৌজৈদগী মীগনা লাইগা শম্নরিজৈদগী লৈরক্লবা পুম্নানি, লায়রোম্নি, চৎন-লোন-চৎনি, মৈতৈ ময়েক্নি। চীংনা ইকোই কোইশিনবা উয়ক্কা থারক্কা পংলে লৈরম্বা, পংপ্নান পাল্লম্বা মৈতৈ নত্তে। পৃথিবীদা কুইরবা লিরবা লোলনি, ধর্ম্মনি, জাতিনি।

চিংথাম্ মঙ্গি রিসার্চ স্কোলারনা থাহং ১৭ থক হংলি। থাহং খুদিংমক নহারোলশিংগী থাখল লমজীং ওইবা ঙাক্নি, খঙবল কান্নবা ঙাক্নি। অকবা অচুম্বতা ভৌথা, অচুম্বতা চৎপা, অচু ধর্ম্মনি। মৈতৈগী থায়নদগী চৎনরকপা লোনচৎ শাজৎ লাইনীং লাইশোন লাইরিক অসিদা নীংথিনা নৈনরি। মুমিৎ ৭ নিগী মমিং কয়ম্না থোনথিবা, থা ১২ চুপ্না লাইনীং লাইশোন তোনরম্বা ঈরাৎনরম্বগী ময়মদম্ মখোক চুম্না তাক্লি। পুম্নমক খিনীংবা খঙনীংবগী ঈহোনা থুক্কৎলক্লিবা, মৈতৈ মায়চৌ কয়াগী থোঙ্গল লীরক্লিবা নহারোলশিংগী কান্নবা ঙাক্নি। অসিগুম্বা লাইরিক কোংবা হায়বা অসিমক্তবু মীয়ামগী মতেংগী মথা পোল্লি। অদুগা মরু ওইনা নহারোলশিংগী মতেং ফংলবদি মৈতৈলোন চাওখৎনবা হোৎনবগী লম অশোমদা অচৌবা য়াওল অমা পুরকপা ঙমগনি।

অকোইজাম্বা নদিয়াচান্দ মৈতৈনা লৈবাকী য়াইফনবনা মাংওইননা থল, মশাগী ওইজবা থিবনা ভুংওইননা থম চীং-তম অসিগী ইচিল ইনাও লৈরিবা পুম্নমক অসিগী লৌশিং ওইনবা অমদি খঙনীং নৈননীংবগী লমজীং থাওমৈ থাঙ্গৎপিরকপা অসি শ্রীখোয়গী লাইবক ফবনি।

ভদ্রলোক্কা নীংহম্নবীবা লৈতনা মৈতৈলোন অমদি চংনবী লাইনীং লাইশোনগী মরীদা হেন্না হেন্না থিজিনবীজুনা হেন্না হেন্না চাওথংননবা হোংনবগী অরুম্বা পোংলুম, অচোবা থোদাং অসি লৌবীগনি নীংজৈ। মৈতৈগী ওইবা লাইরিক কয়া কয়া ফোংদোকপীরকথিগনি হায়না আশা তৌজৈ।

ইম্ফাল
তাং ১৫ আগষ্ট ১৯৭৬

টিএচ, ইন্দ্রকুমার সিংহ, এম:সি:এস:
পঞ্চায়ৎ অফিসার, মণিপুর

---

* প্রস্তাবনাগী ২০নি পানবা নোংমাইজিং মুদিং অয়কী পুং ১১ তাকা মতমনে।

## ৱারোল খরদং

থৌরাই তৌরিপোক্লা লৈবা শ্রীইন্দ্রকুমার অসিনা অল্ মণিপুর স্টেইট অসিদা ইংকুমজা অনৌবা ১৯৪৭ তগী লৈবাক্কী অরূম্বা ভার পুন্নমক পুবা য়াওরকপগা লোইননা তুংগী থোম্লাং ওইনবা অসিগুম্বা লাইরিক মচা অসি ফোংদোকপা য়াননবা মিংল্লেং তাবীবা, অসিগুম্বা তৌবীমন থঙবা, মীওইবগী মুত্তাইনা পুক্নিং লৌসিং থোক্নবা মরমতা সিন্দুনা থবক মওং মৰোঙগী মতুং ইন্না থৌরম মরম থায়না থবক তৌবা মী-মরু-মচং পোকইবা মপোক অসিমগী মপোক্লা মীগী চাওখংলকপগী মহৈ য়াম্নবা লৈবাক নিংথৌ মীয়াম্নগী ফনবতা শেমলবা, মীপোক অথোইবা চংখোনবা অমনি।

লাইরিক অসি পুথোক্নবগী মরীদা হায়নিংঙাই লৈতনা করাবা শরুক য়াবিথিবা শ্রীযুক্ত ইন্দ্রকুমার, মেম্বর মণিপুর সিভিল সার্ভিস, পঞ্চায়ট ওফফিসার শিক্ষা বিভাগকী কর্তৃ পক্কবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌনা থাগৎচরি।

অকোইঙাম্বা নদিয়াচান্দ
কংলৈম্না লৈপাক চাং-তম লুপ্তিন সংলেনগী থৌবুরেন
(প্রসিডেন্ট) ইংকুমজা অনৌবা চৈসিং ১৯৭৬ তাং ৬ থা ৯
লাংবন ১৩ নী পানবা নিংথৌকাবা মুমিং অয়ুক পুং
১০ মিনিং ১৫ চৎপা সেপ্তেম্বর থাদনে॥

# কচ্চরা

—(০)—

লৈরাংজরি মপুন্দা
তেংবানবগী মকুংজো :
ইবুঙোনা হৌবনি,
ইবুঙোনা লোম্বনি,
ইবুঙোনা মরুনি,
ইবুঙোনা লিকলুনি,
ইবুঙোগী লিকলেংসি
কাঙ্গরক্করি তাইবংদা,
পঙ্গৌগী য়াথং ফজবা
পলেমগী ইনিল মুঙসিবী,
তাইবং সিংনা শোম্মরী,
থোইনা ৱাংই হায়নরী, ।
কোয়ৌ ৱাংনা থাবীরম্বা,
মালেম্ নেম্না সেমলমবা—।
চিংঙু লাইগি ফজবা খুসেমশে,
য়েংবগী অপেনবা নাইদেনে পঙ্গৌ ।
য়েংঙুনে নমু-ঙে: তাইবং
মালেম্ ইমানা ৱারীবশে
মালেমগী তমপাক্না পিক্লাবোই নিংঙুই
মপারী মসিংনা হেল্লবোই খল্লুই
লমহেনবা মচানী তাথীনি মৎতাগুম্
অকোয়বা ফিবান্দা লোইবী চিংনা জারে ।
পোইরৈ লমদম লম্নুংসি
চীংলোন মাপম্না পনসারী ।
অকোইবা ফিবান লীতোন্দ

অরা চরৈ কোক্সেংনা
লাইরা নম্থাং ম্চিলাং
চীংদা কানা সিংচনবী
পাঙ্গা কুম্না ঙাতানবী।
নপারী নমোম্ ঐখোইগী,
পাঙ্গল্ সরেপ্ ফানবা
পলেম্ ইমা অপোকপীনা
খোম্লাং তাজিন্ ঈনৌহুন্
চরৈ নাহোংসা
ম্যালৌ থুপ্কিনানা
কৈরা তানদা পম্
শম্ নমদা পোনা
নাউয়োক্ পাবু
লোইদাম্ থাবুম্
অহুম্ শুরবগী
পলেম্ ইমানা
লেমলৈ ঙাতোংসেং
খুমলাং ময়োনসংনা
তায়বঙ তরা চাকপূ
তরা চউম্ তম্লে—।
থৌবাই কৌসিন চাকপূ ইন্
মিরেন ফানা চাকপূ ইন্
য়াইবী লেংদ চাকপু ইন্
থৌবাই মঙাফানা চাকপূ ইন্
মিরেন্ হৈহা চাকপু ইন্

লৈত্রেন য়াইফা চাকপু ইন্
মালং মুঙসা পান চাকপু ইন্
মিংচং মিংকাও চাকপু ইন্
পলেম্ পম্বৌ ইপাল চাকপু ইন্
তরা সাইনা নাউয়োকপী
পলেম ইমাগী লম্মনবু
তাইবং মালং পানসিদা
কায়িনা লম্মন্ সিংগনি ।
অহিং লিল্লা য়াইগুম্বা
নমু তাইবং খোংচংনা
অবাং সরু লুতোং লৈ
লাইজ থক্কী কোঙ্গোলগুম্
অমুল্ সিয়াই চন্দ্রিটৈ
য়ামজেম্ মৈরা মুংত্রিটৈ
নবা লৌশিং সৈদম পাল্
পায়মা সিলৈ লোম্বা নচানা
পম্বৌগী মোংবা মশাইকোন্দা
হৌজবা হৈরাং পাম্বীদা
য়ানজবা মহৈ মরুদনী
হৌরকপা তাওজিং হৈরাংদী
তাওজিং মহৈ য়ানদ্রিটৈ
হৈরাংগী মপাল পোল্লীটৈ
ঈঙা কুমজেন্ লাও ঃ
ইঙেন্ কুম্খাইরক্লে ।
তাংজ কৈন লামনা
লাইঙ্গ ঈরেন্ মপুং ফারক্লে ।

"সিঙেন লিয়েংনন।
লৈরাং শাৎলক্লে।
সিঙেন পোমসাৎ নরকপা।
লৈরাংগী লৈকা খুলিংদা।
লৈথল নাইনা সাৎলকপা।
লৈরিক লৈকা লিসিং পানবৰু
লৈকা নাইনা হেকচরকপদা।
থম্মোই ঈহৌরক্লুনা।
পিরাং ওইনা চেম্বরকপা।
মিংকি পীরাংনা লংসুং ওই
অহুম্-শুবা লৈকানা।
লৈথল নাইনা লেংতুনা।
সিঙেন নাচোম্ শেম্লগা।
চম্লৌ লাথুপ্ লাথক্লা।
সীঙেল লৈরাং পান্নম্লাক্
ব্রাখুন-পোমিং কৌব লাইরিকসী
থৌজান্ ইরা খিক্লুনা।
কৎচবনী ইমাগী মকমদা।
লৎনা থোংজাউ হাংবীতুনা।
লৌবীয়ুনে তমফা ইমা অপোকপী
লৈরাং লৈহুন্ তমজবা।
লৎনবিনু পলেম ওঃ—।
লিক্লাং ঙাঙ্গোই পরেংগুম্
সিবিয়ু ইমাগী ঙকশমদা।—॥
নপারীগী নুংঙোন্ পুক্লিং
হেপ্লি পনথাঙ হৈতবা

ইসৈ লিরোং খঙদনা
তেংথা ময়েক চাদবা
বারি মীরোন্ ওইবনা
লাইরেন চিংখোং ম্নাকৈজগে
পলেম্ পম্থো অনিমকতা
নচা ঐখোইবু........
তায়রবঙ সম্থাবিরম্লগা
মপুগী চৈসিং লোম্লবগী
খোইমোম্ লাইরুপ্ লিত্তিন্নবা
খোইয়ুম্ লাইরৈবাক্
য়োম্নবা মালং ইরোইনা
নোংমদোন্ পোমাই হাংদুনা
শাজক মতুংইন্ থাবা মমৈ
বাইদুনা খোইয়ুম্ নোংদোন্
লাই-লৈবাক্ ম্নাচৌং অখোইবা
চৌংদোন্ ময়াই থিংক্রু চৌং
মনা ময়োন্ অনৌবা হুনবা
নুংসিংনা হুম্বা মফমদা
মনা লৈয়োন্ লৈকা অনৌবা
লৈরকতা লৈরিক্ লৈনম্
ওইনা তিনথ্রবা।
পলেম্ পম্থো অনি মক্না
চোইনৌম্না চৌংদোল্লেব
ময়াই থিংক্রু নানৌ চৌং
মালং নোংজ্ঞম্ চৌং
কোয়ৌ নোংমদোব

মপু খয়োম্ চীংদগী
নোংদোন্ পোমাই হাংদুনা
কোরৌ নোংদোন্ লাইলৈপাক্কী
নোংলোন্ নোং সুংশিংকা
লোয়ননা নোংলিগী য়িরম ইম্না
অরাং নোংফু মহুম্ মুঙদগী
থৌজান ঈরা খিক্পিয়ু।
পলেম পম্বৌ অনি মক্না ॥
তেংবানব মপুবু খুরুম্না
ঊম্বা ইমাংগী থৌগাওদা
মচিল্না কোলোন য়াকাশং
চেক্লা চোচো্রবী ঊফোংদ
ম্বাক্লা সৈশক জরকপা
চৈতপ ঈনিল্ সোইথিবা
ময়েক মসোন লানথিবা
মাহৈ নাতৈ শমথিবা
মাঙম্ হৈঙম তানলিবা
ইবুঙো ইবেম্মা সিংনা
অসোই অঙাম য়েংনা পাবিয়ু।
লৈরাংজরি নচানা
পোইরৈ ফাংথিবা
থ্বাই অকোইজাম্মা নোংদিয়াঙ্ক
আমাইবা পীপালেন।
চীংতম্ কংলৈম্না পুঙময়োনগী
নোংদম্ সংলেনগী লুচিংবা ॥

---

## মমাংগী ৱাহায় খরদং

### লাইব্রিক অসি শরুবগী মরম :—

চৈংতম কংলৈ মমা লৈপাক অসি হৌজিক মী লাখ ১২ য়োম লৈরে, মসি মিতৈ ঈয়েক সলাই সাগৈ তরেৎকী ৱা ফমনি। ময়েক তরেৎকী সাগৈশিং অসিগী মরম অসি কংলৈ মমা পুঙময়োন্দা লৈরিবা অয়াম্বা মীওইশিংনা খঙনদে, হৌজিক অঙোম-মঙ্গাং-লুৱাং খুমন মুইরাং খাবঙানবা চেংলৈ সারাং লৈ শাংথেম লৈরিবা য়েক সলাই য়ুমনাক সাগৈগী মীওই অয়াম্বা খরনা ইখঙ খঙদবগুম্না উই ॥

লৈবাক অসিদা য়েক সলাইগী লাইরিক কয়া ইখে অদুবু খঙরু-উদবা মীওই খরনা মনিপুরী হিন্দুনি হায়রুনা মিতৈ ঈয়েক সলাই সাগৈ তরেৎকী হৌরকফম মরু ওইবা ৱাকম কয়ামুক মাংননবা থৌরাং তৌরিবা কাংলুপশিং অসিদি মমিং তাংবা মনাপংবগী ম.া ঈসেংদবা অদুগুম্বা মচানী হায়ব কোকুন বগী ঙাংনারকপা ৱাফমসিংনী ॥

মিতৈগী লোন অমস্তুং ময়েক নৈনবা অপুনবা মরুপনা মপাল কাংজেবুংদা লৈবাক মীয়াম তিন্দুনা ফাইরেন থাগী ২৫নি পানবা তাং ১২।২ ১৯৬৯ ইংদগী হৌবনা তাং ১৮ ২। ১৯৬৯ ইং ফওবা ময়েকী মরমদা সুমিৎ সিংপুম ৭ নি চুপনা মীয়াম চংনা ময়েকী ৱালেপনখি। চৈংতম লৈবাক মী য়াম অপুনবগী মীফমনা লেপনখিবা ময়েক অদুদি ডিঃ রিকো- মেন্দেসন ওফ ময়েকী কনফরেন্স ১৯৬৯ কৌবা লাইরিক অমা ওইনা চহি অদুগী জুলাই থাদা ফোঙখরে। কনফরেন্সনা লেপ- নরম্বা পুম্না ময়েক অদুদি মতম কুইনা সুঙসাংনা ফাওরুরবনি

অদিদা লৈরিবা মীঅয়াম্বনা পারেং সিংনা ইরবা

ঐখোয়গী ময়েক অসিদি পাবদা মথোকনদেঙ্কে —॥

মরম অদুগী মতমগী ঙাংনবা য়ানব অবায়বা বেঙ্গোলী ময়েক সিনজল্লকপা লাইখিকী লৈবাক মীয়াম হুপনা মপান্দ বা ইজপুংদা পুয়া ময়েককী মরমদা কনফরেন্স তৌথিবা অদুবা ইংব মকসু কনফরেন্স ময়েককী পাণ্ডিত অমা ওইবগা অদুগ ইজুকিটিভ অগ্নদি ডেলিগেট অদুগী মনুঙদা চিফ গেষ্ট-কী রিসার্চ অমা ওইনা ওইজখিবগা লোয়নন পুয় ময়েককী বাহনথোক মতমগী ইমালোনগী বাহৈ খোনথোক অসি অরি অনৌ য়ামনা ইজরক্লীবা লাইরিক অসিগী মরম-।

লৈবাক মীয়ামগী ইহৌ অমা লাকতুনা মনিপুর স্না কোন্নুং উত্রাসংলেন ( দরবার হোন্দা ) পণ্ডিত লোইসংগী পণ্ডিত সিংগা ত্রাম্মা সোভা লোইসংগী ব্রাম্মন সিংগ লৈবাক নিংথৌ মীয়াম লৈবাক মীয়ামহুপনা তাং ১৬। ৪। ৭২ ইং নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদগী হৌনা লৈবাক মীয়াম হুপনা তিনবা মীতিন অদুনা স্নামহি লাইয়িংথৌ ইপুথৌ পাথংবা অমাদ উমংলাইগী মরমদা অচুম্বা মরম অমগী মহৈ মহৈ ঙাংনরকপা হংনরকপদা। ঐনা খুমখিবা বাকম অদুসু মচা থাইনা লাইরিক অসিদা ইরী ॥

১— মরম অমনা থমনাৎ লৈরকতা লৈরম্বা সোরাইশম থেনো মাইচৌ

২। ওক্রম নিকতায় মাইচৌ সিংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা প্োকলম্বা কোনোক খিঙেলদা লৈরম্বা।

৩। চনম্ব বীরহরি পণ্ডিত খ্বাই উরিপোক 'খোহস্যাম লৈকাইদা লৈম্ব

৪। ইরেংবম নোবিন মাইচৌ কাক কৈথেল মোইরাং পুরেল লৈকাইদা পোকলম্ব হৌজিক ইন্ফাল কোলেজ ময়াদা লৈবা,,। হায়রিবা ওঝাসিং অসিদগী লৈরম্বা ঈয়েক তয়েংকী "পুয়া,, ময়েকসিং থরা ঐনা হংনা গায়নজরগা খূংই ওইরা সিন-জরগা থরদং খোমজিল তাসিনদুনা ফংজরুবা লাইরিকশিং পারু বদগী ইপ্রোকচবা ওমজবা লাইরিকনী। ময়েক সিনবদা পন্থো উজ নোবিনগী যমোম মচা য়াইমাবী স্থবদনী চনুনা মতেং থরা প্যাংথি।

১। লাইরিক অসি ইবদা নৈনারকপা থোঙাম মাধোপ পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র ভদ্রলোক অনিগী খুনুং লিচৎ সাজৎ।

২। খুমন লম্বম য়াইমা পণ্ডিতকী সলাই মৈহোরোন পুকোক পাথংবা ফম্বান লোন অনি অসিগী রাহৈ থরা ঈয়েক ৭ কী॥ লাংওন লাংদাই থৌরমগা চানৈ॥ লাইরিক অসি থাংমৈব ন্দ মৈস্যানাম লৈকাইদা লৈবা সমজেং স বম ওঝা কোবা মাইচৌ অসিনা য়েক সলাই ময়েকতা নংত্রবদি ফে ওবা চুমদেহ হায়না তাক পিরকই। অতুবু মতমনা য়ারকত্রদুনা পূখোকচারবনী ওঝাবু থৌ ওইদবা নংচদে মতমগী মতুং ইন্না লৈবাক মীয়মগী চংনবী (কণ্টম)অমগী হহৌ অমা লাকপদগী মীয়ামগী অপূনবা মীতিল মীফম অমা ফমখি ইরিবা ঐইসামককী য়ুমদা, মীয়াম অসিনা হৌ না লমচংকী রারম কয়ামুক হায়না হংনারকপদা।

চোংথাম মঙ্গি রিসার্চ স্কোলার উরিপোক নম্বোয় খোং নাংদা লৈবা অসিনা তাং ৫।৬।৭৬ ইং ইঙা ৭ নি পানবা

থাংজ শুমিংকী অয়ূক পুং ৮ মথায় তাবা মতমদা মীওইয়বগী চুৎনরোল মরু ওইবা ৱাৰম-৩৭ থক হংখি,।

মতুদা লৈবাক মীয়ামগী ওয়বা অহকপা ৱাৰম মরোল পুম্নমক ঐনা পাওখুম অয়াম্বা থুৰখি স্কোলাৰগী ৱাহং লৈবাক মীয়ামগী ৱাহায় পরেং অদু চিংথবা লৈতনা অপুনবা মচাথায়না লাইৱিক ওয়না ইৱগা ৱারেংসিং অদু মপাচবা মফমদা হাপচ-লদুনা ইচেল ওয়না ইদুনা পুথোকচরি।

ইং কুমজা ১৯৭২ জানুয়াৰী তাং ২১ ৱাকচিং থা মঙানি পানবা ইৱাই সুমিংতা মনিপুৰগী মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইরে অদুগী মতুংইন্না লৈবাককী ৱায়েন খৌদায় লৈবাক অসিদা নৌনা শেমগৎপা লৈঙাক লোন ইমা লৈবাককী অচুম্বা পান লকপগী মতুংইন্না লোন ইৱায় ইনিন থঙনবা নহারোলগী ভুংগী খোল্লাং ওইগদবা ৱাথুন-পোমিং কৌবা সাঙ্গৈৰিক অসি সৰকাৰ না মৈতৈ সাঙ্গৈত্যগী পুককৈদা থমজনবীয়ু মনিপুৰী ইতিহাস মপুঙ ফানবা, মনিপুৰ সৰকাৰনা লোসনবিদুনা লৈবাক মীয়াম-গীদমক কাম্নবা মৰম য়েংদুনা সিজিন্নবীয়ু হায়না হন্না হন্না লৈবাক মীয়ামগীদমক ৱাকৎচৰী॥

"অত্তৌপানবা সনাই,,

অকোইজাম্বা নোদিয়াচান্দ অঙোম ঊয়েক D. M. P. কলচ-রেল রিসার্চ এসোসিয়েসন লিমিটেড এডিসনেল ইডিটৰ-॥, খা ্যই কোঞ্জেং লৈকাই মা কংলৈপাক ইম্ফাল মনিপুৰ ষ্টেট সেন্ট্রেল ডিস্টিক রেই॥

থাৱান-থা ১০ নি পানবা সগোলসেন আগষ্ট তা: ৫।৮।৭৬ইং-।

১৯শুবা মতাং লাইগী সাইরোন নিংথৌ কনানা হানখিবগে (লাইগী সাইরোন অহানবা) ৬৩

২০শুবা মতাং মালেম নৈপাক অসি কমদৌনা শেমলকপনে। নৈশেমলকপা খণ্ডনবা (নৈশেমলোন) ৭২

২১শুবা মতাং মাইকৈ ভাকপ লাইগী মমিং করি কৌবগে' (লাইচল লোন) মাইকৈ ভাকপা লাই মমিং ৮১

২২শুবা মতাং খা ভরানিথোইনা অনি থোকনা থাইদোকপা ৯৪

২৩শুবা মতাং নোংথোং কমবাল কাংথোং লোন হায়বসি মতিক করিনো। নোংথোং কম্বাল কাংথোংলোন। ৯৭

২৪শুবা মতাং পাখণ্ডবনা কমবাল কমদৌনা তোংখিবগে। পাষণ্ডবা কমবাল তোংবা। ১০৬

২৫শুবা মতাং নোংথোঙ ভুমবনা মালেম কমদৌনা চেপপগে। নোংথোঙ ভুমবনা মালেম চেপপা ১১৫

২৬শুবা মতাং নাওথেমলোন হায়বাস করিনো। নাওথেম লোন) ১২১

২৭শুবা মতাং লাইগা তাইনবা তাইবং নিংথৌ কনানো? ১৪১

২৮শুবা মতাং লাই ১২ না মথল ১২ থোক্না কমদৌনা লাংওন সানবা ১৫৪

২৯শুবা মতাং ঈথৌ ইপু সিদবনা কোরৌ মালেম তাইবং কমদৌনা য়োকখিবগে। ১৬৩

৩০শুবা মতাং কুরুগী হকশাংদগী কমদৌনা সলাইরেন পোকখিবনো। ১৬৭

৩১শুবা মতাং কুরুগী কোকপু কমদৌনা অভোম্বা লৌখিবনো। ১৬৮

৩২শুবা মতাং অভোম্বা অহানবা কোক লৌই হায়বদি মতৌ কমদৌনা লৌখিবনো। ১৭০

৩৩শুবা মতাং কোজুং হারুরিবা অসি মরম করি নৈবদগী কোজুং কৌরিবনো। কোজুং খণ্ডনবদি পাথংব য়ুবী "পুয়া" লাইকম ইকা লাইরিক্তা য়াওরী। ১৭৫

৩৪শুবা মতাং — কোনুংদগী কমদৌনা পুরা মথক মথা ওনখিবনো? পুরা মথক মথা ওনবা। ১৭৮
৩৫শুবা মতাং — পুরা মৈ থায় হায়বা অসি মতৌ কমদৌনা থাখিবনো। ১৯৬
৩৬শুবা মতাং — নোংঞ্চং ইরুপপা হায়বা অসি করিনো। ১৯৯
৩৭শুবা মতাং — দিক্ষা পিবগী থুদম মওং করিনো। ২০১
৩৮শুবা মতাং — মাইচৌ কুরু কমদৌনা থুরুমগনি। ২০৭-২১

—:(0):—

## অরানবা চুমথোকপা

মথাগী অসি য়েংলগা অরানবা চুমথোকপীয়ু—

| লামায় | পরেং মশিং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ৯শুবা | থবসিসদা | মৈয়াই সিদা |
| ২ | ৯শুবা | থুমজা | কুমজা |
| ৭ | ১৪শুবা | নিংথৌ৪৯ | নিংথৌ৫২ |
| ৯ | ৭শুবা | হন্দেকদবা | হন্দোকদবা |
| ৯ | ১২শুবা | থোকনি | থোক্লনি |
| ১২ | ১০শুবা | মতামরুপ | মতামরুপ |
| ১৫ | ১বা | কোর | কোরি |
| ১৬ | ১৭শুবা | মীতে | মীতৈ |
| ১৯ | ২২শুবা | ওদি | ও-দি |
| ২০ | ১৫শুবা | য়াওবৌ | য়াওরেই |
| ২৮ | ১০শুবা | নিংথৌ৪৯ | নিংথৌ৫২ |
| ২৮ | ১২শুবা | লনজানা | লানজানা |
| ২৯ | ১০শুবা | সেনলো | সেনলোই |
| ৪৮ | ২শুবা | ঈপেতপা | ঈপোকপা |
| ৫০ | ১৮শুবা | মচুনা | ইচুনা |
| ৫২ | ৯শুবা | য়েংতাকম | য়েং-তাকম |
| ৫৭ | ১০শুবা | হলিং | হাংলিং |

# ৱাখুন-পোমিৎ

—ঃ(0)ঃ—

অহানবা মতাং

## ইমা ইপাগী মতিক ময়াই করিনো ?

হেঃ নমুপোং ওইবা শকলেংবা তিনবা পূৱমক্কা নাতাবিয়ু। পলেম পম্ভৌগী মতিক ময়াইদি নমু মিহৌরোন তাইবং মৈহৌরকৈভ্ৰদগী তেংথারোন মালেম পোকপী পলেম, কোৱৌ নোংবা ৱাংবৱা পম্ভৌ ইপানা মৱাংই, মালেম লৈনা লুম্বৱা পলেম ইমানা মৱুম্মে। হয়ি কৌবনা ইপানি হৈয়া কৌবনা ইমানি।

হয়ি হৈয়া হয়ুম নোংদোন থক্কা পানলোইবা স্নাচীংবা নাওকোনবা, লাইয়িংথৌ কোৱৌ ৱাংবদি পম্ভৌও ঃ মালেম ইন্মাদি পলেমও ঃ কোৱৌ মালেমদি থকসিদা খোইয়ুম স্না-শকতম ওইৱিবা, তস্কা ইমা অপোকপী চীংগু লৈত্ৰেন সিদবীবু খুৰুমজৱি তস্কা কোলগি লাইৱেম্বী মিতৈ পোকপি পলেম্না অমলবা লুবাক চেংবোল তাবুমুগুদা পলেমনা য়াতাজুনা লৈবি-ৱমই পাৱি পাঙ্গল ৱাংকনি, ইমোমগী সিম্না কাওথিগনি, থম্বীৱম্বা মিতৈ স্না লৈপ্যাক্কী পনথৌ ময়েক ইমা লোলনা চহি

—(৩)—

১৯৭প ু খুপলুরবী ইমা লোলন অসি হৌজিক য়াইফা মতম অসিদা লেংখোকপিরকপা অসিদা ম্যাংলমচংকী পুবারিবু খজিক থোগলজরকপা অসিদা অয়োল অয়াল পুন্নমক লৈবাক্তী য়াইফনবা খলথীরিবা মুঙশি থোজাদা হৈবা ইবুঙো ইবেম্মসিংনা শাকপিনবা হয়া-হয়া প ুনেমজরি।

নোংপোক সরোন ফারক্লে, নোঙান তুবুম উয়ক্লে চিংখৈ ফিন্থুপ অহুমদা মচু তরেংনা থোগক্লে থেক্লা-থেক্লা নোক্কুনা অপোকপনা য়াকাইরে, ইপোৎনা মিপোৎ ওইথিবা চহি খুমজা য়ামখরে, লোইদাম মতম কুইখরে, লাংঙন কয়া ওনলক্লে। পামহৈব গরিবনিবাজ মহারাজগী হাকতক শকাব্দ ১৬৭০ অসিদগী য়ামগী ধর্ম্ম চংলম্বা চহি ২৬ নে ধর্ম্মাস্থ মখল ৭ নি। চৌংথংখোম্বা ভগ্যচন্দ্র মহারাজনা শকাব্দ ১৭৫৯ দা ফম্বাল তোংবগা লোইননা শকাব্দ ১৬৯৬ অসিদগী হিন্দু গৌড়ীয় সম্প্রদায় ধর্ম্ম চংলম্বা মতুং চংথরকপা শোক ১৯৪৫ ফাওবদা চহি ১৭১ নে ধর্ম্মনা মখল ৯ নি।

মহারাজ বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা শকাব্দ ১৮৬৩ দা বোধচন্দ্রগী স্না হাকতক শকাব্দ ১৮৬৬ তা ফম্বাল তোংবগা লোইননা শোক১৯৪৫ইংদগী স্নামহি পাথংবা উমংলাইগী লাইনিং লাইসোন চংলকপ চহি ৩১ শুরে। লাইনীং খুদাদী ১৭নি।

মৈতাই স্না লৈবাকী মীতৈ সনাই য়েক তরেংকী মী অয়াম্বনা মমালোন খঙওমদবা চহি ১৯৭ নি। শকাব্দ ১৬৭০ দগীনা শকাব্দ ১৮৯৮ অসি ফাওবদা চহি ২২৮ শুরক্লে। লৈপাক অসিগী সাগৈ সনাই তরেং য়েক সাগৈগী চংনরকপা মহৌসা য়েলহৌজেদগী চংনরকপা মরম চংপূ শোক ১৯৪৫ দগী অহানবগী থৌরম পরেং কায়দনা হনজরে।

—(0)—

লাইনিংথৌ স্নামহি ইবুধৌ পাখংবা উমংলাইগী লৈরৌবা চৌং-তমগী তিনখোং লাইখোং তিনয়েং লাইয়েংনতুনা লিরো খোংজি চম্না অরা অনা লৈরিবা অসি মুংঙাই য়াইফনবগী, মরম অরাবা পূন্নমক কোক্লনবগীদমক চৌং-তমগী অমত্তা ওইবা পোইরৈ স্না লৈবাক্কী পারি পুরী অরিবা মীওইংনা চংনরম্বা লিচং লাইনীং লাইসোন চংনবা চৌং-তম য়েক-সলাই সাগৈগী ইনাং লিচং সাজং লৈরিবা ইচীল ইনাও পূন্নমক অমত্তা ওইনা নুংশিনবগী খোংথাঙদা লমজিং ওইবা খুংশন্নৰা চংতুনা ইপা-ইপু হৌরকফম অতুদা হৌনবী মতুং ইমা নুংশি খোন্না লৈবাক নিংথৌগী য়াইফ থৌজান ওইনবা থৌনিমিন্নবগী থৌরম মহোশাদগী পাথাঙ পুথাংনা চংনরম্বা লাইনীং লাই-সোন লিচং ইনাং লাইনীং খুদা সাজংপু ইংশোক ১৯৪৫ দগী কায়হনা চংলকপনা শোক ১৯৭৬ ইং ফাওবা কায়রকত্রে। চহি ৩১ চংথরক্লে লাইয়িংথৌ স্নামহি ইবুধৌ পাখংবা উমং-লাইগী লাইনীং লাইসোন মরম থৈপিক রাংলকত্রে।

মীতৈ য়েক সলাই সাগৈ তরেং অসি মৈনা ঈশিংনা চান্বদা কোক্লরোইদবা নুমিংনা-থানা পানলিবা মথৈ মাঙ-লরোইদৌবা লাইগী ঈয়েক সলাই সাগৈ অসিবু সাগৈ মশক থঙদবা লমচিং লমজা মচা সামারক ঙামারক নোংমনা হিন্দু গোত্রনি নোংমনা মৈতৈ য়েক সলাই সাগৈনি হায়বা মীওই স্নামহি পাখংবা উমংলাইগী ফমখোং সেংনা থৌগল তৌবদা নামুং পরৈ খেংনবা মীরান থরদি লৈরীয়ে লৈবাক অসিদা অসিগুম্বা মীওইশিংদি মোংফমগী মৈচাক থাক্লা অতৈ অতোপ্পা মফমদা সিজিন্নবা য়াদবগুম অখঙবা মীগী মোংতা তৈমা হাজং চাবা শা অমাংবগুম সিজিন্নে মরম অসিদগী

—(O)—

য়ুম লোম্ববা অতোপ্পা মীনা শাগুম্বা সিংথানৱিবনী মৱম অসি খঙবীউ।

কাছার ঝফিরবন্দ লাইশ্রম খুন মমাং লৈকাই লম অসি-দদি ইং শোক ১৯৩০ দা ৱাইরুবা হিন্দু গৌড়ীয় ধৰ্ম্মা অদু হিন্দু মসা-মসাদা পিথোকখে। অদুগা মীতৈ মসাগী ওইবা লাইসোন লাইনীং লমচৎ লাইয়িংথৌ স্নামহি ইপুথৌ প্যাখংবা তাইবং মশা মনুঙ উমংলাইগী ফমখোং সেংনা থৌগল তৌরে।

লাইলৈপাক্কী হায়নৱিবা চীং-তম পোইরৈ কংলৈ স্না পুঙময়োন লৈবাক অসিদদি ইং শোক ১৯৪৫ গী কালেন হুমনি পানবা মুমিৎ অসিদগী হিন্দু গৌড়ীয় ধৰ্ম্মা অসি মীতৈগী ধৰ্ম্মা নৎতে মৈয়াংগীনি হায়না খঙলে, মতম অসিদগী মৈতৈ লৈবাক্কী মৈতৈ পূন্নমক হিন্দু ধৰ্ম্মগী গোত্র হায়বা অসি মৈতৈগী নৎতে খঙলে, মৈতৈ এৎখোয়গীদি ঈয়েক সলাই পোকপা অপোকপবু লাইনি খঙনরে, ঈয়েক তরেৎ সলাই মাপনবু লাইয়িংথৌ সোরারেনগী মচা মশুনি মৈতৈদি লাইগী মচা মশুনি হায়বা লেপ্পা খঙলে। কাছারদা লৈবা মীতৈনা হিন্দু গৌড়ীয় সম্প্রাদায়গী ধৰ্ম্মা চহি ১৫৬ চৎখি, চহি ৪৬ না মৈতৈ লাইনীং লাইসোন হোনবী মৱম অৱাৎপা লৈতনা থৌরম তৌরে। মসি মৈতৈ ঈয়েক সলাই সাগৈ লৈরিবা মৈতৈ লৈবাক্কী লাইদগী সমথা সিনথৱকপা স্না-ঈ ওইবা মী খিবিক্লা খঙনরবা ৱানি।

---

—(৩)—

অনিশুবা মতাং

# লাই থাজবা ?

শ্রীথোয়না লাইবু থাজবগী খুদমদি লাইগী কুমশীং বৃন্দ-অমা কোট্টি তরা মাপলগী মমাংদগী চৎথরকপনা ঙসি ফাওবদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক্লা হৌংলিবা অসি থায়না কৌবা লাইনা সমথা সিনথারকপননি। হৌজিক মতম-মতমগী খোংলি লাউরিবা তারিবা খোনথোক ঈনিল খোঞ্জেন অসি লাইগী শক্তমনি।

লেংলি পাল্লীবা পুন্নমকী মথক্তা থায়েন তৌবা ঙমবা অতুসিংবু কোরো মালেম তায়বঙ অহুমমক্কী ওইবা লাইগী মশক্নি। লাইবু মশক থঙলবদি লৈপাক মপুদি মানে।

লাইগী মমিং থঙনবদি লাইপুঙথৌ মাপলমক লাই সুরা তরেৎমক উমংলাই শরোই হুমফুমাথোইমক অসি মালেম চিথেক মরিমক মায়কৈ নিপালমক পোইরৈ ঙংদাই তরা তরুকমক সিংগাই হুমফু মাথোইমক অসিগী মথক্তা থায়েন তৌবা ঙমবা লাইগী মমিংদি হেবু খুনমাবা কৌই। মাবু হেননা চৈনমফদে-এ। অহানবা লাইকোকী মিংথৈদি য়াই-থীরেন সিদবা য়াবা কোনথাংসাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দরকপা থিরেন ভংলৈ নুঙদগী লাবা থিয়াং থোক্না লমহোরকপা স্না কোনফুরেন সিদবা হায়রিবা খোইয়ূম সরী সিদবা মহাকপু হেনবা লাইদি লৈতেএ।

—(0)—

লাইসিগী মমিং লোইনবদি মফম অমদা স্না কোনস্কু নুঙগী কুরু কৌই। মফম অমদা মহীলেন অপোকপা কৌই। মফম অমদা চীঙুলাই কৌই। মফম অমদা অপোকপা লাইনিংথৌ কৌই। মফম অমদা কুরু লৈমরেন কৌই। মফম অমদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা কৌই। মফম অমদা তেংপানবা মপূ সিজবা কৌই। মফম অমদা লাই-য়িংথৌ পানথোইবী পাখংবা কৌই। মফম অমদা স্নামহি লেমরেন কৌই। মফম অমদনা হয়ুম সিদবা কৌই। মফম অমদা উমং মাপনগী মপু তিলবীরেল স্না কৌই। মফম অমদা পোকলেন পোকপা ঈহৌ ইপূলোই সিদবা কৌই।

মফম-মফমগী লাইগী মমিং য়ামথে কৌবরেন ১ থোংনাং নিংথৌ ২ হঙ্গোইনিংথৌ ৩ সনথোং নিংথৌ ৪ মহৌ নিংথৌ ৫ বাংব্রেন ৬ থানা চাওবা ৭ উতিন নিংথৌ ৮ উকাং নিংথৌ ৯ পনম নিংথৌ ১০ মারচীং ১১ লৈনুঙ থোংঙারেন ১২ সোরারেন ১৩ অসির্নাচিংবা উমংলাই ৩৮১ গী লাইমমিং উমংলাই খুদা-রোন কৌবা পুঁয়া লাইরিকতা য়াওরি অসিদসু নৎতনা সাকোক সারুম পুয়া ২ সাদিং হৌকম পুয়া ৩ কাইবরোন পুয়া ৪ সাকোক লমলেন পুয়া ৫ ইরেংপুরারি পুয়া ৬ সাকোক থিরেন পুয়া ৭ লৈশেম্বা পুয়া ৮ কুরু নাওয়োম পুয়া ১১ থেবা লাংপুম পুয়া ১২ মহীরেন অপোকপা ইবা পুয়া ১৩ হায়রিবা পুয়া মমিংশিং অসিদা য়াওরি। খুনুঙ পুরারী কৌবা লাইরিকতসু মচা থায়না ইরী।

---

অহুমশুবা মতাং

# মৈতৈগী ধৰ্ম্মা করিনো ?

মীতৈ ঐখোয়গী ধৰ্ম্মা কোবা মমিংগী ৱাহৈ লৈতে ঐখোয়গী মহৌসা হায়বদি মমাংঙৈদগী চৎনরক্লবা মীতৈগী লিচৎ সাচৎ ফজখ্রবা ফুসাগী ওইবা লৈক্রে হয়ি চক্কা পাখং য়োইরেন তোমপোকনা নিংথৌকাংবা কোনা মিংহুন্দুনা নম্ব পোংবা নিংথৌ তরামকনা চৎনরম্মা লাইনীং লাইসোন লিচৎ সাচৎ মথং-মথং নিংথৌ ১৩০ পাল্লকপা ফাওবা চৎনরকপা লমচৎ লৈরী।

হৈয়া চক্কা তাংজা লিলা পাখংবনা পানঙৈদগী মথং-মথং নিংথৌ ১২০ পাল্লকপা ফাওবা চৎনরক্লবা চংনবী লৈরী খুনুঙ চক্কা লোলাং সেন্দ্রেং পাখংবনা মথং-মথং নিংথৌ ১১৫ পাল্লকপগী লাইনীং লমচৎ মরম ফজনা লৈরী, হয়ি লাংবা কোম্মা চক্ক লাইস্না হৈরোম সিদবনা মুমিৎকি অক্লাদগী কুমথারক্কুনা নোংদম নোংথায়বা পাখংবা কোনা মাগা থানা নিংথৌ ৪৯ পাল্লকপা হাকথক অসি ফাওবা চংনরকপা মীওইবগী লিচৎ, মীগী লমচৎ, মীতৈ সলাই, য়েক তরেৎ ঐখোয়গী লাইনীং লাইসোন ফজনা লৈ।

মহুদি — কুমশিং বৃন্দ অমা কোটি মরিফু তরামঙা লাখা য়াংখৈ নিপাল লিসিং নিপাল চাম্মঙা কুম্থ্রা মঙা ১,৯৫,৫৮,৮,৫৩৫ অসিদগী লৈরক্লবা অঙোম, মঙাং,

—(0)—

লুরাং, খুমন, মোইরাং, থাব, ঙানবা চেংলৈ সরাং লৈসাংথেম্ লাই পাথঙ মাপন, ইয়েক তরেং অসিদি নোংলোন সাকোক সাগৈ সলাই তরেং কোৎদি অসিনে। ইপুধো মাপনমক্তা থৌরম কারন চম্না থকসি কারন বাংমা লানন। চংলমদে খোইয়ুম লাইগী লায়োম মশক থঙনা হৈথা লাথানা লৈয়োম মশক খঙনা চীংঙু মাংদা থানা খোইয়ুম লাইশক খঙনা থৌনি পুরুমজরমই।

লাই অমংতগী মচা সাগৈ অসি খৈবিকপ্ চাকচা অমত্তা ওইনা চাবা, ফিসেৎ অমত্তা ওইনা শেংপা, মরোল অমত্তা ওইনা লোনবা অতুশিংদি হোনা সংলো চমফুং চাবা হেন্না ফদি সেংপা সেংনা লাইবু নিংগদোবনে। তোঙান-তোঙান থায়বা মরোন লোনদৈবা খৈবিকতি পোকলোইদোবা মী মশেননে।

মীতৈ লাইনীং লিচং সাচংত্তি মীওইবগী থকসি খাসী খঙনা চংপা ১, মমা-মপা মশক খঙনা চংপা ২, লাইনীং পরৈ চেংপা ৩, পুকচেল চুম্বা ৪, ইথক ঙংগোম লৈতবা ৫, বাখলবু সুঙাইহনবা ৬, তাইবংগী অথোইবা পূক্লিংবু পেনহনবা ৭, লৈনা মনুংগী লৌরক পুন্নমকী লৈহী মশা খঙবা, ৮, থবাই য়াইবী নীংসাগী চুপলি লংসুং খঙবা ৯, মহাক খঙবা ১০, থবাই খঙবা ১১, য়াইবী খঙবা ১২, মহাক, ঐহাক, য়াহাক ঐ সেংবা ১৩, চাকচা ভৌখিবা ১৪, থুম হকচাং ইসা কোম্সুং সেংবা ১৫, অরেপ্পা বাঙাং ১৫, তাইবঙ পানবা পুন্নমক অসি লিন-খুংনা য়োক তুনা হিংহনবা ১৭।

মরাদগী হৌবনে, মরুমদগী ওনবনে, মখানা লোকশনে, সাগৈ অহুম অসিগী চংতবগী মউ ওইবা, অচংপগী থবাই

—(0)—

ওইবা, শকলোন পূবা, উমংলাই য়াইবীরেনবু মশক সংশংনা উনবা লোয়নবা ওয়া মীবু লাইনীং লিচং সাচং লমচং কজবা, মিতৈ লৈঙাকলোন অহৈ অসিংগী তাকপীবা ওয়া অথঙবা, সাগৈ সলাই লাইয়েক লাইচু মশক থঙবা অরেপ্পা ৱাঙাংনা লাইনীং খুলা মশক থঙববু মিতৈ ইমাং লিচং সাচং লমচং থঙবা কৌই।

মীওইবনা হুদ্দে কদবা লমচংতি মখাং নংতবা ১, লৌসিং লাংথাকনবা ২, মীনম খুয়ান হৈবা ৩, উনবী পুক্লীং ওকপা ৪, নাপল ময়াই কাবা ৫, য়েক্না পাওলৈ চেনবা ৬, কণ্ঠাও মৈবা খোকপা ৭, পথুপ লৈনেম পকপা ৮, ননপাম ইখোলাংবা ৯, লমচং ৯, অসিগী মমুওদগী লমচং ৮ দি চংকরোই হিংচাবগী লমচংনি শমু নমদা হুনান খোকনি।

মীওইবগী তৌকদবা থবক তৌরপা লংজবগী সন্নাপুংদা কৈখেল কারিবনি, মীগী মুঙাইজনবা তৌদ্রগা পুন্সিগী পোকপগী মহৈ য়ানলী খঙনরিবা পূকচেল সেংদবা কংতবা ৱাখল সিজিন্নবদগী মীওইবনা অৱাবা ফংনরিবনি, ৱাখল লৈতবদগী মীঙোন্দা ওইদবা ৱাঙাংবনা মশাগী মতিক ময়াই মাংবতা নংতনা পুন্সিগী হিংনবা লম্বী ককলিবনি।

মীওইবনা মতিক নংতবা থবক্তা হুয়াল পূকচেল চেনবনা মীগী নোক্রকম ওইবতা নংতনা মশাগী ইয়েকচা সাগৈ সলাই মীয়াম পুন্নমক মাংহনবনি, মীওইবগী তৌহৈজবা থবক তৌবা অসিনা মীওইনা পোকপা মপোকী কান্নদ্রবা মী মপোক মথল অমনি।

—(0)—

লাইনীং খঙনবদি মীওইকী লমচৎ অমনা মচিংগী মথা পোনহনগনু অৱেংবা মুং চাওদবনি ইংখোন চিথেক মৰিদা পুখি অরুবা মরি তৌ, লমহৎদা লৌউগদবনি মমিৎ তাংবদা মুঙসেন পিগনো। মিংসেন শকফম চুমলোই। ঈহিংখোন চেকপু, লাংথোং চল্লু সাইকিন পোনলাবা, য়েনকথা পাওজাবনা তাববু তাহনগনো।

---

মরিশুবা মতাং

## মীতৈ ঐখোয়গী লৈবাক্তা ধর্ম্মগী ওইবা তমফম শৎ করি করি লৈবগে?

হিন্দুগী ধর্ম্ম। অফিসিং লৈ পোইরে মৈতায় মচা লৈপাকী মিতৈগী ওইবা লিচৎ সাচৎ লাইনীং লমচৎ থৈবীক্কী তম্ফম শংদি লৈতে। মরমদি শকাব্দ ১৬৪৬ খৃন্টব্দ ১৭২৪ দা য়ুম লোমবনা মীরান চুথিল চংবদগী মিতৈ য়েক সলাইগী নমু মিহৌরোন তইবং মৈহৌরকপগী অহানবা য়েনহৌঙদগী চৎনরকপা মিতৈগী ফজখুবা ইনাং থৌমন্দু মিরান কাংবুনা কায়নবা সারৌ অমা সিনলক্তুনা মীরান ইথিন্দগী লৈপাক অসিদা লৈরীবা য়েকচা সলাই সাগৈ তরেৎ অসি মশাবু মশানা মদোম্বু মদোম্না কাওনখে। মরম অসিদগী তম্ফমশং লৈত্রবনি, মশাবু মশানা খঙবা মরৈবাক জাতিবু মুঙসিবা, প্যারি পুরী খঙবা, পলেম পম্হৌবু মরম চুম্না শক খঙলবা, মীওই কয়ামরুম চোংথোক্নরক্লি অতুগা লোইনবা

—(0)—

মিতৈ জাতিগী পুৱা লাইয়েক তমফম শং লৈরকখিগনি হায়না আশা তৌই। তমফমশং লৈত্রবসু মজাতিবু অমদি মরৈপাকপু মুণ্ডসিবা কনাগুম্বনা পোইরৈ ফাংথিবা মাইচৌ সিংনা লৈবা মফম থিরগা মরোন অকুপ্পা হংনৈ, লাইরোন অরুবা কয়ামুক লৈরিবসিং অদুগুম্বা মরোনসু তমবসু ময়াওনৈএ।

---

মঙাশুবা মতাং

## মীতৈ ঐখোয়গী নোংমগী তৌগদৌরিবা থোরমশিং অদু করি করিনো?

নোংমগী মনুঙদা মীতৈ ঐখোয়না ইসা ঐগী ওইনা তৌগদবা থবক ইরা লাইন খঙদনা য়াদ্রবা ৱারম খরদং লৈএ।

অহানবদা, ইপুনা সা কোনফুমুঙদা মেনতারকপা মতমদা মেন্দগী নিংসা পোকএ, নিংসানা সেন মরি পোকলে, সেন মরিনা চুপ তরানিথোই পোক্লে, চুপ তরানিথোইনা মিকুপ পোকএ, মিকুপনা য়ুথক পোক্লে য়ুথকনা পুং পোক্লে, পুংনা মরুম তরেৎ কোকই চুপ তরানিথোইনা নোংলুম অমা নোংলুম অসিনা নোংমা, নোংমা অসিনা কুম্থানি সুরগা মরুম তরানিথোইগী নোংলুম অদু মচা অমা ওনখে মচা অসিবু অমা-হায়না কৌই।

—(0)—

অমা কুম্হ। মুবগু মমিং থা অমা হান্নবে। মউ অমা মশা তরানিথোইনি, থা অহু তরানিথোইনা লংহৈ কুমশিং চহৈ অমা কৌরে। ময়োম্বা মরিনী মশানা তরানিথোইনি মনা চহুম হুমফুনি। লৈনাম্ন অমত্তুনি লৈকাম্ন অমত্তুনি লৈরিকম্ন অমত্তুনি, লৈহিম্ন অমত্তুনি, মহৈম্ন অমত্তুনি অবোইবা মশিংদা চহুম হুমফুমগী মনুঙদা চহিগী মশীং মুমিং থাগী খোঙ-চংতগী লোগনি।

মীগী চয়োন তবেং মমিং থোম্লকপা।

ইপুরোইনা য়েনবী খুরোনবী কৌনা লংমাই য়েম্নাথাক মথোংদা হোংপদা মাই ওইবা য়েরুম মঙা ফংনহুনা মঙ:মকপ য়েংখিহুনা মাই অহুতনা থবাই পানবা খিবিকপু পোক-হনখিয়ে। সিনবা থংনা তাইবং মী নমুপোং কৌহুনা তাইবং পানবা কৈদোম মাপনমক্তা য়েনখিয়ে। মফমদি মিং অনি-মক্কে, নাতোন শিকলম অনিমক্কে, নাকোং থোংলেন অনি-মক্কে য়া-চিনবাল য়াথুম অনিনে।

ইপুদি লাংয়েন তবেং পাম্লে লংমাই নিংথৌ লৈপাক য়ুমশা, সাগোল, অবাই, থাঙ। অশুম কৌরিবা কোয়ৌ নোংজা তবেংনে। মতো অশুম তৌহুনা চয়োন তবেং থোনখবে। তায়বঙ পানবা দমক্কী মথং-মথং ওইখবে।

অসি হয়েং হংচিং মশেম মরৌ মকাপ মসিংও কৌনা চথুরকপদি কদৌনোংগীনো হায়বদি লাহান্ নোং মালেম লৈশেমদ্রিঙৈদা তায়বঙ পানবা মপুনা ফম্লবা থম্বাল লৈনা থক্তা মালেম লৈপাক লৈসী হোয়রক্কে। হায়বগী অসি লৈনা য়েংনা য়েংনা তায়মক্কে হায়বগী হয়েং থম্বাল লৈনা হংচি

—(0)—

ল্যাকসিল্লক্রে হায়বগী হংচিং নৈনা শেস্না তায়না হৈয়ে হায়বগী মাসেম অতোংবদগী লৈপাক লৌয়ি হায়বগী মরো অকুৎপদা কাং কাপ্পগুম কাপ্পি হায়বগী মকাপ, লৈপাক-শিংনা নাহা শেম্মে হায়বগী মশিং অশুম কৌম্বিবা কোরৌ নোংজা তরেং অসিবু মতম খায়েন খাংলিবগী কংলা কুচু লেম্বী চীংদা সাথুপখিএ।

মতম শোংলৈ য়েংনা অতিংকোক সিদবনা নমু পোং লিকলক্লবগা কুচুলেম্বী চীংদা সাপ্থুপখিবা, কোরৌ নোংজা তমবা মী ময়োন তরেৎমক্কী নিংস শয়ে. ইম্বা পায়শিন-থবমক, নুমিৎ চয়োন তরেৎমক্কী নৌনাওরকলবগী। চীংগু পুরৈ হনবনা কোলোই মমিং থোনবীখি। অসি লংমাইজিং ১, হয়েং নিংথৌকাবা ২, হংচিং লৈপাকপোকপা ৩, মসেম য়ুমশকৈস ৪, মরৌ শগোলসেন ৫, মকাপ ঙৈরাই ৬, মসিং থাঙজ ৭, অশুম তৌনা নুমিৎ চয়োন তরেৎ-মকপু কোলোয় মিংলেন অসি থোনথিবনে অশুম থঙউ।

কোরৌ নোংমাইজিং নুমিৎতি খোইয়ুম লাইরিংথৌ চীংগু, তায়বগু থায়বা খোইয়ুম খোম-সিরেল সম্বোঙ মপু-রেলবা, সেনলোই লংমাই নুমিৎ সিদবনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা থাংয়ি কৌ ময়োননচিংবা মরূ-মরাং থিরিক পোকএ। অতুনোংগীবু কৌনচিংনা মরূ-মরাং থৈবিক পীথোকহৈদে।

কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎতি চীংগু সমারেল থাকপা পুরৈরোম্বা, পুরাংনাকাবা থংবা নোংনিংথৌ কোনথৈ অতাবা সরাং অথাপ্পগী কোরৌ নিংথৌকাবা নুমিৎ সিদবনে, কোরৌ

—(0)—

নুমিৎ অসিদা খোইমোম মৈরা পোনচেংঙম্বী সিংথা চাম্নু-কাবী লোকয়াইসিন্না লম্চিং পোকএ। অদুনোংগীবু চরৈকি পীথোকহৈদে।

কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিৎতি খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চীংঙু পোকলেনহনবা, সলাই পুরি ম্নেকহৌগী মালেম লৈফু-রেল অচিববু কোয়ৌ ললসানরিবি রাংবন পাওসানবা, কোরৌ লৈপাকপোকপা নুমিংনে, কোরৌ নুমিৎ অসিদা তেৎনৌ য়োৎ পোকখিএ, অদুনোংগীবু তেৎনৌ য়োৎ পীথোকহৈদে।

কোরৌ য়ুমশকৈশ নুমিৎতি য়োয়বু খোয়মোম লাই-রেম্মা মালেম তমপাক লৈরেনহনবী লৈমরেন সিদবীবু সিঙ-লেল লৈয়াম হুন্না চেংঙৌ ফাহাপ্না খোইয়ুম ললসানবা, তাইবঙ থবাই য়োইয়োক্লবা কোরৌ য়ুমশকৈস নুমিংনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা মালেম লৈপাক পীহৈদে।

কোরৌ সগোলসেন নুমিৎতি চীংঙু নোংদল্লিবা লাই-য়িংথৌ খোইয়ূম পুক্লিঙ রাচুমশুবা লাইবু কোরৌ ললসানবা রাংবন পাওফানবা, কোরৌ সগোলসেন নুমিংনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা কোরৌ নোংনিক্লাই লিক্লাং য়াইবং চালনচিংবা, লিক্লাং মশিং অয়াম্ববু পোকএ। অদুনোংগীবু কোরৌ শগোলশেন নুমিৎতা থাবা লীক্লাং পীথোকহৈদে।

কোরৌ ইরাই নুমিৎতি খোইয়ুম লাই নামুং নামুংবনা লাইজ ঈদা কুমলবম্নু লাইজ ঈরেল চাওকোই লৈগুম্বা চীংঙু লাইজ ইথৈরেল থোংনাং লিসিং চাইবা য়াহৌনবা কোরৌ ঈরাই নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা মালেম

—(0)—

লৈদনা অত্তাংবা, কোরৌ নোংলুপান অতোবা সেল, কোরি, পিথ্রাই পূন্নমক পোকএ। অদুনোংগীবু চোইনৌস্না কোল্লাং-চাল সেলগী সাগৈ পীথোকহৈদে।

কোরৌ থাংজ নুমিৎতি য়োইবু খোইযোম লাইরেম্মনা কজেং নোংথাং লৈমা থঙলেল হাইকুপ চেনবীবু কৈরোই ললসানবা, ৱাংবন পাওফানবা কোরৌ থাংজ নুমিৎনে। কোরৌ নুমিৎ অসিদা তাইবং থৱাই পাল্লিবা পূন্নমকপু শেমএ। অদুনোংগীবু নমু পোৎনচিংবা থৱাই পানবা পীথোকহৈদে।

ইপোক নুমিৎ মথৈদি লৈবা খিবিক পীথোকহৈদে। ইপোক নুমিৎ কৌবদি নমু তাইবং মীওইবগী মপোক নুমিৎ লৈবগুম, লৈরিবা পোৎলম খিবিক্কীস্ন মপোক নুমিৎ লৈগদবনি। য়ুম্নগী উরেপ হুনথিবা নুমিৎস্ন য়ুমলেন সঙ্গাবা নুমিৎস্ন মাগী মাগী সক্তম মওং ওইরকপা নুমিৎ অদুবু ওইরিবা শক্তম মশক অদুগী মপোক নুমিৎনে। কুমজা অমগী ফৌ মরু তাবা নুমিৎস্নু, ফৌ হৈবা নুমিৎস্নু ফৌগী মপোক নুমিৎনে। অস্নুন্না ঐগী ঐগী ওইবা পোৎলম খিবিক্কী মপোক নুমিৎ খঙনা পীথোক পীসিন তৌগদবনি।

মরম অসিদগী থবক থৌরম অমা হেক পায়রমদাইদা লাইনীং খুদা ১৭ মক্কী মিংথৈ শক সোল্লগা পায়গদবনি। নুমিৎ থোকপা অমদগী নুমিৎ তাথ্রবা মতুং হয়েং নোংঙানবা নুমিৎ অমুক থোকললকপা মতম ফাওবদা সোনগদবা মিংথৈগা কোম্নবা থবক থৌরম অকুপ্পা হকচাংগী সাজেন্দি নোংলোন

—(0)—

ছিরি লাংপুম পুয়াদা য়েংবিয়ু। চংলে তুমলে চারে কমলে মতম পূন্নমক্কী লাইসোন্দি সাগোম্ববনি। সিংদপুং হকলোন্দয়ু য়াওবনি।

---

তরুকশুবা মতাং

## মীতৈ ঐখোয়গী লিচৎ সাজৎ লাইনীং খুদাগী থাগী খোংচৎ অমদি চহিগী ওইবা থৌরমশিং

মীতৈ স্না লৈবাক্তা লৈরিবা মীতৈ সলাই স্না ইয়েক সাগৈ তরেংকী মীতৈ পূন্নমক্কা চহিগী মনুংদা লৈবা থা-থাগী লাইনীং খুদা থৌরমশিংদি— লোইদাম সজিবু থাগী পানথংলকপা তরেংনি পানবা নোংঙান তু উবা নোংমাইজিং নুমিৎ চিংথৈ হুনবা মতমদা হয়িচক কুম হোরে।

তরেংনি পানবা নুমিৎ অসিদা কোংবা লৈথোং ফাংপা সজিবু লৈখুন ফুনবা পাথংবা পুরৈরোম্বা অনামকপু ঈরাংলে। মকমদি কোংবদনে, লাইফম অনী অদু নক্কনা লৈএ। লাই অনী অদু ঈরাংপদি চৌংও, মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাংলি। তাইবং পানবনা চাবা হৌনবা পোংলম মরম স্নুনা লাই অনীগী ফিরোলম্বু কংলি মসি মীতৈ প্োইরৈগী কুমগী লাকয়েন তাইবা কৌই। লাইফম অনী অদু য়োংনা থাঙনা তৌত্নুনা য়েংলগা লৈরম্বা পোংশক অদু উরগা প্োইরৈ

—{0—

স্না লৈবাক্কী কুম অতুগী অকবা ফত্তবা থঙই। কৎলিবা পোৎশিং অদু খোংলগা মাইবনা চাই অদুগা কুম অতুগী অনা অয়েক পুকচৎ ইফাইগী মরম থঙই। মাসি সনা লৈপাক ইয়েক সাগৈ তরেৎকী কুমগী লাকয়েন তাইবা চৈরাউবা কেই। লমলক উমং লাইফম মতীক ময়াই লৈবা লাইফম থরা নুমিৎ অদুদা অমাইবা অমাইবীনা ঈরাৎ থৌনি তেই। লৈপাক নিংথৌ মীয়াম পুম্নমক্কী য়াইকনবা হায়দুনা কোরৌ নুমিৎ সীংবুম ৫ নি থবক স্নুদে সিনহৌম্নএ তবেৎ খোংফাং নামুংনৈএ। হয়াউ কূম্মে তৌদুনা কাং সায়দুনা নুঙাই মথোঙ্ কাংদুনা নুমিৎ ৫ নি লেল্লে লোইদাম্ম সাজবু থা তরামঙানি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অহিং নোংয়াইদা য়াংবাইবী তোন-থাংনুনা খুমন পোকএ। খুমন সনাইগী সিদবা মপু অপোকপা খুরুম্মে। ৱাংব্রেন্দগী হৌনা পাথংবা পোকলেন মথং-মথং সোল্লে।

২। কলেন থা হুমনি পানবা ঈরাই নুমিত্তা নোংথাং লৈমগা কোনসেন তুরৈসেংব অসিব কৌবগা অনিনা সায়োন লাকপদা লাইজ ঈার ঈরোং ওহুম ফাংনা ইচেল অমত্তদা চেল-থরগা ইরৈমা কৌনা অনিম্নক্কা অমত্তা ওইনা সাফোংঈ হায়দুনা নুমিৎ অসিবু স্নামহি য়ুলাংবা হায়না হৌজিক ফাওবা মা অয়াম্বনা স্নামহি য়ুলাংবা হায়না ইপুন নুঙসাং পুন্সি মহৈ নিনরি।

লোইদাম কালেন থা তরানি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক য়ুথকতা থেরেরোংবম চনুনা খমচিংকোন পোকএ। থাব ঙানবা সনাইগী মপুথৌ থানা চাউবা অপোকপা ঈয়াংলি।

—(৩)—

কালেন থাগী পানথংলকপা তরামুগুনি পানবদা মপুন্থৌ পাথংবা চেঙহোংএ। পাউতাক হিদেন্দগী ঈকৌথৎলে। চীংঙু মরম্বু খোইয়ুম অমাইবনা মসা লমওক শক্কুনা মাইবীনা পেনা খোংবনা লাই থেমগৎলগা লৈমা নিংথৌ লৈপাক মীয়াম ফমদৌ নিংথৌনা পুখৎলে। লাইসঙ য়ৌরগা অমাই-বনা অনম অথৌ কোকলে। নাহেথোকলগা অহোংলোন শকই। পেনানা ফম্যাং খল্লি, মাইবীনা চীংঙু উদবা মমিতম খোইয়ুম খঙদবা মপা লাকতুনা লাইপাউ চেল্লি। লৈপাক মীয়াম্না হরাউ কুম্মৈ তৌদুনা নুঙাই মথৌ তৌএ। ঙমজবা চেঙ-চাক য়েঙ্গাং নাপী থুম ঙা মসীং লাকঙমদনা কৎলগা চাকচা হৈজানৈএ।

৩। লোইদাম ঈঙা-থাগী থাবী অচংবা নুমিৎ অফবা য়েংলগা মৈতাই মসা লৈবাক্তা লৈরিবা সলাই ইয়েক মিতৈ পোইরৈ খুঙ্গং পুম্নমক্না কুমলাক লমতাইএ। কুম অদুগী থবক লৌউ সীংউবদা মহে মরোং ফনবা থারিবা পুম্নমক ফনবা মাগী-মাপী লম খুন অদুবু কোল্লিক্না খোইমোম লাইবু ঈরাংপনে। অদুম তৌরগা মহে-মরোং ফৈ, অনা অয়েক তুরৈ-ইরৈ পুকচৎ ইকাই চন্দে। কৎপা পোৎতি মানা-মানা কৎনিংবা সা-ঙানা চেঙ-চাক কৎলগা অঙাং হরাউনবা খোংদুনা পীজৈএ। অদুম তৌরগা চীংঙু খোইয়ুম লাইনা হরাউই পেনবিদুনা মানা-মানা নিংলিবদু কুম্বিএ।

লোইদাম ঈঙা থা তরানি পানবা থাংজা নুমিৎ নুমিদাং নোংয়াইদা ঈরাই পুরেন পুঙলিংলাই পোকএ, নুমিৎ অসি লৈবাক নিংথৌ মীয়াম পুম্নমক্না কুমথি কুমগাংদনবা ঈরাই পুরেন্দা ঈরাং থৌনিবা নুমিৎনে।

—(0)—

লোইদাম ইঙা থা তরা মঙানি পানবা সগোলসেন নুমিং-কী নুমিং য়ুংবা ওকয়াদা লৈকক লৈয়ারেন চন্নু য়াবিরোক্লা পাথংবা পোকএ। নুমিং অসিদা মঙাং সলাইগী মপাুথৌ পাথংবা ঈরাং থৌনিএ।

নুমিং অদুদা স্নালেংথোই ঙানবা মপূথৌ স্নামহিস্নু ম্যাগী-মাগী মযুমদা ওইরবস্নু মীয়াম তিম্না ওইরবস্ন চেঙ চাক তাইবং পানবনা চান-থকনরিবা পুন্নমক কংলগা চরৈ ফিরোন কণ্ডুনা সেনথক-সেনথা য়োং খুনেং সেন য়াওনা স্নামহি চেঙ হোংএ। ইঙা কুমদম্মে।

লোইদাম ঈঙা থা তরা তরেংনি পানবা পাংজা নুমিংতা লাইজ ঈরৈমা পোকই নুমিং অসি মালেমগী ঈথোঙ ফাংপা নুমিংনে। নুমিং সিংকুম মঙানি ঈচেল্লে।

৪। লোইদাম ইঙেন থা নিনী পানবা ইরাই নুমিংতা খ্বাই নুঙচেং পিবা নম্ন পোংবা নিংথৌ পোকই পোকপগা কাং-পোংতা হাপ্তুনা মপা-মমা অনিগা লোইননা লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্লা হরাও নুঙাই চাকচা চানা মতম-মতমগী হরাও মথোই কানা নুঙাই পুক্লিং ফোংদোকই।

লোইদাম ইঙেন থাগী তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিংকী অয়ুক য়ুথকতা লাইয়িবি মহুমনুনা পুরৈরোম্বা পোকএ। নুমিং অসিদা অঙোম সলাইগী অপোকপা খুরুম্মে। লাইদি পুরৈরোম্বা পুরাংনাবা নোংপোক সোম্নারেন কৌক্রনা চিংবা মথং-মথং সোনগনি। ওদি হুকসাং কৌঈ।

৫। লোইদাম থবান থা কুন মঙানি পানবা ইরাই নুমিঙ্গা পাথংবগী মফমদা মচল থিংনা তাওবীনা চাকনি ফিনীবা নুমিংনে নুমিং অসি লল-থুম স্না লুপা হি-য়াই অচেংপা মীঙোন্দা পিথোকহৈদে।

—(0)—

থৌৱান থাদ। তৎনবা নুমিৎ অমা য়েংলগা থৌৱান পোৎলাকপ হায়রতুনা ঈপুথৌ পাখংবা ঈরাংলে। কৎনিংবা পোৎ অচা-অথক পুন্নমক কৎলে।

৬। লোইদাম লাংবন থা হুম্নি পানবা নোংমাইজিং নোংতান তু উবদা ফুহিং স্না মহি সাইওনবা নুমিৎনে। লাংবন থা অসিদা মৈতাই স্না লৈবাক্কী পোইরৈ মিতৈ স্না সনাই সাগৈ ইয়েক তরেৎমকী য়ুম খুদিংদা ইয়েক সলাই-সলাইগী অপোকপা খুরুম্মে। লাংবন চারাহুল্লে। থা চুপ্পা ঈরাংলে।

৭। লোইদান মেরা থাগী নোংমা পানবা লৈপাক-পোকপা নুমিৎতা সিনলৈমা পোকএ। মেরা থাগী নিনি পানবা য়ুমসকৈস নুমিত্তা ললৈমা পোকপা নুমিৎনে। লাই নুপী নিপা পূন্নমক হরাও মথোই কান্নবা নুমিৎনি। মেরা থাগী নিপালান পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা ফুনান নিংথৌ তেনহৈবা পোকএ। মাদি পোকপা নুমিৎ অতুদা মমিৎ অনিমক তাংনা পোকলকএ। কেগে মুইরাং পানফাবী নোংপোক পাম্থোইবীনা লাংওন সায়োনলক্তুনা ঈরৈমা লাই-রেম্মা কোনা লাকলগা থাই নুংজেংবা পিবা উনরগা ফুনান নিংথৌ তেনহৈবগী মশাদা লাইরেম্মা ইরৈমনা খুৎনা নানলুবদা ফুনান নিংথৌ তেনহৈব মমিৎ অনিমক উথি।

লোইদাম মেরা থাগী তরানি পানবদা সন্দুবা হায়বা ঈরাংপা থৌথোক তৌই। মাতুদি নুঙ্গোইবী লাইরেম্মদা সা-সন্দং কত্তুনা ঈরাংলগা লোইবী চীংবুরোইবা হেনবা তমবু থনবা পুন্নমক্তা পীজতুনা হরাও কুম্মে তৌই। মেরা হাওচোংবা কোই। লৈবাক নিংথৌগী অফবা মেন (যাত্রাস্থ)

—(0)—

ওই। নিংথৌগী অশুম অথোন্না চৈংনুং খাদি নোঙ্গৌবী চেক্লা থৌমৈবা কখোংবু খাইমা সাবু ওই হুয়েন লানবু ওইনা কারণা লাইরেম্মা। নুঙ্গৌহুবীদা হুয়েন লাল্লু চল্লে। অদুগা মবুথৌ নোংসাবদা মবুথৌ পাখংবদা, মখেল্লো মোংবা খাঙ্গা য়ুমজাও নৈমদা চাংও মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা হুয়েন লানপাউ তম্মে অদুগা হয়াউ কুন্মে থাঙ-তাগী কুন্মে তৌই। মতুংদা মৈদিংগু ময়াম্বা স্না হাকং কুগী নুমিৎ অদুদা কাকী চানবা মচিঙ্গাক থাকলগা কাকনা পাইখিবঃ মায়মৈ য়েংদুনা অফবা ফজবা য়ে ই, কাক তানবা হায়না মিংহুনলি।

মেরা থাম্ভ লৈবাক পোকপা নুমিত্তা লৈনুঙ থোঙারেন পোকএ। লৈনুঙ লাই থৌনিনৈএ, মী অয়াম্বনা সিথিবা মীগী মোংফমদা হৈরক-পানা য়াওনা মৈরা অমা কৎলগা খমনুঙ নিংথৌ লাইবু ঈরাৎ থৌনিবা নুমিৎনে। লাইসোন্দী হেঃ সিদবা মপু লৈনুং লাই থোংঙারেন অহনবও: অসিবা চামা নোংদম্বা অচংবা চামা নোংখাইবা থৌথা সিঙ্খোং হৈবা অচংবা চামা থোংহাংবা অসিব চামা থোংখিংবা অমন সিংকুম লানলম সিনব লাইঙ্গিংথৌ নংনা অসিবা থোংথিং-বিও অচং থোং হাংবিও হে কুরু লাইয়িংথৌওঃ।

৮। লোইদাম হিম্বাংগৈ থা নোংমা পানবা য়ুমশকৈস নুমিত্তা কুমগী অনৌ ভপেল ফৌনৌ চেঙ-চাক শুমজবা সংলৌ মথেল কৎতুনা সোরারেন থৌনিনৈএ। লৈবাক নিংথৌ ম্রাইফনা পানফানবা সংলৌ মথেল তরা লুকলেন কংনা থৌনিএ। মারজিংগী থৌরমগা কোমনা কাওরেন সন পুন্নমকপুম্ব ঈরাৎ পুরুম থৌনিজবা নুমিৎনে। থৌনিবগী লাইরোন্দি হেঃ কাসা নোংথৌ সোরারেন থাকপা নিংথৌ

—(0)—

পাঙ্খুম্বা কাসা পাওতাক হৈবা অৱাং থাংৱাই য়োইরেনবা, কৌরৌ থক্তা থোদাবা ৱাংবন অক্তা ৱাতেম্বা নংবু পুনেমজরিএ, কুবিওঃ। হায়রা খুরুমএ।

হিয়াংগৈ থা নিনী পানবা সগোলসেন নুমিৎতা পাখংবগী মচল খিংনা তাওবীনা মবুং মথিং তাওরোই লাই পাখংববু চাক কৌবা নুমিৎনে মবুংগী চৈরৈ মফি ৱাংলিবা থৈবিকপু মচলনা মবুংদা তরা সংলৌ মথেল লুক পিজরগা চরৈ মফি থোনবা নুমিৎনে। লহান নোংগী অৱান থা কুল মঙানি পামবা ঈৱাই নুমিৎতা মবুংগী মফমদা চাকনী ফিনীজবদা মবুংগী ৱাহৈ ফজবা থোক্তৈন নুঙসি থোইবা কয়ামুক তাখিবা অদু মচলনা কাওঙমদদুনা মবুংবু মাংসোক থাথংবদা চাক কৌজদুনা কুম-কুমগী মহৈ-মরোং নিজবা নুমিৎনে।

হিয়াংগৈ থা নিপালনি পানবা য়ুমশকৈস নুমিৎতা কেপে মুইরাং পানফাবীগা নোংপোক অচিবগা অনিনা খুনুঙ চক হৌনবা লাংওন অনৌবা অমা সাঙ্গবা হৌবা নুমিৎনে নুমিৎ অসি লৈবাক অসিদা ঈহৌ অমদগী ঈশং চাওরুবগী কংথরকপা লোইফাংব্রিঙৈ মী লাই পুম্নমক লাংবা মতমনি।

লোইদাম হিয়াংগৈ থা অসিদা হিয়াং তাম্নদুন কুম্মৈ তৌএ, হি হায়বা অসি লুৱাং কুরু পুন্সিবনা নোংমগী নুমিত্তা সাবন লমথোকপা কোংলো লময়েংবা চথোকলকপদা কোরৌ থোংদুম থোং ৱাংবন লাউদুম লাউনা লাইজা থিককৈম্নরবদা লাইজ ঈনা চাউবনা ইমু মঙাও হৌরকলবদা তুরেল লাইজা ঈরানবা ঙমদ্রবদা লাংবন কৌজেং চোংবিচানা-চানা লকা য়াদা টিকনা তুরেল লাইজা ঈরাল্লকপদা ইমু নুংপান হোংনেম

—(0,—

লুৰাং নিংথৌ পুন্সিবনা চেংলৌ মিংথিংলে, মিৎয়েং তেন-পাল্লে। কোৱৌ নুমিৎ অমদি চিবা মৈশাংবনা খিকলোই তাংমা য়াদা চাকনা ভুৰেন লাইজা ইৰাল্লকপবু চেংলৌ মিংথিংলে, মিংয়েং তেনপাল্লবদা মোংবা মৰানয়াই হলৰাই-ৰকলবদা পায়মা পাৰুক নুঙদা নিংথনখিয়ে। ইদাইৰেম নুংপান ইপাচাসিংওঃ—

নুংবান ৰাংমিৎখু খুৎহৈবা লুৰাং ৰাংমনাউ সিনহৈবা অনীমকপু কৌডুনা ৰাকয়ৈ হি সানবা, কোবা ইঙেন চীংদগী তল্লা অঙনবা পামেন অৱেম্বৰু হুইথিৰুও হায়না পাওমেল্ল-বদা নুংবান মপাচা পুন্না খোঙসান্দুনা কৌবা ইঙেন চীংদগী তল্লা অঙনবা পামেন অৱেম্বৰু য়াল্লুৰগা ৰাকয়ৈ হি সাবা লোইৰবদা লুৰাং পুন্সিবনা ৰাকয়ৈ অদি কনানা হি তোংহন-সিবনো হায়না পায়মা পিৰুকনুঙদা খল্লুৰগা ইমাবিগী য়াওৰৌ সিৰুকং অকংবৰু লৈএ। ইসাবি লুৰাং পুতাং কোই খুৎকোইবৰু ৰাকয়ৈ হিদৰু হান্না তোংহনসে হায়না মশাবিগী য়াওবৌ সিৰুংকং অকংবৰু ৰাকয়ৈ লুদবু হান্না তোংহল্লে।

অতুগা মৈতেংঙু থৰান থাবনা খুমনগী ক্লাকপা লৈতোন পাম্বগী মঙক কক্লুনা ৰাকয়ৈ নাউদা হাপ্তুনা খুমন-মমাংদা অমদি পোইৰৈ মিতৈ মমাংদা লেন্নতুনা পুখৎ-লকএ। অতুনা হৌজিক ফাওবা ৰাকয়ৈ লুদা লুৰাং পুতাং কোই খুৎকোইবা তোংলি, ৰাকয়ৈ নাউদা খুমন ক্লাকপা লৈতোন পাম্বগী মকোক হাপলিবা অসিনি। হি তাম্নবা অসি অহানবদা লুঃ নাউ তাম্নৈ অতুদগী পানা মৰি তাম্নৈ অতুদগী হিদাক ফানবা পোৎসঙবা পান্না খুমৈনা তাম্নৈএ অতুদগী লমজেন তাম্নৈ মুকনা সাম্নৈ মসি মৈতাহ স্না লৈবাক্তী

—(0)—

পোইরৈ ম্বিতৈ স্না সন্নাই য়েক তরেৎ ঐখোয়গী কূম্মৈ অদোৱা অমনি।

৯। লোইদাম উনথম পোয়নু থাদা অতীয়া কুরুব, ঈরাংতুনা মৈতাই স্না লৈবাক্কী সন্নাই ইয়েক সাগৈ তরেৎকী পোইরৈ ম্বিতৈ স্না পূন্নমক অৱা পোথাডুনা মুণ্ডাই য়াইকনা ক্ষমদোংএ। মরোন পোৎচংদী হৈচং থোকপা হৈরুক পুণ্ডগা থোন লৈয়াং চরোং অচুম্বা লৈদং মরোং ১ থোইঙ্কু তোলোক ঈক থাংমৈ মৈয়া হৈ পানা তাংপান ১ থারগা থোনিনেএ।

মরোন্দী ৱাহৈদিঃ—

তেংপানবা মপূনা নোংসিং ঈশিং-মৈ কোরৌ মালেম পুথোক্লবদা অতীয়া কুরু সিদবনা তাইবং মালং শেমডৈদা ইমানা ইপাদা ময়েক মশক তাকথি, য়াইবী য়েনহৌডৈদা শামু লৌতম হুনবা কোরৌ নুম্বিৎ অসিদা নচা ঐহাক্লা তাইবং মাকলঃ পানগী ৱা থওনিংগী। ওসী হায়বসু নংনে ছয়েং হায়বসু নহাক্নে। হেঃ অতীয়া কুরু সিদবা নহাক্কী ম্বিংথৈদী কুচি, কুহিংচি, চিয়েনচি, সমত্রেংবা, সমপোকপা নম্বিং অথৈবা ম্বিংথৈদো পেরেনহিং হায়না কৌই। হেঃ অতীয়া কুরু সিদবা উমং মাপনগী লৈকোন সংবা মহাকং য়াহাক ঐ কৌবা লাক হেঃ য়াইবীরেন সীদবা মপূ মহীরেন নংনা ইমাগী পিশুক নুডদা লোইতাম থাপূভ-তরেৎ-নিপাল স্নুরকপদা থোইয়ূম সিদবনা খুজেং পায়দুনা তম্বীরকপব নংনা কাওরবা মওদা তায়বওদা তাকপিয়ু হেঃ ম্বিরেন সীদবা পায়োঈ পুরোই থোৌরম লৈবা থৈবীক্ তোজগে, ঈপু ময়েক সীদবা, হেঃ লাই-য়িংথৌ নংনা শেম্বা তাইবংনী, তিনথুং শেম্বা নহাক্কী লাইথুং শেম্বসু নহাক্কী তিন ককপসু নহাক্কীলাইককপসু নহাক্কী নচা-নসু

—(0)—

হেম্পুঙথৌ নম্থ হে পেম্মা ঐখোয়না মপুগী পোৎ কৎতুনা ঈরাৎ খৌরম তৌঙরিবা অসিদা ইবুঙো নংনা লেংথোকপিরক্কুনা তাংপন থকতা ফম্বীয়ো নচা-নম্থ ওইবা ঐখোয়না ভুংদা হৈনা খোগল তৌভম্মে য়াইফ লৈপুল চায়থবিয়ু থৌজান মহৈ চানা নুঙাই মথোয় কানা ইপুন নুঙসাংনা লৈজগে। লাইরেম্মা লৈমরেনওঃ নথানুঙদা কোনগে, অঞ্জি ঙৈং স্না হৎ ময়েক সিদবনা লৈরীবা মফমদা স্না হংজৈ লোনগে লুপা হংজৈ লোনগে নাওয়েম নুঙদা য়োমবীয়ে হয়ি হয়া হয়ম হিংনিং হিলিং হায়না সোনলমগে॥ অসি শক সোল্লগা পুকনীংগী অনিংবা ব্রখল কোংদোকনৈএ।

১০। লোইদাম ব্রাকচিং থাগী তরানিথোইনি পানবা ইরাই নুমিৎকী চিংথৈ হুনলকপদা তুংবাইবী থোঙ্নুনা পোইরৈতোন পোকএ। নুমিৎ অসিদা লুবাং সলাইগী অপোকপ খুরুম্মে। লাইদি পোইরৈতোন কৌত্রু সোরারেন মথং-মথং সোল্লে শকলে। নুমিৎ অসি লললৈমা ইমোইনু অহোংবিবুম্থ ঈরাৎ থোনিনৈএ। লৈপাক নিংথৌমী সলাই সাগৈ য়েক নিংথৌ খেবাক্সা শঙ্গোম্ব ঙা-চাদনা চরা সিংনা লল ম্নৈহ নিবা নুমিৎনে।

১১। লোইদাম অসিং ফাইরেন থাগী মঙানি পানবা নুমিৎ য়ুমশকৈস নুমিৎতা পোইরৈতোননা মালেম লৈদা য়োংপি চৈশু সনা খৈরগা স্নোংলৈ নোংথাং কুপনা থালৈ লোতাবা নুমিৎনে কাওরেন সম্থো হেনববু নমু পোংবা চাদা অথৌ লাংগা অকল মিংয়োং সাংথৈ অথা মিংত্রেং ম ম লোইনা পাংসোই নিশা য়েংবিগম্থ হায়জুনা খোইয়ুম লাইদা থৌনিবা নুমিৎনে নুমিৎ অসিদা মৈতাই স্না লৈবাকী

—(৩)—

পোইরৈ মিতৈ স্না সলাই ঈয়েক সাহৈগ ভরেংকী মিতৈ পুম্নমক লৌতাবা হোঁএ। লৌভাবোন ঈসৈ শবতুনা ঈরাং থৌনি থাচংএ।

থাইরেন থাগী কুলতরুকনি পানবা য়ুমশকৈস নুমিংকৌ অয়ুক য়ুথকতা লফুকি লৈমানুন লমলেক সাংগা নুংঙৌ য়ুম্খংকপা পোকএ। নাগুরোইবিদি হুইন্মু লৈম্নে। নুমিং অসিদা সরাং লৈসাংথেম চেংলৈ সলাইগী অপোকপা ঈরাংলে। লাইদি থাওজিং পাখংবা মথং-মথং।

১২। হয়াহে হেং লোইদাম থাজ পাখংবা, কুংজা মরুবা, আইত্তে হুন্থরেনয়াহ্ট নুংনাং য়াইবিরেন সিদবা, য়ারা থানিংথৌ মঙান লীকলা ইনগোইনা হুইত্রু মপোপ চাউ তিংগোই লীকলা মনারেকনা রাই গৌরাঙ্গ নিংসা হোল্লিবা অচংপা চত্তবা পুম্নমকী পাঙ্গল তেংপান য়াইমরু, লোইদাম থাজা কোল্লোই মমিং থোন তরানিথোইমক্তি নম্নুপোং ওইবগী হৌনা মরমচং লোইদাম থাজা চৈহৌথা থকি লমদা থা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো। খোইয়ুম নোংদমলিবা লাইরিংথৌনা য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম তম্পাক লৈমরেন সিদবীনঃ তাইবং নোংসাপান পুম্নমকী তাউজিং হৈরম থারিবা সীংলেন লৈময় থারিবা সংলৌ য়েন্নম থারিবা মরু পুম্নমকপু লৈতারবগী মালেম লৈপাক মনমসিনা থাবিরে হায়বগীদমক থাবিও তৌনা কৌএ।

থারিবা মরুপুম্নমক্তা মরা মালেম লিচংকে মপান ঈ নাইগে হায়বগী হৈরাং মরু কায়রে হায়বগীদমক নমথাইও কৌএ। লোইদাম থবি লমদা থা-ও তৌনা কৌএ। লোইদাম

—(0)—

লমতা থা চৈংহী থাগী অহানবা পানথংলকপা থাওজা অহান-বদা মৈত্তাই কংলৈ স্ম লৈপাক্কী অহানবা ঈরাং থৌনি-হোঁএ।

লাইপুংথৌ মাপন লাই নুরা তরেং উমংলাই সরোই হুক্ষু মাখোইমক অসি মালেম চিংথক মরিমক মায়কৈ নিপালমক, পোইরৈ শুংদাই তরাতরুকমক, চিংগাহুক্ষু মাখোইমক্তা মৈতৈ পোইরৈগী সনাই য়েক সাগৈ তরেংকী মিতৈ নিপা নুপী পুন্নমক হৌদুনা ঈরাংলে। ঈরাংপদা চঙবা পোংচঙদি তায়বঙ পানবনা ভাবিবা, থকলিবা পুন্নমক চংদুনা কংলগা ঈরাংলে।

লাইমিং লাইসোন্দিঃ—

লম্মাবা তুমাবা, লমাংনবা, তুশেনবা, হনবা কোক-চাউ, হম্ম লাইখম, থমলাপান, লাইরাপান, চম্মু চঙৌপান, তোংলেং লৈসংপানগী নকুম কুম্ম, কুমকাউদা নথা থাবু থাকাউ-দনা কুমজা তেকহৌনরকলে। থাজা নৌহৌরকলে। হেঃ লাইপুংথৌ মাপন লাই নুরা তরেংমা উমংলাই সরোই হুক্ষু মাখোইমা অসি কোরৌ নুমিৎ অসিদা নগু হেপুংথৌ হেকেম্মসিং সেল্লোঙ্গ নপাতাউ, য়াংদো নমোম হুইঁরোইসিংনা কচ্ছরিবা অসি চাদুনা কুমসি কুমজা অসিগী কংত-হৌদি পুন্নমকতি থরৈদা তাহনখো অকবা, নুঙাইবা খুঙ্গাওবা লৈচাওবা চাক হোঙবা ঙা হোঙবা পুন্নমক্তি নদাইরেম নখুন খুনপূকলেন অসিদা শীনবি-ওঃ কুবিও য়েংবি-ওঃ। অসুন্না ঈরাংলে।

লমতা থা তরানিথোইনি পানবা থাঙজা নুমিংকী মুংদাং য়ুথকতা চিংম্মু লৈমনা সচিক কোল্লে। ঙাংহুন

—(৩)—

থোকা, ঙাংনিংঙসিংগা অনি পোকএ। নুমিং অসিদা মোইরাং সন্নাঙগী অপোকপা থুরম্মে। লাইদি রাংব্রেন থাওজীং পাখংবা সোরারেন মথং-মথং সোল্লে।

লমতা থাগী তরামঙানি পানবা থাপুঙ সগোলসেন নুমিংকী য়াচংবা ইরাইনা পূবা পুংফম মতমদা কোনচক পোল্লে। স্নামহি মহিরেন পাখংবনা লাইস্ন মীসু ওইনা লাংঙনলগা নোংদম নোংথাঙ্গ পাখংবা কৌনা নুমিংকী অন্নাদগী কূমথরক্কুনা; মীসু লাইসু ওইনা কংলৈ মপু ওইদুনা পাল্লময়ে। লাইগী চহি লথা মঙা লিসিং কুল-নিথোই (৩২২০০০) পাল্লে। মাগা থানা নিংথৌ ৪৯ নে। অপালবা পাখংবনা মুবা পাল্লি স্না নৈপাক্তা থৌরাঙ্গ অয়াম্বা লাংশিগে সিম্বোং তম্মীগে হায়দুনা মীগী মপোকলনজানা অতীয়া সিদবনা লাইস্না সাদুনা মৈতাই লৈপাক্তা নিংথৌ ওইনা লৈরম্লে। নয়োন মৈতৈ লৈমা লাইস্না হৈরোং নিংথৌ চনু হৈরোং লেংংশিবনা পোকপী লৈচিক চিক্লীবনা পোকপী লৈচিক চিক্লীবা লৈথম থমলীবনা য়েনবি পোইরৈ মনুঙ ওইদরিবৈ তোরা থাংশকসা চানা ইহৌননা পোইরৈ হান্না মনুঙ ওইরকপী, মৈতৈ লৈমা লাইস্নাওঃ তৌনা কৌএ।

তুবিয়োঙ্গ নোংদা লাইরেন পাখংবদি স্নাঙ্গ অমতনা চোঙ্গনৌ স্না মিংহুনগীবু চুনবনে। লৈনুঙ য়াবিরোক্না নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌএ। ফম্বান্দা চহি চামাকুল (১২০) পানলম্মে। নোংদা লাইরেল পাখংবনা অহানবা য়ুমফম কংলাদা নিংথৌ ওইবা মতমদা মঙান মৈবা হৌনরিক সন্না

—(0)—

ভু-খোং খুদিংদা উনখম লিক্লা হুইখরকপনা তিল্লিরেন লাইয়্রি-রেন থায়িরেন লিন্তাওরেন তাওরোইলাই মঙামকপ্প য়েন্থ-রক্লপা চীংঙ্, ক্বিথুপ অহুম শুনা কমভমজুনা লাইগা মীগা লোয়ননা নুঙাই খোইনা পাল্লিঙেদা পোইরৈ সলাই সাগৈ তরেংকী নুপী নিপা হুপ্পাউকলি লিরোন শক চোংনা নুমিৎ কুলনিখোইনি চুপ্পা হয়াভ নুঙাই মখোঙ্কানা নুঙাই কম-তোংএ।

লমতা থাগী কুলনিপালনি পানবদা নোংপোক স্নাচীং তোনপোক সোনলাই লংমাইচীং লংমাই হাগবরা হাদচীং সেন-লোম নিকবরা নিক্রুচীং য়ুহান্না হাদচীং য়ুচেংনা নিকতচীং তেৎনৌ য়োংপী হুইখচীং ইলিক মপান থাবা, নোংথৌ মউ লিংবা সেমলোই লংমাইচীংদা অন্দ্রো খনবা পনম নিংথৌ কৈরাও লাকপ তারিয়া ৱাখায়াকপা পুরৈরোম্বা চীংয়াই লাকপা চাংশোম্বা চাংশাং লাকপা, পল্লুংঙম্ব, লাইসিং অসিনা চুপসেন ওইরিব লৈকোই চিকংলেম অসিদা নোংপোক মালং হুম্মোইবা, লংমাইনিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা নোংপোক সিদবা অপানবা নোংপোক নিংথো মশানৌ ইবেম্মা পল্লেম পিনাই-দবী পন্থো পানাইদবা লাইরেন বদেংঙানবী চনু ৱাঙ্গোন লাইনুরা অতেংবা তম্ফা ৱাংঙম লোন খাম্বি লেংনাঙ্গ মোমবী নোংপোক পন্থোইবীবু মৈতৈ পোইরৈ হনু-হন্না নাহা নুপী নিপা পুন্নমরক চিংহুনা চীংঙ্, মরমবু খোইয়ুম মমাইবনা ঈরাংলি। অমদি হীরৈমা য়াইরৈমা, হীমাবি য়াইমাবি, হিকুবি য়াইকুবি য়াইস্নাহা অমদি থোইমোম সিংচাখোম্বী মুকম্ন লৈতোন কোনবী হুমবু নারেংশুবী লাইরিক লৈমাস্থ ঈরাংলি। অনম অথৌ

—(0)—

কোকথোক চামথোক্লগা নাহৈথোক্লগা হৌনবী মতুংইন্না ঈরাৎ ঈসোন তৌরম্না অনাংবা পূক্লিং ফোংদোক্লা থুরুমনৈ।

মিতৈ ম্না সলাই ইয়েক সাগৈ তরেৎ এথোয়গী চহি থাগী ওইবা লাইনীং লিচৎ সাচৎকী চৎনবী লমচৎতি মীওইবগী মশা মশাবু হিংনবা থবক শুবা নোমবগা লোইননা হায়রিবা চহি থাগী তৌফম থোকপা থৌরমশিং মথক্তা খরা পিজরিবা অসিনি। য়ুম্বান লোনগী অকুপ্পা মরোম্দি পাথংবা য়ুম্বী পুয়ানে, হকলোন পুয়ানে, থিরেন লায়াং পুয়ানে, সিংকক সিংথারোন পুয়ানে, খমনুঙ-ঈওান কৌবা পুয়ানে, ইমোইনু ললনৈমা পুয়া লাইরিক্লে, সিননৈমা ঙৌরকৈঙ্গী পুয়ানে, মহৌ লাংপুম পুয়ানে, সাকোক লমলেন পুয়ানে, সাদিং হৌফম পুয়ানে, লইফম ঈবা নৈঙাকলোন লাইরিক পুয়া কয়ামুক্তা খলনা লৈখে।

---

তরেৎশুবা মতাং

# কৈদৌবগী মফমবু লম কৌরিবনো ?

তাইবঙ পানবগী মপূ সিদবনা হায়এ, লাইগী নিংথৌ নোংনিংথৌ নঙগা হেং লঙবা অপানবা নঙগা নথোয় অনি মক্তা মালেম অসি লমলেন থোকলো হায়রবগা, তরং ইপাক্তা সিথরক্লে, থাকপা নোংনিংথৌনা পুরক্লে, হায়বগী পুরাং পুরৈলোম্বা কৌরে।

—(0)—

লাইয়িথৌ পুরৈলোম্বনা হায়এ, হেঃ লঙবা অপানবা নংদি সানজিং অসিগী মখক্তা তোংওঃ চীং অসিবু থাগনা নঙনা নিংথৌ ওইগদবনে। অসুম্না হায়রবদা লংবা অপানবদি পুক্লিং থাজনা হরাওনা পুক্লিং তপলবদা চীংদা ভোংনা লৈবিডৈদা, পুরৈলোম্বনা চীং অদুবু থাংগৎলহুনা অকিংঙদা পাইখৎলক্লে। মফম মফম খুদিংদা পুথা থেথরহুনা তাংথরম্লে।

খুৎয়োন থাবনা থারম্বা অতোকপা খৈপিক অদুবু পাম্বোই বীনা শমনা লেঙনা খুনখৎলে, চীং মহাকপু কোয়না কোয়না ফোইনা ফোইনা থাদরম্ববু পাম্বোইবীনা খুনগৎলে হায়বগী খুৎয়োন ফঙতংলোবী কৌএ। অসিগী মতুংদা লুরাঙ লাঙমাইবা পোকলে, লুরাঙ লাঙমাইবগী পাওথেম অনোনবনা লাই খৈবিক্কী ময়াথংনা লাইয়িংথৌ নোংনিংথৌসু লঙবা অপানবসু মনা কাগোক মথুমগুম্বনে। তায়বঙ পানদা লৈতাই নোংদাইগদোবনে। পুক্লিং অদুবু হনজিনবীরো হায়না পানথোইবানা থেমলবগীদমক পুরৈরোম্বগী মপূক অদো হরাওরে, তাচি লৈদা লাই অনিমকপূ ঐসু মাহু অন্মানে। তায়বঙ পানব শেমগদোবনে হায়এ, অতুগী লম কোএ।

লাই লৈবা খৈবিক্কী পুক্লিংসু হরাওরে পাথংবা পুরৈরোম্বা অনিমক্কী হকসাংসু অন্মা ওইরে। অসুম তোনা পুরৈরোম্বা মহাক্কী মকোক কুমনা ফৈকোনবগুম্না চীং অতুদগী থায়বুং থায়বুং কিন্থখিবনা মৈতাই মনা লৈপাক অসিদা সঙ্কনা মালেম অচৌবা অসিবু কোনথরে। অতুগীদমকপ, পুরৈলোম্ববু তুবী কোনচংবা লাইরেন ফৈদম্বা হায়না কৌএ।

—(৩)—

মালেম অসিবু তরঙ ঈশিং ওইরমএ, ঈশিং অদুনা কংলরবদা চীং অদুগী পুরৈরোম্বনা পুখোক্তুনা থমলে। মদুদা লুবাক লঙমাইবনা লাইমিং সিদবা খোইগী খোনজেলগুম্বা অদুবু ঙংতুনা মরি থিনা শক শোন্দুনা পুক্নিং হরাওহনল্লে। অসুম তৌরবদা পুরৈরোম্বনা য়ুমন্নিং কাদা লৈরে। লঙবা অপানবনা ময়াই কাদা লৈরে। লুবাং লঙমাইবনা য়ুমমাং কাদা লৈরে। হায়না পাম্বোইবীনা থুবীচলনা লাই লৈবা খৈরিকপু লংননা সুমিং খুদিং হরাওনা সানদুনা লৈপাক থঙনবগী থৌরম তৌএ। অসুম তৌনা লাইসিং অসিনা লৈরম্বা মফম অদুবু লম কৌএ।

---

নিপালগুবা মন্তাং

## লরাই, য়ুম্ফাল খায়বা।

নোংমা লুবাং কুরু পুন্সিবনা লাইয়াম খুন্দমবা চংপন্দা য়াংলো লমথাংদা লাইগী মশক ওনথোকপা য়াম্না লংনা ফজবা মঙান চাওবা অরংবা মতুম, অংকপা ফংলা ফজবা মওং অমা তিংখৌ মথক্তা পকপা শিক্লা মতুমগুম তনিক তনিক লৈবদু উবদা ফজমনখরতুনা লিক্লা অদু মথুবাক্তা নিকথবদা য়াই ওইবদগী লিক্লা অদু কাইদে। লুবাং কুরুনা য়াই অদু পুদুনা ময়ুমদা হল্লকগা মচা পোক্কবী তরুকগুবী তালোই পুম্নাংবা চনু হাওসিয়াংদা পিমরম্মী। মোমনু তালোই ইকুম্বীও নথংলেন

—(0)—

ঐনা ভসি পুন্নক্লিবা য়াঙ্গি ভসি অচম্বা য়াঙ্গ নত্তে। য়োইবুনাই নহাক্লা নিংখিনা ৎব্রবদি নপাঝী পোক্লবা নপাবী পোকনি, নমোম লাওবা নমোম কংগনি। কবিগুম্বা য়াঙ্গ অদিনা নপাঝী ওইববদি লুবাং কুরু ঐগী লুবাং কথাঙ্গ অসি সিমগে। নমোম ওইরগা চাউনা লুহোংবগে” হায়রবদা পুবাংবা চনু হাওসি-য়াংবা মথংনেম্না শিরা য়াই ৎ সিনৌ লসিংনা য়োমহুনা থমখি।

নোংমদি সিনৌ লসিং মম্বক্লগী নাওম্বা মীকপ্পকপা খোঙ্জেম ভাহুনা য়েংলবদা মশাক মতৌ চংখোনবী য়াম্না কজবী মমোম অমা কংজবম্মী। তিংথেঙ্গ পকপা লিক্লা য়াঙ্গনা ওনবা অঙাংনি হায়হুনা মমোমগী কোলোম্ব মিংলেনবু লিক্লাবীচা নোং-দমনু কোরম্মী। লিক্লাবীচা নোংদমনুনা অম্বুম অম্বুম চাউ-শিল্লকপা মতুংইম্ম মহাক্না কম্বা মশকী মনম পোইবৈ অমনা মাল্লকৈ মরি সিনবা থুংনা চংলম্মী। লিক্লাবীচা নোং-দমনুগী মশক মতৌ ফঙবং পন্তে অসি পুরৈরোম্বনা তারহুনা মপা লুবাং কুরু খংহন্দনা লোম্না কোইহুনা মতম চাবা মতাং ওয়রম্মী, থবী অচংব ন্যুমৎ মমদা লুবাং কুরুগী ময়ুম সঙ্গাই নিঙোন কাদা লৈরিবী লিক্লাবীচা নোংদমনুনা পায়মা খাখন তৌরিবৈদা অহিং ন্যুমিদাং অখেংবদা সোরারেন ওঙনা পুরৈ-রোম্বনা লাক্লগা লিক্লাবীচা নোংদমনুদা পায়রম্মী, চংখিবদা খোংহাংবা, থিংবা মখোন তাবদা কুরু লুবাং পুন্সিবন মংগ্রেম-নববু খোইয়ুম লাইবা তাইবং মীরা হায়না হংবদা খুমদবদগী লুবাং কুরুনা লুখুম্নদগী নোংসা মাপন পানবা লোংহু পায়রগা হোৌগংলকপদা সোরারেম্না নমু তাইবং নংতে খোইয়ুম লাইবি

—(0)—

চাকক্লু ললকুবীগে ইপুন মুংসাং পিগে হায়না লাকপর্নি, হায়-রক্লগা সোরারেন্দি চংখে, লুৱাং কুরু পূন্সিবদি চিংনা চিংনা অহুম তুমথখরে।

মতম থৱা লৈরগা মমোমগী পূকনুংদা ঙাকলো ফি-য়ানবা তাওজিং মশায়ান হৈরাং র্মম তম্বা মতৌ উবদা মপা লুৱাং কুরু পূন্সিবনা সাউদুনা মখুত্তা লাইজ ঈশিং পায়রগা হায়খন্মী। ইমোম লাংলেন লিক্লাবীচা নোংদমনুবু হৈরাং লোনচৎনা তাউজিং লোনহাইনৱিবা নহাক ঐগী ইমাংদা খোরকত্রবদি খুত্তা পায়ৱিবা লাইজ অসিনা চাইদুনা উৎ ওল-হল্লগনি, হায়রুবদা পুরৈরোম্বনা লোৎপা য়াদদুনা লুৱাং কুরু পূন্সিবগী মমাংদা চোংখোক্লম্মী। পুরৈরোম্ব উবদা লুৱাং কুরুনা কুরু হায়না খুরুমখি। কুরুনা ঐগী ইমোমবু পায়মা খোইজংনা তিল্লাং খোইদাবিরবদি কুরুগী ননাই ওইবিয়ু অদুগা ইমোম সিবুদদি মচা লৈজদ্রবী পলেম মমা হাওসিয়াংগীদা থম্বীয়ু হায়বা লুৱাং কুরু পূন্সিবগী ৱা তাবদা পেল্লদুনা লুৱাং কুরু পুন্সিববু চহি চামঙা (৫০০) ইপুন মুঙসাং নুঙাই মহৈ চানা পাল্লু হায়না নোংদমবীরমলগা পূরৈরোম্বদি মোংবা মসাইকোন তানা হনখি।

মতম কৌবা লাইনদি অরেপ্পা নাইদনা চৎসিল্লকপদগী লিক্লাবীচা নোংদমনু অসি লোইদাম থাবুম তরা কারকলদুনা মথংলেনগী চেংলো শক মামবা মপারী অমা ফংজরম্মী। নোংমদি লিক্লাবীচা নোংদমনুনা মপা লূৱাং কুরুগী মতিক ময়াই য়েংগে খল্লদুনা মপাদা হায়রম্মী। "ইপা ইবুঙো নমোমদি লাইজ ঈশিং সোকলুখিগে, মপান্দা শুমলিবা

—(0)—

পারি নাওৱা অপিশক অসি খরা য়েংবীরমগ্" হায়রমলগা মপা খংহন্দনা লোম্না মপারী নাওৱাবু পুরগা লাইজ ঈশং শোকপা চংখি। ওইহাক লৈরগা লুৱাং কুরু প্স্নিবনা মমোম্না মপান্দা শুমলমবা অঙাং অদুগী মৱা মপাও তাদে হায়দুনা য়েংলুববু ফিদ: মথক্তা অঙাং লৈরমদ্রবদা, লুৱং কুরু অসি ঙকপদা থেংখে।

মমোমনা হল্লক্লগা মপারী পিথু হায়রবদ ঐন অঙাং পিনিঙাই লৈতদুনা মপারী পিদ্রবদি মমোম্না সাউংনি হায়বগী কিবনা মফৈবাক্তগী তুরৈ তাদুনা অঙাং অমা সারগা মমোম্না শেমলম্বা ফিদাদা অঙাং অদু শুমলম্মী।

মমোম লিক্লাবীচা নোংদমন্নুনা অঙাং লৈরমলোই খংলদুনা য়েংদনা মপা লুৱাং কুরুদা মপারী কদাইদা লৈবগে হংলবদা মপানা অঙাং লেংদনা লৈ হায়বা খংলদুনা মপান্দা তুমলিবনি হায়না খুমলম্মী। লিক্লাবীচা নোংদমন্নুনা ঙরদুনা মপান্দা য়েংবদা মানা শেমলম্বা ফিদাথক্তা তুমলিবা অঙাং অদুগা মহাক্না লোৎলিবা অঙাংগা মম্নমনগদুনা ঙরম্মী। মপাগী মতিক ময়াই উবদা কিরদুনা মমোম্না খুরুম্খি। ইপা ইবুঙো নমোম্না ইপাগী অচৌবা মতিক ময়াইবু খংজনিংবদগী তৌবনি ৱারৌবীগনু। ইপারী নাৱা, অপিশক্তি নমোম্না ঈশং সোকপা চৎপদ পোদুনা পূই" হায়বা তাবদা লুৱাং কুরুনা হায়খি। ইমোম লাংলেন নহাক্না শুমলমগে হায়রম্বা নপারীবু য়েংলুবদা লৈরমদ্রবদা নহাকপু কিবদগী ইপানা খাংঙথক্তা ফৈবাক্তী তুরৈনা তাদুনা শাবা অঙাংনি,

—(৩)—

হৌজিক্তি মাংবা য়াদ্রবা অদোং হৌনি অদি নতাক য়োকলো, ইপানা শাবা অদুগ অসিনা ফংমেন্দা শুম্ব হান্নবনিনা মহাক্কী মম্বিং মানতোম অহুন কৌদি। অদুগা নমদা পোম্বিবা নপাম্বী অহুনা খোইতেংম অত্তোনবা কৌরো হায়না মপানা নপাম্বী অনিগী মমিং থোন্নবিখি।

মানতোন খোইতেংম নপাম্বী অনি অসিনা নুপাং কুরু পুন্সিবদা মপা ওইরবেক্কী নীংতুনা পাম্নৌ কৌখি। অদোং অনি অসিনা চাউরকপা মতমদা মমাংদগী অনিনা পান্নৌ কৌরিবা অতুদি নখোয়বু পোকপা নপা নত্তে। নপা মশক খঙদবা নখোয়দি পোকইবা মপোক অদু কনি কান্নগনি নপাবু নদানা নশক খঙদ্রবা, নহোয়বু নমান্নবা মীওক তিনবা ইকায়দ্রা, নখোয়বু পোকপা নপাদি মশক খংদে হায়না লানৈবিরবদা অদোং অনি অসিনা মমাদা ইনা ঐখোয়বু পোকপা ইপা কনানো হায়না হংলম্মী। মমানা মচানী মফম্দা মপাগী মশকপু তাক্লকদ্রবদা অদোং অনি অসিনা “ঐখোয়বু পোকপা ইপা তাকপিদ্রবদি সিরগনি, হায়রগদৌ পালেম গম্বা লিক্লা-ঈচা নোংদমনুবা নুংঙাথীনা চানুরকই।

“ইপাম্বা ইবুঙো অনিমক নখোয় অনিনা খোংলম্ব অমুক্নবা অনিগী মতুংইন্না চুম্ম চৎপদা নুং অমগী মথকত্ত ফমদুনা নৈরম্ব ‘নপা অদু নখোয়বু পোকপা নপানি” হায়ম তাক্পীরবদা মচা অনিনা মপা থীবা লাক্লম্মী। মমৈথংদা পুরৈরোম্বা থেংনহুনা “নং ঐখোয় অনিবু পোকপা ইপাম্বা?” হাম্লা মপা পুরৈরোম্বদা লিক্লাবীচা নোংদমনুগী মচা অনিনা হংলুবদা পুরৈরোম্বনা মচানি হায়বদি থংনা থংনা খুমখিদ্রে।

—(৩)—

মরমদি মহাক্নী মচানি খংথ্নবদি মহাক্না কোরৌ নোঙ্গানবদা মতুং ইনগে হায়রকনি হায়তুনা মরোল খোক্ত-নবা লৈওন পাত্তা কুমতুনা লৈওনবদগী মরৈ লোমতুনা ঋাঙংবা য়াদ্রে। মতু উবদা মচা অনিনা উরৈরোম মশান্না মপাদা ফুবদা মরোল থোরক্তুনা নখোঙ্গ অনি ঐগী ইচাবি হায়খি। মনতোম অহন অমদি খোইতোম অতোনবা অনিনা মপাগী মতুং ইনগে হায়রক্লবদা মপানা তাইবং চিঙ্গাক চাতুনা মমুপোং শেমলমখো হায়না য়াখিদে।

চৌংবাং লোক্কি চিংঙৌ পূরাং পূরৈরোম্বনা কুপত্রেং কৌনা খাকপা নিংথৌ চনু লায়েক লাখৎ চনুগা লাংওন সান্নবদা ইবেম্মা লৈমরেন সিদবীনা পীথেৎ লৈমা লৈমাং খোম্বী লাইরৈবী অহুমনু কৌনা নোংলুম থাবু কোল্লে, অপোং ইংখোন্দা মপা ইরাই কুপত্রেং কৌনা নিংথৌ কাবা নুমিৎতা অঙোম পোকএ।

চিংঙৌ পূরৈরোম্বগী লৈমদি হাউনিং সংনু লৈসংবীগা লিক্লাপীচা নোংদমনুগা, লৈছৌ নিংথৌ চনুপিথেং লৈমগা অহুম অসি সোরারেন পুরাং পূরৈরোম্বনা পান্নবদগী হাউনিং সংনু লৈসংবীনা হংগেন লোংনা থাবা পোকএ। লিক্লা পীচা নোংদমনুনা খোইতোমনে, মানতোমনে, অনি পোকএ। খোইতোমগী ঊদি অঙোমনে, মানতোমগী ঊদি লূরাংনে। কালতেক লোম্পি লিক্লাপীচা নোংতংনুনা, খোইতোম, থাল-চৌম্বনা ফাল-থাল চৌম্বনা পুমিংনাবা। খোই লাইয়েক

—(0)—

খুবীনা তরু লাইয়েক হলবীনা কাহ্নমু য়াইথিংখোম্বা চন্নুনা মফৌম্বিৎ থোনবা পোকএ।

লৈহৌ নিংথৌ চন্নু পীথেৎ লৈমনা খংহন অহানবগা খংহন য়াইমবগা, খুমন্নুং ইৱা থংবগা অহুম অসি পোকই খমন্নুং ঈৱাথংনা কংলৈ ফম্বাল তোংঙে। অঙৌ পানবা অঙোমনা নিংথৌ পাল্লম্বা কংলা স্নুরুং মেনফম ইমফমদা কোনথাতা পাল্লমলে। লাইরেনবী থিংপী লাই খোমপীগা অঙৌপানবা অঙোমগা পাম্নদুনা লৈসংলেন অসংবা পোকএ।

মথংদ লাইয়াম ওক্লাসং নেংপোক থংবদা কংলা স্নুরুং মেন মথক্তা ফম্বাল তোংদুনা লাইমী পূন্নমক্কী মপু ওইদুনা পাল্লমলে। হৌজিক ফাওবা অঙোম সঙ্গাই পুন্সি-বগী য়ুমগম লৈরী, থংদা কোংবা ?রেন ঈরাং ঈচিল কংলা স্নুরুং মেনফমদা ফম্বাল তোংদুনা লৈবাক মীয়াম পুন্নমক্ক ম্নোৱম্মী লাইশিংগী ঈরাং খৌনম্ন হৌনদা খোরম কাইহন্দনা অচুম্বা খোৱম তৌদুনা মী লাইবু কুজনা শুমদাইনা পানহৌরে।

চিংঙৌ পুরাং পূরৈরোম্বা সিদবদা মপারা মঙাবু নুংসী পাওমেনলম্নগা কোরৌ নোঙ্গারকপদা কংলা পূঙময়োনগী নুংক্কাল থক্ত ফম্নিবা কুরুনা চংপা, মাচে তায়বঙ খোংদারুখো হায়দুনা লৱাই পাইদুনা ইন্থখি। লৱাই পাইদুনা ইন্থবদা পূরৈরোম্বনা তাবা মফম অতুদগী লৱাই থোম্নখি। কুরুনা পুরৈরোম্ববু তায়বঙ খোংদারুখো হায়দুনা লৱাই পাইদুনা

—(0)—

ইম্বরুরগা কুরুদি লেংদনা নুংফাল থক্তা ফমদুনা তাইবঙ মালেমবু ঙাক সেনখি। ইম্ববদা কুরুগী নুংফালদি লেংদে হায়দুনা নুংফাল লৈবা মফম অদুবুনা ইম্ফাল (য়ূম্ফাল) থোন্নখি।

পূরৈরোম্বনা অঙাং অসিবগী মশক ওইরক্লে। মদুবু লুবাং লঙমাইবনা মনসপাকতা পামদুনা তাইরেন মরোং মনা অহুম ফাংবা পায়রগা লাইমিং লাইমিং সোনদুনা ঈশিং চাইনা খিকলবদা পূরৈরোম্বনা অঙক অঙাও হৌরকপা অহুবু মরোন মরি থোকলে। অহুম তৌনা নোঙথৌ লাই লৈপাক্কী সোরারেনগী ফম্বাল তোংদুনা তায়বঙপান অচৎপা চৎতবা পূম্নমক্কী ফনবা শেম্বিরে।

---

মাপনশুবা মতাং

## ন.ম. মমিং খায়দোক্না থোনবা

খবী লমত থাগী তরামঙানি পানবা থাপূ সগোলসেন নুমিৎকী মাচংবা ইরাইনা পূবা পুংফম মতমদা কোন্নচক্ক পোক্লে। মামহি মহিরেন পাখংবনা লাইমু মীমু ওইনা লাংওনলগা নোংদম নোংখাই পাখংবা কৌনা নুমিৎকী অক্লাদগী কুমথরক্তুনা মীশু লাইমু ওইনা কংলৈ মপু ওইদুনা

—(০)—

পাল্লমরে। লাইগী চহি লথা মঙা লিসিং কুলনিথোই পাল্লে। ৫২২০০০।

অপালবা পাখংবনা মুৱা পাল্লি স্নানৈপাক্তা থৌরাঙ্গ অয়াম্ববু লাৎপিগে সিঙ্গোং তম্বীগে হায়দুনা মীগী মপোক লানজনা অতোয়া সিদবনা লাইস্না সাজুনা মৈতাই নৈপাক্তা নিংথৌ ওইনা লৈরম্লে। নয়োন মৈতৈ লৈমা লাইস্নঃ হৈরোং নিংথৌ চনু হৈরোং লোংনিবনা পোকপি লৈচিক চিক্লিবনা পোকপী লৈচিক চৌক্লীবা লৈথম থমলীবনা য়েনবি পোইরৈ মনুঙ ওইদরিঙৈ তোয়া খাংপকদ চানা ইহোননা পোইরৈ হায়া মনুঙ ওইরকপী মৈতৈ লৈমা লাইস্নাওঃ তোম্না কৌএ।

তুবি য়োই নোংদা লাইরেন পাখংবদি স্নাঙ্গৈতমননা চোইনৌম্না মিংহুনগীবু চুনবনে। লৈনুঙ মাবিরোক্কা নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌএ। কম্বান্দা চহি চামা কুন (১২০) পানলম্মে। নোংদা লাইরেল পাখংবনা অহানবা মুন্ফাল কংলাদা নিংথৌ ওইবা মতমদা মঙান মৈবা হৌনরিক সরা ভুখোং খুদিংদা ভৈনথম লিক্লা হুইথরকপনা তিল্লিরেন লাইথ্রিরেন লিগুাওরেন তাওরোইলাই মঙামকপু য়েম্বরকলগা, চৌংঙু ক্ষিথুপ অহুম শুনা কমকমজুনা লাইগা মীগা লোইননা মুঙাঙ্গ থোইনা পাল্লিঙৈদা পোইরৈ সলাই শাগে তরেংকৌ নুপী নিপা হুপ্না ষ্টক্রী নিরোন শক চোংনা নুমিং কুলনিথোইদ্রি চুপ্পা হরাঙ্ত মুঙাই মথোই কানা মুঙাঙ্গ কমতোংএ।

—(0)—

ময়ু-ভুবী য়েঃইরেনবা নোংদা লাইরেন পাশংববু পোইরৈ মৈতৈ স্নালৈপাক্তা নিংথৌ খুভম শেম্বিরমলগা মপা কুরু শিদবনা নমু তাইবং কনা উদ্রিবৈদা লোম্না থুপ্না শানথুপ্না লোংলগে থল্লতুনা অখুবা মকমদগী কুরুনা থোরক-পা অতুবু নমু তাইবং মীশিংনা ইরাঙ্গ লাইনা উখিরন্মী হায়বগী মকম অতু খুরাঙ্গ কৌনখি ।

কুরু শিদবনা শানথুপলগে থল্লতুনা অখুবদগী থোরক-পদা নমু তাইবং মীয়াম্না উখিবদগী লোৎপা য়াত্রতুনা লাল্লগা কৈতুপূংদা লোংলম্মী। নমু তাইবং মীয়াম্না কুরু লৈত্রে মকম কদাইদা চৎথরবগে হায়না ময়াম্না থিনরকপদা কুরুনা কৈতুপূংদা লোৎতুনা লৈবা অতুবু নমু মীয়াম্না ৱাংনা থৈনা উখি, হায়বদগী মকম অতু ৱাংথৈ কৌনখি।

কুরু শিদবন নমু তাইবগ উরবদা শানথুপ্পা য়াররোই থনতুনা ৱাংথৈ কৈতুপূংদা লোৎপসু নমু তাইবং মীয়াম্না কুরুবু ৱাংনা থৈনা উখিবদগী লোৎপা য়াত্রতুনা অতোপপা লোৎকম থিরকলবদা কুরু মাংখিগনি হায়তুনা থৱাই ময়াম চংনা কুরুবু তান্নরকই হায়বগী মকম অতু থৱাই কৌনখি।

কুরু শিদবা মপূ মহাকপু চৎহননিংদবগী ময়াম চংতু-না তান্নরকপদা চেনকম থংদতুনা কুরুনা ঙাউরিবৈদা ময়াম্না নমহুনা করে, থৱাই ময়াম চংতুনা তান্নবদগী মহি ময়াই চম্বগুম কুন্দুনা কুরুনা চেনকম থংদনা মমতুনা লৈরে, হায়-তুনা য়াইকুন্দ হায়নবদগী মকম অতু য়াইস্কুল কৌনখি। অসিগুম্বা ৱাহৈ অসিদগী খুরাই ৱাংথৈ থৱাই য়াইস্কুল পানা মরি থায়খিবনি।

# মালেম করমনা ওইরকপনো ?

১। ঈহৌ ইপুনা অতিংঙাদা সংশঙ তাংবন ওইনা ফমৌদ তাইবংগী হৌবা লোইবা পুন্নমক অপোকপন উগরে, মনুং তেংনা উবনা তেংপানবা মপূ কৌখরে। তেংবানবা পোকপিবা অপোকপবু শেম্বীবা পোকলেন পোকপা হালেন হানবা সাংলেন সাংপা ইহৌ ঈপু সিদবা লাই অমত্তা ওইব ঈপুনা পুক্নিংদবু থল্লহুনা থৌরম মরোং পুথোকখি তায়বঙ পানবা মশকপু কয়িস্থ লৈত্রিঙৈদা ঈহৌ ইপুনা তাইবং কুম্মে শাম্নগে অচৎ চৎতবা লেংলি পাল্লিবা থবাই পানবা পুন্নমকপূ সেম্বী শাবিরগে নিংলহুনা ঈখাঈ মঙা মকস্থ খায়দোক্কুনা শেম্বীরে।

ঈখাই তরেৎমকস্থ খায়দোক্কুনা চৎনা পর্থাপ কায়দনা শেম্বীরে, ঈখায় মাপনমকস্থ খায়দোক্কুনা শেম্বীরে, ঈখাঈ তরানিথোই মকস্থ পুথোকপিহুনা অমত্তা বাত্তনা থম্বীরে ঈহৌ ঈপূনা, ঈপূ শিদবগী মশক্কা পুক্নিংতবু ওয়হুনা থৌরম মঙং পুথোকখি।

থৌরম মঙং লেপ্তুনা অথুপপা মফমদগী লৈচিনগুম্বা হৌরকপা য়েংববু উদবা হৌরকপা অহুবু মথুপ অহুম থুপচিন্দুনা ঈনুঙলেন্দা থমখরে, ঈহৌ ঈপুনা।

পথুপ লৈনেম মথুপ অহুম অহুবু লৈয়োন নুঙলোন

—(0)—

হায়না মিং তাক্লগা ঈহৌ ঈপূনা লৈয়োন নুঙলোন অহুমমক্তী মন্নুংদা খোঞ্জেন উংলাওনা লেংথোকলকতুনা মচুনা সনা লৈয়োন ফুদোংবগুম্বগী মসক তনিক-তনিক ঈহৌরকতুনা ঈহৌ ঈপূনা পরম মৱোং খাইত্তুনা ঈখাই মঙা, তরেৎ, মাপন তরানিথোই সেমখ্রবা তসিদগী ঈখাই মঙানা অতিংঙাদা চংখিত্তুনা মখল মঙা ওইখরে।

মখল অমনা লৈলোন নুঙলোন অহুমমক্তী ঈয়াই খম-ন্নুংদা হুং-নিং হায়না ঙংবদগী হুমথোকলকপা নুঙসা মনিন অত্তুনা হুমলেন নুঙসিং ওইত্তুনা নোংলোন অতিংঙাদা সান্নত্তুনা নোংলোন নোংসিং নিংথৌ সিংত্তুনা তরং নোংদোন সিননা অঙ্গংবগী মতিকপূ লৌত্তুনা মনিন ওইনা লৈচিনগী মসককুম্না হৌরকতুনা মনিন লিক্লা ঈসিং নোংলাইজ ঈসিং ওইরে।

ঈসিং নোংসিং অনিমক্লা নোংসিং নোংলৈ ইন্দুনা অকলবগী মতিক ময়াই লৌত্তুনা ঙং হুংনিং হায়না ঙংত্তুনা চাঙ্গনবদগী য়েখাইনত্তুনা মৈনাই ৱাইনাইত্তুনা মৈন-ৱাইনা তাংনা সমথরকই।

অহুমমক অসিনা ৱাইনা তাংনত্তুনা মপং ওইনা কম-জিল্লকতুনা লেনগী মসককুম্বা মালেম লৈসা ওইরকই। অতিং-ঙানে নোংসিংনে ঈসিংনে মৈনে লৈপাকনে মঙামক্লা মসক লেপ্পলবদা মংমক্তী মথক্লা সিন্নবা লাই মসক উদবা য়েং-বদস্থ উদবা লাই অত্তুন মথোয় মঙাদা তোংসিলখিত্তুনা অকাইবা অতোইবা পুন্নমকপূ মেনসিন্নরে, মঙাগী অকাই-বৱু মপূ মহাক্লা মেল্লি।

—।0—

মপু মহাক্কী অকাইবা পূন্নমকপূ মঙামক্কা মেলনরি। মপূ মহাক্কা মঙামক্কা মেল তানজুনা লৈনরে হায়বগী মঙামক্কী পূক্রিং অদু অতোংঙ্ব অব্বাংবা কাখৎলক্লে, মপূ মহাক্কা লোইননা ঈপুনা মাইকৈ মরিমক্কা লৌসিংগী মৈরা থালকৎ-লক্লে, মৈরা মঙান ফাওরক্লে, তাইবং লমপাক ঙানলক্লে, মৈরা মেলপূং মরি অসি মেন তানজুনা তাইবং পানবগী-দমক্তা মেনপূং মরি অসি লেপ্লক্লবনি।

অতিংকোক হোমক্লা নোংঈচম্ অতিংঙা লাইখাই তারা লিকলম সিংথা তরুক মেনপূং মরি অসি পোকলকতুনা সিদবা মসকসু উদবা লাই অদুনা মনিল ওইনা লৈচিনগী মসক কুম্না হৌরকই হায়বগী লাই মহাক্কী পূক্রিং ব্বাখলবু লাই ঈয়েক লাইয়েক লাইলিক লাইগী লিকলম সিংথা লাইয়েক ঈথাই মাপন কৌএ

ঈপূগী লোইনব মেনপূং মরিগক্কী তুংনফম অতিংঙা নোংথৌ নোংসিং মচাগী ময়াই মপূং ফারব ঈনুঙ সিদবগী মিরেনগা কসাগা ৭ মক্না পূন্সিল্লগা অমা ওইরবা ময়াই তরেংকী লৌসিং অকলবা তৌবা ঙম্বা পুন্নংক্কী মতিক ময়াই পুথোকলগা ঈহৌ ঈপুনা উনবী ব্বাথল তৌজুনা তাইবং সেমগে নৌংখরে।

মতিক ময়াই অরুববু তাইবং মীওইবগী মসাদা থমগে হায়না নীংখরে। হুংনিং হায়না ঙংজুনা নোংম ঙাইনচীং নীংবদগী থৌনা কারকপা মব্বোং লৈতববু মালেম লৈসানা য়ুমগী মব্বোং কা মাপন সাগে হায়না খলখরে।

—(0)—

য়ুম অতুগী মনুংদা সংঙ্গোমগুম্না ভৌখৎবা ঐনা সেম-তুনা লৈগে হায়না খলখরে, তাইবং সকতমৱু কমদৌরগা ফজহনসিগে নীংথিহনসিগে হায়না খনলকপদা, ঈগী মসক লৌরগা চেংলৌ সকপূ নীংথিহনগে হায়বগী ঈগী মসক লৌখরে। ঈপূ সিদবনা ঈংহৌরকতুনা তাইবং হুকচাং থাং-তুনা পুগে হায়না লেপখরে, তাইবং থৌরম য়াম্বনা ঈপূনা অমুক্তগী ৱাখলনা সকতম মৱোং লেপখিদে।

---

# ঈপুনা সাইয়োন তরা পুথোকলগা মালেম লৈসা চিংখৎপা।

২। ঈহৌ ঈপূ সিদবনা ঊং হায়না ঙংতুনা অনিরক সুবা ৱাখন্দা সারোন তরা খন্দুনা, তাইবংগী তুংনফম ওইনবা মালেম লৈসা থিগে হায়না নীংশিংখি। মতোমতনা লাইজ ঈলেন ঈয়াইদা লুপথকখিত্নুনা ঈনুং ঈতানখি, ঈপূ সিদবনা লাইজ ঈলোননুংদা কুইনা পাকসন্না খিতুনা মালেম লৈসা ফংনরে, মালেম লৈসা অতুবু ঈপান লাংদা পুংথনবা সাওন তরা খনলক্লে ঈপুনা। থৱাইগী মপূ ওইরিবা ঈকুণ্ডো মহাক্কী পূরিংনা ঈঙাং পাকতক্লরক্লে, ইঙাং ইলেন ইয়াই লৈরোন নুঙলোন অহুমমক্কী তুংনফম সনা কোনফু নিংখময়াই ইসং তরংলেন্না থেল-পূং-পূঙ খোংনা থেঙ্গ্নলেংগী মসকপূ ওইখরে ঈপূনা।

—(0)—

থেঙ্গুলেনগী সকতমনা মালেম লৈসাবু পুখৎনবা হোৎনজে, মালেম লৈসা অহুবু লাইজ ইপাক মতোন কাওতুনা লৈসা পুখৎপা ঙম্মদরে। মালেম লৈসানদি চাওখি পাকখিবা থেঙ্গুলেন্না সানৌ হকচাং ওইবনা ঈপুদো অৱাবদা লৈখরে।

ঈহৌ ঈপূনা কমদৌসিগে থন্দুনা উনবী ৱাখল তৌববু ইহৌ ওক-সন ওকসা সকতম ওইরগা মালেম লৈসা পুখৎকে হায়না ঈপূনা ওকসা সকতম মচিন্দা মালেম লৈসাবু হাপতুনা ঈমায় কাওনা পুখৎপবু ঙমখিদে। মালেম লৈসানদি চাওখি-পাকখিবা ওকসা সকতমনদি সানৌ হকচাং ওইরমলে, ঈপুদো অৱাবা ৱাখলদা লৈরকলে।

ঈপু সিদবনা ইনুং-পুংদা মালেম লৈসাবু পুখৎতবা য়াদে হায়বগী ইহৌ ঈপু ঈচুপ্পনা কোংবীগী মসক লৌতুনা মালেম লৈসাবু লাইজ ঈলোননুংদগী ইপান লাংদা পুখৎলকপা ঙমখিদরে। কোংবী সকতমনদি সানৌ হকচাং ওইখিবা মালেম লৈসানদি চাওখি পাকখিবনা ইপূদো অৱাবদা লৈখরে।

ঈপু সিদবনা মালেমবু পুখৎতবা য়াদে হায়দুনা সামুগী মসক লৌরদুনা মালেম লৈসা পুখৎনবা হোৎনররে, মালেম লৈসা অতুনদি চাউখি পাকখিবা সামুগী হকচাংনদি সানৌ হকচাং ওই, লৈসা পুখৎপা ঙমখিদরে। ঈপুদো অৱাবদা লৈখরে।

ঈপু সিদবা হোমরু ইথৌবনা নোংলেন চুপনা সাওনলগা নোংসা সকতম পুথোকলে, নোংসা সকতম সা-ওননা

—(0—

ঙকলি লুজ্জাউ থেকনা ঈপুনা মালেম্বু লইজ্ঞ ঈপান লাংদা ঈমাই ফাওনা পূথংলকপ্ৰু ঙমখিদরে-মালেম লৈসানদি চাওখি পাকখিবা-নোংশা শকতমনদি সানৌ হাকচাং ওইবনা মালেম্বু পূথংপা ঙমখিদরে ঈপুদে অৱাবদা লৈরে।

ঈহৌ ঈপূনা ঈপাক ঈলেন ঈয়াইৃ লাইজ ঈনুঙ পুঙদা মালেম্বু পূথংতবা য়াদে হায়না চাউৱা মপান থাবগী শকতম্বু সাইয়োল্লগা ঈপুনা চাউৱা মপান থাবা কৌনা ম্মিংতাল্লগা মালেম লৈসাবু পুথংনবা হোৎনরক্লে চাউৱা মপান থাবনদি সানৌ হাকচাং ওইবনা মালেম লৈবাক লৈশানদি চাউখি পাকখিবা মালেম্বু পুথংপা ঙমখিদরে ঈপুদো অৱাবদা লৈখরে।

ঈপূ সিদবনা লাইজ ঈনুঙ পুংদা মালেম্বু পূথংতবা য়াদে হায়ত্রুনা ঈপুনা নোংয়াই মরি ওংবগী মশক লৌত্রুনা মালেম লৈবাক লৈসা অত্রুবু লাইজ ঈমাই ফাওনা পূথংনবা হোৎনরক্লে মালেম লৈবাক লৈসানদি চাউখি পাকখিবা নোংয়াই মরি ওংবনদি সানৌ হকচাং ওইবনা মালেমবু পুথংপা ঙমখিদরে, ঈপুদো অৱাবদা লৈখরে।

ঈপু সিদবনা লাইজ ঈলোন নুঙদা মালেম্বু পূথংতবা য়াদে হায়ত্রুনা ঈপূনা পীশাতাউ কৌনা সাইয়োনলে পীশা-তাউগী শকতম্না মালেম্বু লাইজ ঈমাই ফাওনা থাংকৎলক্লে মালেম লৈসা মতোন লোম্না থাংকৎপা ঙমদরে মালেম লৈসানদি পাকখি চাউখিবা পীশাতাউ হায়না মিং থোল্লুরিবা অসিনদি সানৌ হকচাং ওইবনা মালেম্বু পুথংপা ঙমখিদরে ঈপূদো অৱাবদা লৈখরে।

—(০)—

ঈপু সিদবনা লাইজ ঈনুঙ পুঙদা নিংসা হোনলকপদগী ঈহৌরকতুনা হোমরু ইপে কপা হোমরু ঈথৌবা হোমরু ঈচুপ্পা হোমরু ঈপোকপা পাকনা সিদবগী সাওননা পাফল নোংখৌ কৌনা ঈপূনা সাইয়োনলগা পাক্লা সিদবা নোংথৌ নোংসংকা লোইননা মালেম লৈপাক লৈসাবু পুখৎলকপা ঙমতুনা ঙকচাও পাঙ্গন পামভেনা মালেম লৈবাক লৈসাবু ইনুঙ পুঙদগী লাইজ ইমাই ইপান লাংদা কাওরকলে, ঈপুদোঃ।

ঈহৌ ঈপু সিদবা সিয়োম নুঙগী নুঙলেন লাংপোকলেন পোকপা পাক্লা সিদবা ঈপোক পোকলেন হোমরু লুলেন ঈপোকপা ঈপুনা মালেম লৈবাক লৈসাবু লৈরোন নুঙলোন মাপনমক্কা লোইননা ঈপাক ঈয়াই ফাওতুনা লাইজ ঈলেন ঈয়াইদগী তরং নোংদোন ফংনা মালেম্বু থাংকৎলক্লে ইপুনা।

মালেম লৈফুলেন হানলকপা সনা চৌংলেন কৌক্রগা থানা চাওবা থাংচৌংকা নোংমাই ফাওনা ৱাংবা লংমাংচৌংগা সনা চৌংলোন অহুমমক্ক লোইননা চৌংসা নাওপোম মাপনমকপু লৈরোন নুঙলোন তরেৎমক্লগী ফাওগৎলক্লে, তরং নোংদোন ফংনা।

সনা থম্বাল লৈৱোংগুম ফাওরবা সনা চৌংলেন অহুমমক্কা লোইননা মালেম লৈপাক লৈসা চৌংসা নাওপোম মাপনমক্কা তুনা মালেম লৈসা লৈপাকপু ঈপু সিদবনা মকোক থক্লা হাপ্তুনা চীক্লা ৱাখল তৌথখি।

—(0)—

নুঙসা ফুইনা হোম্দুনা য়েৎকী নুঙসিৎ লমদগী লাইগী মরুপ চোংথোক্লে, সোরালেন্না চিংদুনা মথং মথং থোরক্লে, সনাচীং-চীংগী চীংদোন্দা মথং মথং কাথংখি।

অপানবগী মরুপস্থ অতিংঙাদা পাইখৎখী, কোরৌ অহন ইন্দুনা থাবী থাবুং পুমনমক ঈপু সিদববু থোগলখী, অপানবদি লোইনমক অহিং নুংথিল নাইদুনা অমম অঙান থাইখরে, অপানবগী মরুপনা দথাপ মতুং ইনখরে।

মাইকৈ তরাগী লাইস্থ থোগল্লক্লে। য়োই-ময়াই তাওদনবস্থ থোগল্লে, তাও লোই অঙানবস্থ থোগল্লে, মালেম লংজখৈস্থ থোগল্লে, সনা খোম্মতোনস্থ থোগল্লে, থবিরেং সেংগোইরেংস্থ থোগল্লে, অপানবা চরং সেনস্থ থোগল্লে, খোইবুঙ সেন নোংসাবা খৈস্থ থোগল্লে, নোংপোক চানবা তৌরিংবা লৈমা চনুস্থ থোগল্লে, মালেম মহৌ লাইর পাঙ্গ নিংথৌ চনুস্থ থোগল্লে, পাইম লিংগোইগীদি পালেমসিংনা পিথাংসিংনা নাওয়োকপিব-মৈস্থ থোগল্লবদা, লৈরোন নুঙলোন অহুমমক্কী মপনলোনবা চনুস্থ থোগল্লক্লে, কোরৌ নোংবু খোম্বা চনুস্থ থোগল্লক্লে, মালেম লৈবু লুম্বা চনুস্থ থোগল্লবদা, সনা লিংগোই য়োই ময়াই তাওদনবা নুমিৎতি ওনলবদা ইমি ওনলবদা থবি চাইরবদা তলা চাঙ্গরবদা মিরেন লৈরবদা, য়েৎকী লম্বী থিংদুনা, ওইগী লম্বী থারক্লে, লাইলেনবাগী মরুপস্থ মথং মথং থোরক্লে লাইলেম্বীদি সিদবী অহানবদা চোংথোকখী।

লাঈলেম্বাগী মরুপনা মতুংতবু ইন-নখি, লমদাং মতুং ইন্দুনা চিংদোন থকতা কাথরে, লোইবী মতোন য়ৌরগা লাই-য়াম্মসিংগা উননরে, মপা মপা য়েংদুনা নুপী নিপা পাখরে। লাই লথা চাম্মা লাই পুথোক হৈবী পুসিন হৈবী কোটী য়াংখৈ। সারোই লিশিং লথা কোটি ৩৫ অসি পুন্নমক থোকখ্রবনী।

ভরামাথোইশুগা মতাং

# সোরারেন্না লাইগী নিংথৌ কনাদৌনা ওইখিবগে ?

সোরারেন্না লাইরেম্মগী নিংথৌলেনবু ওইখরে, লৈমলেন্দি সিদবী ফম্বান ওইদনা ঊানখরে। সোরারেনগী থৌগলবু নিংথিথাইনা তৌখরে

ঈপু সিদবগী তুংগোংদা ক্লুমাং মরিক ফুদোক্লে। হুমাং মরীক কোন্দগী সংদোক্লে মরুপ চেংথোকখি, নুপী নিপা থাইদুনা লিসিং লিসিং থোকখরে, লাইগী লমদাং ইনদুনা চৌংগী চৌংদোন তানখরে, সোরারেনগী মরুপনা মাংৎং চেল থাদরে, সারোঈ মরুপখিবিক্লা লৈকমতবু তকপিরে, কৌব্রুচীংসা লোকচপ্তা খুন্দাজরু হায়খরে সারোঈ মরুপ খিবিক্লা লোকচপ নুঙদা লৈখে।

তেংবানবগী মপুনা থৌরম পনতুপ লোঈদুনা লৈপহল-নিংবা মফমদা মালেম লৈপাক লৈসাবু ঈপু সিদবনা লাইক্ক ঈগেন ঈয়াঈদা মালেম লৈসা লৈমা য়োনবু ঈপুনা লৈনা-লৈনা লৈসিননদুনা লৈপাক্কী নুংকে মরিমকতা মালেম থোংজী ফাখরে। ঈপু সিদবনা, মালেম্বু নিংবা মতুং ইনদুনা মালেম লৈসা থমখরে ঈপুনা।

অতুং চংত্তা পুন্নমক পথাপ মতুং নদুনা সনা চৌংগী চৌংয়োন্দা লাইগী মরুপ খিবিক্লা চৌংদোন থকতা সুঙাই থোইনা তানখরে, হেক্কা তিংথং লৈতনা।

—(0)—

সাগ্নোই মরুপ খিবিকম্ব নুংঙাই চিক্লা পানখরে। চাদা নাওদা সনদুনা নুঙাই মরম লৈনখরে।

ঈপু সিদবগী থৌসিন্দৌ অঙকপগী মশক্কি তাইবং মরুপ খিবিক্লা য়াইফ ম্নিংথৈ সোনগনী।

---

তরানিথোইশুবা মতাং

## সাগৈ অহুম কমদৌনা পুথোকখিবনো।
## (ঈপু সিদবনা সাগৈ অহুম পুথোকপা)

ঈপু সিদবনা লাই লৈপাক্কী লৈকোই পুংদা মায়াদগী হৌবনে, মরুমদগী ওনবনে মমানা পোকপনে, সাগৈ অহুম অসিবু সেমলগা য়ুম্নাক অমদা থমলগা, লাই লৈপাকতা লৈরিবা লাইয়ামসিংদা খঙহনলে ঈপু সিদবনা।

মায়াদগী হৌবনা উ গী বাগী মথল হৈপান লৈপান মহৈ মরোং নাপি সিংবী মথল মথা অয়াম্বা হৌরক্লে, মরুমদগী ওনবনা পোম্বী চেক্লা অয়াম্বা মথল মথা ওইরক্লে, উচেক্কী মরুপনা সঙ্গু সঙ্গু পাইরক্লে, মমানা পোকপানা থোইয়ুম লাইগী চাগোক সলাই অয়াম্বা লাইগী মাচা মশুনা খঙনরক্লে, লাইয়ামশিংনা।

—(0)—

মারাদগী হৌরকপা মহৈ মরোং হৈপান লৈপান পূন্নমক পোমলম্বদগী লৈহাও ফবা মরম্না মথোই কানা ফুককংলক্কনা সিঙেন অপোম্ববু লৈরাং ফুকাই শাংলক্লে। খোইমূ খোইরা পূন্নমক মথোই কানা পাইরক্লে।

পোম্বী চেক্লা খুদিংসু হৈগী হৈকোনতম্না হৈকোন খুদিংদা পাইরক্লে। মহৈমরোং ফবা য়েংহুনা লাইয়ামশিংনা চাকতারক্লে, লোইবী চীংমাই চোম্না থলনা ফজরে।

কৌক্রু চীংগী-চীংদোন্দা সনাগী কোন্নুং ময়াইদা সনাগী শংগাই মনুংদা সনাগী থাখন মথাদা, লাইনিংথৌনা য়েংতাফম লাইলেনবীনা ওইদা ফম, সনাগী তাংবন চিনায়বা অনিমকী ভুংনফম, মনাঈ চনু লিচিংনা সনাগী পেজাও খানহুনা চিক্লা থৌগন তৌরিয়ে সামৈ হুমাই হুমহুনা।

কোন্নুং মাইগৈ মরিদা মনিল মহা নাইদনা নুংঙায় থোয়না পাল্লীবা লায়নিংথৌগী কোইরেন পূংময়োম্দা।

ঈহৌ ঈপূ সিদবদি তরং নোংথৌ অভিংঙা খোইয়ুম সিদবা সোরালেনগী থৌরম মতেং পাংনবা সাইয়োন লাংওনহুনা থুপখরে।

---

### অাহুমদে ইশুবা মতাং

## লাইয়ামনা মথৌ মঙম কম্দোনা পুখিবগে ? সাকোক থীরেন পুয়াদা ইরমবনে।

খোইন্নুম লাইয়াম্না তারা চৈরাপ ফমদুনা মাইকে তয়মকী শুংতাই তারাতরুক্তা লাংতাই ক্লায়েনগীদমক্ত নোংলোন পরমদগী হৌনা লাইনা নোংথো তুরেন সেম্বা লোইবগা, মালেম লৈময়োন্দগী হৌনা লৈবাক সেম্বা লৈপাকী মুংকে মরি মক হংলাক হংতাই লোইননা শেমকংলকপা মতুংইম্না লৈরোন তরেং নোংলোন মাপন তুনা লাই লৈপাক্তা চিথৌ লোয়্না-লাকপা প্যাঙ্গলবনা অক্ক-ক্ত ত ঙেংদুনা পানবা।

মালেম লৈময়োনগী মালেম লৈখা য়োন তরেংতগী হৌনা লৈরোন মাপন ফাওবগী লাইজ ঈগী পেরে ফাবনা ঈরাই পুরেন অহম লাইজ ঈগী পেরে মারা চেৎনা ফাবা লাই য়াম-সিংনা কুমজা খুদিং অকাওবা লৈতনা কুমজা চাকথা পীবা হাঙনা খোইন্নুম লাইয়াম্না তারা চৈরাপ লেপনদুনা লাইরৈ-পাক্তা নুংঙাই-চিরা পাল্লকপা কুমজা মতম কুইরক্লে, লাইগী মরুপ খিবিকম য়েক্ক তিংখং লৈতনা নুংঙাই থোইনা পানখরে-চিংনা মচেৎ লৈতনা।

ভরামগীশুবা মচ্চাং

## ইফু লাৎপগী মরম করিনো ?

সোরালেন্না পাল্লকপা কুমজা মতম কুইরক্লে। ঈহো ঈপু সিদবগী ঈরাংকী থৌরম খিবিক সিজ্জলক্লে। লাইগী মরুপ তিন্দূন' ঈরাৎ থৌরম হৌরক্লে, ঈপু সিদবনা পেন্নবা থৌরমতবু তৌথরে। ঈপু সিদবনা পেন্দুনা লাইপাও ওইনা হাঙ্গৈরকই। তৌগদবা থৌরমবু মথং সিংনা হায়রকই পাওলেন ওইনা তাকলকই।

তাও তাউ; সোরাগেন ঐনা থৌরম তারুগে, থৌরম পোৎরম পুন্নমক মথং মথং হায়রগে। তাইবং পানবা নৎতনা ঐগী কুম্মৈ ওইফদে। তাইবংপানবা নৎতনা ঐগী ইতিক খঙফদে। তাইবং সেম্বা থৌরমবু নহাকতনা তৌগনি। তাইবং তুংকম ওইনবা ঐনা মকম সেমগনি। তুংনকমগী মকমবু ঐনা লোইনা তাককনি।

থাগী ঈপাক ঈচাও অসে মতিক য়াম্না কনবনি। ঈসুঙ তমপাক মথাদা নুংয়াই খিবীক লৈবনি। লৈপাক লৈসা হাপতুনা ঈপাকসিবু মেনলগা তাইবং চানা লৈনবা মকমতবু সেম লগা নিংবা পূক্নিং থুংগনি থৌরম মতোন লোমগনি।

লাইলৈপাক্কা মান্নবা লৈপাক অমা ওইগনি। লৈপাক ঈপান খিখিক্না সিদা মহৈ য়ানগনি। সিদা মহৈ চারগা পাঙ্গল লৌসিং ওইগনি। সিদামহৈ চাবদা পুক্নিং লৌসিং চাউগনি।

— ০ —

সিদা মহৈ চাবনা লাইগী পুকচেন ফংতুনা মতম কুইনা পানগনি। য়েক্না মরুপ থিবীকপু লেপনা খুদুম চলগনি। ঈপাকসিগী ময়াইদা চীংলেন চীংগোই লৈরিবা লাইগী য়েংনকম থিবীক ওইরিব।

চীংলেন চীংগোই মতোনবু থুগাইতুনা থাদরো। ঈপাক ঈচাও ফুন্দুনা লৈপাক অম্বা সেমজরো।

লৈপাক শেমবা লোইরগা নংনা লৈপাক পানগনি। লাইলৈপাক্কী মতমগুম নংনা ফম্বান তোংগনি। লাইলৈপাক্কা অনিমক নংনা সুপ্না পানগনি।

মতম অদুদা নহাক্না তাইবং মীয়ু সেমগনি। নংগী সঙ্গাই মনুঙদা ফুহিং অম্বা লৈরগনি। ফুহিংতুগী মনুঙদা ঐনা সাইয়োন ওইরগনি। হুমনিসুবা অঙাংগী মরোং ওইনা ফংগনি। নংনা তাইবং সেমবদা মতেংতবু পাংলগনি নচাতগী মতমগুম অঙাং-তুবু য়োক্কনি। নংগী খোরম পুম্নমক অঙাং অদুনা পাংগনি। অসি থিবীক হায়রগা ঈশুনিনদি থুপগরে।

---

তরামন্নাগুবা মতাং

# নোংলোন্দ লাইসিংনা করি থবক তৌবগে ?

করি কয়া লৈঙমদ্রিঙৈদা নোংদবা মপূ তেংপানবা পুম্ন-মক অসিগী সিদবা মপূ মহাক্কী মহাক ওইরিবা লেংহি পাল্লিবা অচৌংপা চংতবা লাইহিংচাবা মৈ ঈশিং নুংশিং থা থবাইপিচাক

হনি নাঁরো লৈতম্বা পূন্নমক অসিগী নোংদম পরমবু খোঁউক খোঁপূনবা নোংদম্বা মপা মপু ইবুঙোনা মথন্তা ওইনা লৈতম্বা মতম অসিদা খুগু,না লৈবা লৈফম, লল লৈমা লৈবলেন কুঁয়োম তরেৎ খুদা নিপান কৌই।

নাওয়োমদি অথ,প য়োম হিংতরু কৌএ। মথাগী নাওয়োমদি ম্লাকমনে মথক্তী লিক লিক লিকয়োমসং কৌএ ; ভিক থ,য়োম তরং কৌই। তিলিক তিলিক য়োম কৌই লিময়োমসং কৌই।

লাইসিংনা অতিংকোক মরু সিদবা কৌএ। উংলৌ রাইবীলেন সিদববু কৌএ। কুয়োম খুদাগী মঙান লাইমিং মপানথংবা কুয়োম্না সনা অহিংবা মচুনি সনা হিংপাবু খংবা কৌএ। অনিশুবা কুয়োম্না লোইতাম থাজগী অঙোপা মরক্তা কুচু তরেংনা তির্নাশল্লগা কাওবকপা মঙান অরংবা কুচুঙ্গি সনাহিং নিংখোম্বা কৌএ ;

অহুমশুবা কুয়োম্না থাম্বী মৈক্তে অরাবা মচুগী কুয়োম্না য়োম্বী তরেং তরেং সনা চিক তক্তে খোম্বা কৌই। মরিশুবা কূয়োমগী মচুনা লৈচিন অরংবা অথকপা অবাওবগী মচুনী খাখং য়োমত্রেংবা কৌএ।

মঙাশুবা কুয়োমগী লৈচুনা কোম্রি অহিংবগী মচুনি, মিং তোংলেন মনিক কৌএ। তরুকশুবা কুয়োম্না অমুবা মচুনি, সনা লৈত্রিং খোম্বা কৌএ।

তরেৎশুবা কুয়োম্না অঙ্গনবা মচুনি কিরিংখিলিং কিরিং তোংলুম কৌএ! নিপানশুবা কুয়োমগী লৈচুনা খানক্তে

—(৩)—

খাইবীকী মচুনা য়েমলি কিরিং নোংলুম কৌএ। অসুন্না মংহুন্দুনা অমম্বৱ অঙান লৈসা থৌপুনবা ৱাখলনড্রুনা লৈরকএ।

ৱাখলনবদা থৌঙম পরম উত্তম্বা মপূ মাগী সনা হকচাংগী সিয়োমনুঙ খোইদৌগী মথাদা ফৈতোম মরিবু লৈখাইনা ঈরিক কোঙ্গোন থারগুন্না খোকওমতুনা লৈগদবা মশক পুম্ববু উওম-লক্লে।

ঐনা অঙান লৈশাগে নিংঙম্বা অসিবু থৌপুবিনবসু খোক-ওম লৈওমলগদবসু ঐগী হকচাং লৈফম কয়াৎ মাপন লৈফম তরুক ফিথুপ অহুমগী মনুংদা লৈওম লেদনা অতুনদি পরম অসি ঐনা থৌহৌদুনা থৌঙম থৌপূবা তারে, হাঙ্গৈনা থল্লক্তুনা সনা হকচাংবু তাইবং শকথোং ওইনা নোংলুমগুন্না লৈরম্বদগী শাথেকপূ অহুম থেক্তুনা উং হুং হিং নিং হিঃ ঃ লিং হাঙ্গৈনা লাউদুনা অমম্বা লৈশারম্বদগী চোংথোক্তুনা লাবা থিয়াং খোকনা লৈহৌ থেল তমলে।

---

তরা তরুকশুবা মতাং

## লাইমরু সিদবা ঈহৌ ইপুনা মালেমগী ফুহিংদা কমদৌনা সায়োনখিবনো ?

( ঈপুনা মালেমগী ফুহিংদা সায়োনবা )

থোঙনেং খুদাবু লৈলোন নুঙলোন অহুমমক্তী লৈয়াই নোংলোন লৈথালোন লৈয়াইনুঙ নুঙয়োন লৈয়োন থক্তা তাংপন ওইরগা-লৈহুন লৈওক লৈয়ানতুনা মপু-মানা তাংপন অহুমগী লৈওক লৈয়ানতুনা তাংপন লৈফমথক্তা মপু মানা নোংদমলে।

নোংদম্বা মপুগী ঋাখল্দগী লৈলোন নুঙলোন অহুমমকপু লৈশানা লৈথমলে, শাথোকফম লৈফম মফমবু কংলৈ পুঙমাঈ-য়োন কৌরে। সনা মিংলেনবু ঙংলৈ হিংফা লৈফা ওইয়ে কিরিং নোংলুম ওঃ ঋা কৌনা লৈথোকলক্তুনা নোংলোন্দা লৈথমনবা পরমবু কংলৈ পুঙমাঈয়োন্দা লৈফমতুনা ঋাখল অমুক থৌহৌরে।

কংলৈ পুঙমাইয়োন লৈয়াইলেন্দা লৈফমতুনা ফেতোম মরিদা লৈঙমগদবা মশক চৎলম লুতিন থৌরমপুম্বা লৈসিন লৈসি নারমলগা, য়াইবীলেন সিদবনা য়াবা কোনবু থোঙ-শা-সেমলগা নমুপোংবু থেন্দমলগে, ছায়বা ঋাখলনা, থিলেন ঙংলৈ লৌতুনা লাবা থিয়াং থোকলক্লে।

অংছুংহিং নিংহি হায়বা থোঞ্জেন পুথোক্তুনা মালং কেমজি ওই খমগোল নোংলৈ ওইতুনা নোংদোন লংদাই কংলৈয়োন্দা ফাউরক্তুনা মালেম মপুঙ লাক শল্লবা হৌরক্লে।

—(0)—

সোৱালেনগী অতিংঙা তৱং সঙ্গাইদা ফুহিং হিংফুগী মনুংদা হুম্নিসুবা অঙংগী শক্তম লৌতুনা ঈপু সিদবনা সাই-য়োনলে, সনা মঙন সননা সননা চেংলৌ শকপান থোংবু তাইবং শক্তম ওইনা ভনিক ভনিক অৱংবা মচুনা সনা মঙান সননা শাওনলক্রে

নোংদম্বা মপূগী লৈকম্বা লৈকমবু খোইয়ুমগী চুক মথোং অহুম কৌই। সঙ্গাই পূনসিবা কৌই। খমনুঙ ঈঙান লৈশা-শাদম অসি হেক লোইবদা নমু মীওইনা চোংথোকলক-পদা খৌরম পূম্বা লৈসিননদুনা থোঙম খোপূনা লৈথমলে।

---

তৱাতৱেংশুবা মতাং

## সোৱালেন্না কোরৌ মালেম অনিদা করমতৌনা পানখিবনো ?

লাইয়িংথৌ সোৱালেন সিদবা ঈবুঙোনা তৱং নোঙ্দোন অতিংঙা লাইরৈ পাকক কোয়ৌ মালেম কংলৈ পূঙময়োনগা অনি ভুনা পানলকপা, কুমজা মতম য়ামলক্রে, কুপনা য়েংনা পানবনা লৈপাক মারা তপলক্রে।

—(0)—

খোইয়ুম লাইয়াম্না তরা চৈরাপ ফমদুনা মাইকৈ তরামক শুংতাই-তরাতরুক্কা লাংতাই ৱায়েনগীদমক নোংদালাবা খোঙ-শান্দুনা মথৌ য়াংগেন থৌরম থেপিকমকপূ মথং মথং শন্দোক লক্লে। লাইহাকতক্তগী হৌরকপা হংকগি তাংকক থৌরমদ', তরং লাইপাও মতুংইননা মালেম্ শেম্বা লোইরগা তরা চৈরাপ ফমদুনা খোইয়ুম লাইয়ামগী ৱারেপ মতুংইন্না নুমিৎ চয়োন তরেৎপূ চংনা পথাপ সেমথরবা মতুংদা।

চিংঙু নোংদম্বা লাইগী থৌরম লোইদাম থাজা তরা-নিথোইবু চংনা পথাপ মতুংইননা নুঙনি নোংদমথরবা মতুং ওইরক্লবদা মরোন তারামন্রি পুবগী পরেং থনমলগা চথরকপা মতুংদা কুইথরবা তুংদুদা লাইনিংথৌগী সঙ্গাইদা থোদোক অমা থোকখরে। ঈপু সিদবগী পাওতাকপূ লাইনিংথৌনা কাওখরে। ঈপূ সিদবগী ইরাৎকী ফুহিং অমা লৈরমই। লৈমলেন্না ফুহিংবু চেংনা লুনা তৌরমই। সোরালেন লৈমা অনিমক্না ফুহিংবু চেংনা চান্না লাংলম্মী।

কোরৌ নোংমা নুমিৎতা সোরালেনগী সঙ্গাইনুঙ ঈপূন ফুহিং মনুঙদা সনা মঙান ফুদোকখি। মঙানসিবু করিনো সোরারেন লৈমা অনিনা য়েংলুরে, সনা মঙান সনবদি হুমনিতবু সুরিবা অঙাংতগী মরোংনি।

পুক্লিংহুবা মশক্কি সনা মঙান সনবদি লাইনিংথৌবু য়েং-দুনা লৈমা লৈসি লেনপীনা হায়রকই ফূহিংকোনগী মনুঙদা ফংখরবা অঙাংনি ফুহিংসিবু হায়দুনা ঐনা মিংথোল থোনগনি, ফজরবা মঙান্না সনা মাপূ সনবনা কোনসেং সনা কোজগে।

—(0)—

মতিক ময়াই লৈবা য়েংহুনা কোনসেন ভুরৈ সেংবপূ ঐহাক্কনা কৌজগে। পাংরি ভুরৈ সেংবপূ ঐহাক্কনা হায়জগে নুংসি চান্না তৌহুনা লললৈমা লৈসিলেনপানা লোসিনলে মচাতকী মতমগুম চেংনা চাননা কোনসিনলে, নাওহুমফমদা চাউহনলে।

---

তরানিপানশুবা মতাং

# সোরালেন্না কমদোনা তনৌবা মকা ফোংহলকপা

কুরু লৈমা অনিমক্কা নুংসি মিংয়েং লমদগী নুংসি ময়োন হুন্দুনা পীপা অনিয়ক্কা চালিক্ক মাপন থাগে নিংসিংলক্রে হায়-বগী নিংসা কৌএ। পূক্লিং অনিমক অতুবু চোংখৎনরক্রে হায়বগী সাচুং কৌএ।

অপান্বা পূক্লিং অনিমক অতু হৌনরক্রে, হায়বগী মহৌ কৌএ। মিং অনিমক অতুবু নুংসিনা ওক্লারে হায়বগী ওকসং কৌএ। পূক্লিং অনিমক অতুবু মনুঙদা লাংনরিবা অতুদি লাংসং কৌএ। পুক্লিং অমিমক অমত্তা ওইনা তিনসিন্নরকপা মশা অনিমক অমত্তা ওইনা তাইসিন্নরে হায়বগী তাইবীলোক কৌএ।

লৈলোন নোংলোন অহুমমক্কী নোংলোন মাপনবু লাংওন তরানিথোই পুথোকলকপদা তরং থক্কা লৈলোন নুঙলোন অনিগী ঈরং নোংলোন অতিংঙাদা মচু অহুন্না লৈতেংলগা ফীথুপ

—।0—

মাপন্না থৌগল্লহুনা কোরৌ মালেম অনিদা, ঈরিক লাইথাক চাহৈ লিকশিং থা ৩৫ শুরকপা খোঞ্জেন উং লাউনা নুংমু নুংগাংথক্নগী চোংথোকলকই।

নোংঙান ভুউবদা নমু তাইপং মপোক অথোই চংখ্রানবা তাংঙম্বা শকথোং ওইনা চেংগোক্নুনা তাইপং ফাওথরে।

মতিক্না নুমিৎ লাখা থোকপগুম মঙাননা থাজা লাখানা ঙানবাগুম্না শাফোংলে। নোংথোং নিক্লে নোং লাউরে নোংথাং কুপলে চুমথাং শল্লে।

সোরালেনগী সঙ্গাইদা তুকথবস্থ মকোই। মতিক মরোং নৈবা য়েংহুনা নৈমা নৈসিলেনপীনা কোনচিন তিংথোকসনা হায়দুনা খোনথরে।

কোনচিন তিংথোকপা মচাবু ফংজরে লাংগুন মপু অমদগী অনিশুনা ফংজরে, তোংজরে তোংজবদগী নুঙাইজরে, নুংঙাই জবদগী পূক্নিং মেন তাদ্রকপা তদুবু মেন পুঙ তোংবা কৌএ॥

লাহান নোং লাইজা ইবৈচন্দা মালং মথি নাইদা খমগোন মরাঙ হৌদ্রিবৈগী কোরৌ নোংমতোন অতিংঙাদা চীংঙু পায়মা মনিংসনা সনাতাঙবন ওইনা ফমফমলিবৈদা, কোরৌ করম্না নোংহৌসিবনো? মালেম করম্না নৈসেম সিবনো হায়না নীংথল্লবদা খোইমোম পায়মা উনগোই খোইমোম লাইরেমা মালেম নৈকোয়নুঙদা নোংসাবীবু তকুপ তকুপ চেংলৌ মিং-সোক্নরে।

অসুম্না চেংলৌ মিংসোক্নরবদা চীংঙু পায়ন্যা উন্নগোই-নুঙগী নুংসিং মালংথোং শমু য়েৎলমগী খাম্বী মৈয়াই রিকুম্বা

—(0)—

নঙুদি ইপানা সিক্সিন্নগে হায়বগী কোল্লোঙ্গী নমিংথোংবু অসিবও কৌনা মিংথোনগে।

পারি মালং ওয়রম থোঙগী উনৌ কোন্দে কোন্না হুনবা নঙুদি পাযমা উনগোই নুঙদা তেথোক তেসিন্না পানখিওঃ হাগ-খিয়ে, অতুগীবু কোঙ্গিন তিংথোকপাওঃ কৌনা মিংথোহখিএ।

চীঙ্সনা য়োইকোনন্নুং সনা চীংলেন মাপনমক্কী লৈয়াইলেন লৈলোন নুংলোন ভহুমমক্কী ময়াই কোইলেন শালোন নমথক পুংময়োন সনা চীংলোন অহুমমক্কী লাই-লৈপাক সিমরি উমং লেন্দা মপু মাগী তুংনফম ইবুঙো মাগী উমংদা সনা তাংপনথক্তা ফমজনা লাইনিং পরৈ চেংলবা লাইরিংথৌ চীংঙু খোইমোম শিদবা সোরালেন্না য়েংতা ফম লল লৈমনা ওইদা ফম লৈহুন লৈওক তাংপন্দা চীংগোই পাওয়ানবদি খোইয়ুম সনা শকতমনি খোইয়ুম লাইয়ান্না কোইনা থৌগল তৌদুনা পাল্লকপা কুমজা মতম কুইরক্লে।

---

তরামাপললশুবা মতাং

## লাইগী সাইয়োন নিংথৌ কনানা হানখিবগে ?
## (লাইগী সাইয়োন নিংথৌ অহানবা)

মালেমগী মেনফম অহানবা কোনসেং তুরৈ সেংবগা কোন চিন তিংথোকপগা অনিনা পাখং মপুং ফারক্লে। কুমজা মতম ইন্দুনা কোনসেং তুরৈ শেংবনা মসানৌ লেং মান্নবা খোইয়ুম

—(0)—

লাইগী নিংথৌ ওইরক্লে, অবাং থেঙ্গুগ অশুপ্পা লৈফুলোন খুন্দা অহানবা লৈমা লাইখুম্ঙোক হল্লকপা ইলিক মপাল থারিবা নোংথৌমউ লিংঙিবা হুন্নীশুবা ঈহৌ ঈপুন রায়েনলিবা মফমদা!

মিকাও— লৈকাও — সনকাও,
ঙাংবা— সন— চিরেন হনবা,
ঙৌবা — সন— চিরাই লুকপা
মুবা— সন— চিরাই লোংবা,
কাওরেন অহুমমকপু,
মশানৌ মচিল মনাও,
অনিনা শেনলি লৈডা,

লাই হিং হিচবা তারিয় তোবিয়া অনিনা কাওরেনসন চারগে তৌরবদা মশানৌ মচিল মনাও অনিনা তারিয়া তৌবা অনিবু লোসনলে কাওরেন মঙা শুরক্লে হনদক্কী কাওরেন মঙাসি মৈ ঈশিং নুঙশিং লৈপাক অতিংঙা মঙ মকপূনী, হায়রি হান্না উবা উজাসিংনা ইবিরম্মী।

মশানৌ ইবুঙো: কোনচিন তিংথোকসনাগী মপা ইবুঙো মপন পম্থৌ শকলবা চীংঙু লাইমরু সিদবা ময়াম্বুংনা লাইলেন ফমলং মৈদা ফমহুনা চীংঙু লাইয়াম পূন্নমককী রায়েল পথাপ থারকলবদা মপন পম্থৌ শকলবা কোনসেং তুরৈ সেংবা ময়াম্বুং ইবুঙোবু চিংনা চিংনা য়েংলগা কোনচিন তিথোকসনানা তোক-লেন লিসিং পানবা শারোন্দুনা থেংগ্রুং মতোন্দা শুরুং অমা

—।০।—

ছুং থরে, নোংদম মহু ওইবা নৱা শকত্তম ওইবগী মিৎয়েংফমদি ওইনবা ছুংলিবা শুরং অদুদা লাইজ ঈকুৎ ফাউদুনা লাইজ ঈমাই চোলথরে

কোরৌ মালেম চিংগু খোইমুম লাই অহুমমক্কী শকয়েং নুঙসেন ওইংরে। ঙাক্লিংবোব মরু সিদবা কোরৌ নোংথৌ মপুরেন তেংপানবা মপু মহাক্কা মতৌ অত্তু উবদা থেগ্রং চীংশাং কৌক্রু চাংদোন্দা লৈরিবা স্তরুং অদুগী ময়াইদা লাইজ মাই ফাওনা ঈপাক ঈলেন ঈয়াইদা তেংপানবা মপু সিদবনা সনাগী থম্বাল ওইনা চৌদুনা লৈখরে। তেংপানবা মপু সিদবগী উনবী চফম নুংদগী সনাগী থম্বাল শাংলেকপা সনাগী থম্বাল লৈওংনা চেংলৌ মিৎপু লংবদি পৌজান মাইয়োক্তুনা থয়োং নুঙগী লাইজ তিল্লু লোমলাং ওইনখি। লাই মপোই খৈবীককী লাংওন মপু অদুগী য়াইফনবা লাইয়াম্না থৌগল্লে।

তেংপনবা মপুগী নুঙপুম ৱাখলদগী পুথোকখিবা ইয়েক ঈপিপু অতীয়া সিদবগী মখং মতুংইনবা লৈত্রেন সিদবীনা মপারি চরৈ অহনবা কোনসেন ভুরৈ সেংবদা পাওলেন পাউ-তাক পিখিত্র

কোনসেন ভুরৈ সেংবনা মনাও ইবুঙো কোঞ্জিন তুখোক পাথংবদা তম্বিখিবা ইচেল ঈয়েক তায়বঙ মীপুম পুন্নমককী ৱারি লমদাংসাংনৌ।

তেংপানবগী মপু-ইপুঙ লোইনবা অপকপানা তরং ওইনা লৈরিঙৈ তেংপানবা অমগী মৱোংবু লেপত্রিঙৈদা, মৈ, ঈশিং

— (0) —

ফুংসিৎ, নুমিং, থা, থৌরাইপিচাক নোংথৌ সিদবা অমম অঙান, থায়দ্রিঙৈ, পূম্নমক্কা লৈত্রিঙৈদা মথন্তনা তরং মালং ওইনা সাইওনদুনা লৈরিঙৈদা তরং অতিংববু ইপূঙ লোইনবা অপক-পানা, তরং মালংনা য়ুম-ওইনা হায়না হুমনা লৈরিঙৈগী মতমদা, মালেম নোংথৌ মন্নুঙ ওইননবা ছেমগে নিংলক্লে অমা হায়রিবা মপুনা তরংমালং ওইনা হায়না হুমনা লৈরিঙৈদা।

মপূ সি-বগী নুংপুঙ বাখলনা নুঙসিৎ, ঈশিং, মৈ, লৈবাক, অতিংঙা নোংথৌ কৌখরে। তরুকতী কোরৌ নুমিৎ কৌখরে, তরেৎতী ঈহিরেন খাজা কৌখরে, নিপালদী থৌরাই পিচাক অপকপা পি মারক নিংথৌ সিদবা কৌখরে, মাপন্দি সচিক কৌখরে, তরাদি থাবাতোন থাবা হায়না কৌখরে, ১১দি খোমচোম নুপী কৌখরে, ১২দি সচুং তিলহৈবা কৌখরে ১৩দি মোংকা সলংকা কৌখরে। ১৪দি বোকপুরোঈ তাউ হুইলেং কৌখরে, ১৫দি লৈচৌন নোংফাই কৌখরে, ১৬তি চুমিথাং কৌখরে, ১৭তি নোংথাং কুপ্পা কৌখরে, ১৮দি নোংথৌ খোংবা কৌখরে, ১৯দি ইপূঙ লোইনবা অপকপা থৌরাই পিচাক চৈয়োম তরেৎমকপূ চৈয়োন তরেৎ হায়না কৌখরে। অশুম ওইরবা সায়রোন লাংরোনগী ইয়েক অসি খৈবীক্তী ঈপু সিদবা তেংপানবা মপূ হায়রিবা অদুনে। সিদবা মপুগী হুকসাং লাংপূমগী ঈপুঙ কয়াৎকী লাইফম লাইমিং মফমনে॥

থৌরাইপিচাক কুনতরেৎকী মমিংদি ১-সজিক ২-থাবা ৩-থাদোন ৪-থায়াই ৫-সজুংতেনহৈবা ৬-লিক্লা সাফাবা ৭-চিং-

—(0)—

জারোইবী ৮-চুকসেননুবী ৯-দা নোংথৌনুবী ১০-নিংথৌ নাগা ১১-নিংথৌ তুরেন ১২-নোংথৌ শামু ১৩-সামি অপিসা ১৪-উপোঙা ৱাই ১৫-সনপূ য়াংকোক ১৬-লুৱাং সংগোল ১৭-মোইরাং সংগোল ১৮-নানবম সংগোল ১৯-উইতোঙগোল ২০-য়াৱা খুরোল ২১-হাওরৈমা ইয়োংথা ২২-মনি-মমৌ সিনতকনবী ২৩-ওকপুরোঈ ২৪-তাও হুইরেং ২৫-কোরৌনুবী ২৬-খোংজোংনুবী ২৭-তোংজেংনুবী অসিনে ॥

থৌৱাঈ পিচাক ২৭ অসি অচং অথোক নাইনা চংলি থৌৱাঈ পিচাক খুদিংমক মখোং মরি পাললি খোংচংকী মতুং ইন্না মখোং ৩-২-১ তা পানবা য়াওরকনি মতু করিগীনো ? হায়রবদি করি-কারা কৌবা-লাই অনি লৈ লাই অনি অদুনা কেইং চংবদগীনী ॥

লাইগী নুমিৎ থা সজিক থাবা, থৌৱাইপিচাক নোংথৌ সিদবা মঙামক অসিদি মচেৎ তাবনে ॥ অপকপনে তাচুং তেলাহবা, লিকথা সাফবা, চুংসেননুবী, নুরানে । খোংজোং-নুবী, ওকপূরোই, তাওহুইরেং, মনিমমৌ সিনতাকনবী মঙা মক্তি চয়োমনে, নিঙোননে মফম পুন্নমক্তা লৈবা, —লৈবা য়াইএ ।

লাই ফমথৌ মাপনমক্তা থৌৱাইপিচাক নিংথৌ সিদবদা চংথিএ । লাইফমথৌ মাপনমক্কী মম্বিংদি অমনা নং কৌএ অমনা সং কৌএ । অমনা কেঃ কৌএ, । অমনা হং কৌএ, অমনা কিনুং কৌএ, অমনা হংসো কৌএ, অমনা লেনেং কৌএ, অমনা হী কৌএ, অমনা য়াই কৌএ ॥

—(0)—

থবী য়ুমগুম কোইদনা উত্রাদা লংনা ঙাল্লা লৈরে লাই মহাক্তি কৌব্রুনে, ৱাংফু-ৱাংব্রেননে, থাংজিংনে, মারজিংনে, নোংপোকনে, খানা চাউবনে, চিংথৈনে, সোরারেননে, ঈথৈ-রেন নমুংবনে, কৌনা তিননরে।

অতুগী করিনে, করানে, নোংদম-খুবনে, নোংদমহনংনে, থারানে, চেংঙানে, য়ুচেংনে, য়ুহানে, অসি পোবএ। অঙুম পোল্লাবগা নোংথাং কুপপে চুমিথাং থনলে, নোংখোং নিরে, নোং লাউরে মৈবী সঙ্গাই ছেন পাঙ্গৈরে। নুমিৎ থ, মৈ, ঈশং নুংসিৎ পোক্লে।

ওকপূরোইনা ওক ঙময়ে তাও হুইরেংনা নোংচময়ে। সাজিক্লা নোংদমলে। থাবানা নোংখাইরে। অতু মতুংদা চল ফুরোন লৈচিক ঙানবী নোংদমলেন অখুবা, খোংলৈমা, লিক-সিম্নুনে, লাই মহাক্তি খানা চাউবনে, লৈথমলেন চনুনা নোং-দমলেন অহনবনে। লাই মহাক্তি লমনিংথৌ লমলাবনে।

মীগী লাইগী সাকোক শারুহনবওঃ। পারি মেনদে মেন লাংখোই। তিনথোং লাইথোং থঙদ্রবা ফুল্লবৱু পোইরে লৈ হনবা, নিংথৌ কৌনা, ফাওরদনা থুহন-লমমে।

খোংলৈমা লিকসিন্নু কৌবদি, মফম য়োইরেনফমনে,। লাই-মহাক্তি খোইয়োঙ্গরোন নোংয়াই চনুনে। পোঙ্গৈরে লৈশাংহনবা কৌবা লাই অসি থৈবিকমক্কী। মাবু হেন্না চৈনম ফদবনে। উমংলাঙ্গ মাপনমক্কী মকোক ওইরিবনে। হেবু খুনম্নাবা কৌএ।

—(৫)—

অসিগী মতুংইদা লাইপুংথৌ তরেংকী ঈয়েক পথাপ কায়দনা লৈরিবা নোংপোক, চৌংখৈ অপালবনে, অরাংবা কৌব্রু মরুনে, থাংচিং কোইরেন লাই সিদবনে, থানা চাউবা বাংফুলেননে, য়িরাই পূরেন পুংলিংলাই সিদবনে, লাইয়িংথৌ পাঙ্গনবনে, সোরালে-নে।

লাই পাখঙ তরেং অসিগা লোইননা কোনছেন তুরৈসেংবা সনামহিনে, মীখলৌবা পাখঙনে, কোনচিন তুকথবা ইপুধৌ পাখংবনে,। লাই অহুমমক অসীসু য়াউনা ইপুং লোইনবা অপকপা তেংপানবা মপু অপোকপনা সাইরোন পুথোকতুনা সাননারকপা লাংওন লাংতায়দা। মীখলৌবপু য়েংদুনা লাই য়িংথৌ লাইরেম্মা অনিমক্তা শমু মাইরোক্লনা সনা ফম্বান লাংদা ফমদুনা হৌরকপগী সাঙ্গৈরোনগী মতুংইনমা লাইমিং ১৩ অসিনা মরম ওইদুনা লাইমিং ৪ মরিগা লৈহাপ্তুনা লাইমিং ১৭-না তেংপানবগী কয়াৎ লাইফম অমা লেপখরে।

তেংপানবা অমগী কয়াৎকী লাইমিংপূ তায়বঙ-পালবা অমগী কয়াংতা ঈনুংলোন খুনুঙ-লোনগী ঈনুঙ ঈয়েক খুনুঙ ঈয়েক হায়না ইয়েক ইপী লাইয়েক অসিগী বারি-লিখলবু থকলে, থৈরে লোমলে,। হায়দুনা কোনসেন তুরৈসেংবা সনামহিনা মনাও ইবুঙো কোনচিল তুথোক পাথংবদা লাইগী ঈয়েক লাইলিক মরম পুম্নমক তাকপি তম্বীংএ। থক্তা হৌখিবা লাইগী পনখৈদি মী থলৌবগী মহাক থক মখৈদি মতাং অসিদা খৈরবনে। অমুম হায়দুনা তেংবানবগী পাওখুনবু ময়াম্বনা মনাওদা চিখবা লৈতনা পাউমেনখিএ।

—(੦)—

লাইলেন ফমলাংমৈদা ফমদুনা ৱায়েনলীবা কোনসেং তুরৈ সেংবদু ইহৌ ঈপুনি খঙলদুনা তরাং নোংদোন থকতগী পাওমেন পাউতাক খঙহনখি। কোরৌ মালেম তাইবং অহুমমকতা লৈগদবা পুম্নমক্কী মউ ওইগদবা তাইবংমীরু সেম্নবা থৌরম অসি মতম মতাং ওইরক্রে। ঈপূ সিদবগী য়াথংস্থ কুমজা মতম ওইরক্লে।

তাইবং মও' সকতমবু সেমদ্রিঙৈগী মমাংদা হয়েং তাইবং পানবনা ওইরক মতমদা তাইবং পানবা খিবিক্লা লৈবা নুংশাইনবা মালেম লৈসেম্বা লৈপাক সেম্বা লোইরগা তাইবংনা চাননবা মহে মরোংনাচিংবা পান্ননবা হৈপাল উপাল পুম্নমক সাগৎলো,। তাইবং সেম্বা থৌরম অসি সোইবা য়াদে মালেমদা পারী অহানবা নহাক্কগী কুমৈনি হায়দুনা কোনসেন তুরৈ সেংবদা হায়রকই।

মশানৌ মচিল মনাও অনিনা মপন পম্বৌ নোংদম য়াথং ফংবদা কোনসেং তুরৈ সেংবা সনাহনগা কোনসেন তুথোক সনাগা মসানৌ মচিল মনাও অনিমক্কি কুয়োম তরেংকী মনুঙদগী লাইয়িংথৌ পাম্থোইবী পাথং কৌনা চোংথোকলক্ক্‌না লৈহন লৈওক তাংপদ্দা সম্ন লেংকাংননা ফমদুনা লৈওক লৈয়ানরিবা মসানৌ মচিল মনাও অনিনা নোংদম য়াথং মতুংইননা।

ৱাখন মুন্না তৌদুনা মপাবুংগীয়াথংবু সোইবা য়াদে হায়দুনা মরাদগী হৌবনে মরুমদগী ওনবনে, মমানা পোকপনে, শাকৈ অহুম অসিপু মিং-দা মমিং মাননহলগা

—(৬)—

য়ুমনাক অমাদা থমখরে। কোনসেং তুরৈ সেংবগী নুঙসি মিৎয়েং লমদগী নুঙসি ময়োন হুন্দুনা মিং ময়োনগা তিমন্নিবা লাইয়ামসিংগী পূক্নিংস্তু নুঙাই মপান শাখরে।

১। চীংঙু লাইমরু সিদবগী সাইয়োন লাং ওন্দগী।

২। লাইগী পাপ্পা ফুহিং সিদবনা ওইখরে,

৩। উগী পীপা উহন্না ওইখরে।

৪। উচেকী পীপা মোংবা ৰাকোন্না ওইখরে।

৫। তুথাবদী কোনচিন তিংথোকপা মীগী পিবা ওয়খরে।

লাইগী লিকলম পথাপ পূন্নমক অসি থৈপিকপ্পু মেন তারক্লে, হায়দুনা মেল তোংবা হায়নস্তু কৌই। পূক্নিং মেন তারকপা হারাও নুঙাইজবা অদুবুস্তু মেন তোংবা কৌই।

মরাদগী হৌবনে, মরুমদগী ওনবনে, মমানা পোক-পনে, অহুমমক্কী লৈহুন লৈওক তাংপন্দা লাইয়িংথৌ পান-থোইবী পাখংবনা সমু লেংফাংননা ফমদুনা লৈহুন লৈওক তাংপন্দা লৈয়ারীবা হান্না পোকপা কোন্না সিবা হৌবা লোইবা ইবুঙো মদোম কোরৌ লাইয়িংথৌ। মালেম সনা লৈময়োন লাইলেন ফম্মলাংমৈদা মপন পস্থোগী মেন মথকতা য়াকাবদি, স-সাবনা ঈঙাং ঙাং ঙাসাবনা ইসং-শং নুমিৎ থা ওকপূরোই তাওহৈরোই শজিক-থাবা নুমিৎ চয়োন তরেৎমক ঙানথোইবা সনা তাংবন লুপ্পা তাংবন মথকতা ফমদুনা মেন ফম্মান লাংবদি নসাবী ইবুঙো সনা চীংলোন মাপুনগী ময়াই তুবী য়াইকোননুঙদা কোইরেন-শুক তোংপুঙদা মদোম পান্ন-

—(0)—

করিবা লাইয়িংথৌও ঃ।। মালেম পূন্নমক অসিগী মনুংদা লৈরিবা অচৎ চৎতা লেংলি পানলিবা পূন্নমক অসিগী খোইদৌ থম্বাল লৈকা লৈরিক লৈছী পূন্নমক্কী য়েনগী চূপলি পাইস্লিবা ইবুঙো নহাক্কী নতিক খাঙমলোই নহাক্কী নঙান হায়ঙমলোই হৌবা লোইবা পূন্নমক নহাক্কগী কুম্মৈনি মপূও ঃ।

কুনশুবা মতাং

## মালেম লৈপাক অসি কমদৌনা শেমলকপানো ? লৈশেমলকপা খঙনবা।

## ( লৈসেম লোন )

চীংঙু খোইমোম কুরু সিদবনা লৈসেম্বা লাংওন শাম্নবগে নিংলদুনা লৈপাক অসিদা লাইগী খুভম শেমলগে তাইবং মীরেপচার শেমলগে, তাইবং মীরেপ চার থমলগা খোইয়ুম লাইগী মথং শমথদুনা খুন্দা লৈতাহন্দুনা মথংলেংনা থমলগে নিংলদুনা খোইয়ুম কুরু সিদবনা নোংথৌ তুম্বেন মরুদগী, খুন কুমলকলে, কংলৈ সনা লৈময়োন্দা মপারী অনিবু কৌরক্লে মপারী ফুহিং সিদবদী সনা অহিংবা মচু মঙাম্না তমজনবা শক্তম ফজথরবা চেংলৌ শকপান অদুনা সং-শং মাইয়োক্লনা মপন পম্বৌবু ফুবাক লৈতাইনা পুনেমজরকই। মপন পম্বৌনা কোনখৎ পিরগা ফুহিংসিগী মমিংবু সনা লৈপূনবা সিদসায়োন ভম্বা কৌখরে।

—(0)—

মশান্নৌ খোমদোন কোনচিন তিংথোকপসু খোইয়ুম কুরু সিদবগী মাংদা সনাগী চাংশাং নাপোম তাবগুম কোংয়াং চৈনা মালেমথক্তা তাবগুম মালেম লৈমাইথক্তা কুবাক লৈভাইনা পুনেমজুনা লৈথি। মপন পন্থোনা কোন-থংপিরগা কোনজিন তিংথোকপগী মমিংবু ৱায়েন থৌগৎনা পুনপি হায়বা কৌথি॥

খোইয়ুম কুরু সিদবনা মপারী অনিবু য়েংজুনা হায়খি, পারি চরৈ অহনবা সিদা সায়োন ওন্বা নংনা কংলৈ পুওময়োন অসিদা তাইবং খুন্দাবা য়ানবা ককই ঈরাং তারিবা অসি, চীগু লাইগী খুভম থম্বা য়ানবা শেমজল্লু॥

অজুগা পারি ইবুংঙো নংনা লৈবাক অসিগী য়াইফনবা শেমগৎলকপদা অবা হুইদোই লাংনা নুঙশা মপিনা পোমচাও মৈগুম শারক্লবা মতম অজুদা ননাওগী মতৌ য়েংজুনা অবা পোম্বানবা নশান্নৌ খোমদোন অতোনবা অসি কোওয়াং চৈগু ওইনখোঃ॥

মপারি ইবুংঙোনা চীগু খোইয়ুম সিদবগী বা তাবদা সিদা য়াথংবু চেৎনা নুঙদা কোনলগা সিদা সায়োন ওন্বা সিদবা কোনসেন ভুরৈ সেংবা কোনসেন সনা শিবা লেননা মনাও ইবুঙো কোনজিন তিংথোকপবু পুজুনা নোংপোক মাইগে পাংনা লাক্কুনা মচিন মনাও নোংমা চংনা খুভম সেমলে, মমিংনা নোংপোক লৈহৌচীং নোংলেন চীং হায়বা কৌএ॥

— ( ) —

নিরুবনা ডাংদুরুংবা কৌএ। অনৌবা মমিংনা লং-মাইচাং কোই চৌজরা নোংমাইজিং কৌএ। লৈবাক অসিগী ম্নাইক নুঙাইনবা সেম্বগী মরমদা চাং অসিনা য়াম্নবা হাননা শেমলে থরাইশিংগী নুঙঙাইনবা লৈশেম লোনগী য়াইবী হাপ্তুনা শেমননবগীদমক লাই হিংচাবা তন্দুনা ইপাক নেবদা মৈনাক চাংলেন নোংপোক লৈহৌচাং নোংলেন চাং অসি ফাওরে।

অশুম মখং মথং শেমলকপদা কোনচিন তিংথোকপা মনাও ইবুঙোনা মনিং থুংদবে ময়াম্বনা শেম্বা খুভমশিং অসি হেক হেক থুগাই চাইগাইদুনা মাংহল্লি।

অসুম্না শেমলকপা অসিনা নোংপোক মাইগে লোই-দুনা মচিল মনাও অরাংপানা কাররে। অরাং মাইগেদা মচিল মনাও অনিনা খুভম কয়ামুক শেমগৎপা হৌরে। মাদুদা মনাও কোনচিন তিংথোকপনা য়াথোক য়াকা শান্ন-বদা মনিং থুংদবা মথৌ থুগাইদুন মাংহল্লি। মাদু উবদা ময়াম্বুং ইবুঙো সিদবা কোনসেন তুরৈ সেংবনা থল্লি ॥

ইনাও অসিনা মনিং থুংদ্রেগা অসুম্না থুগাইরবদি ঐনা থেম নৌদুনা শেম্বগী থবক অসি কাম্নদ্রে য়াওহল্লরোই পোৎথাদুনা লৈহল্লগে থন্দুনা হায়রকই ইশানৌ ইবুঙো সনা খোমদোন কোন্দে অনৌবা কোয়ৌহনবগা মাম্নবনা ইশানৌ অঙা লৈথা তাহল্লমিগনি ঙহাক পুঙগোই পোত্থাখো ইয়াম্বা অদুক য়াথোক য়াকাক্ল শেমগে।

—(0)—

অসি হায়দুনা মশানৌবু য়েংদুনা নুঙসিখোন্না হায়রক্কই মদুদা মনাও ইবুঙো কোনচিন তিংথোকপা সনা খোমদোন চরৈ অত্তোনবনা নহা বাখল তৌখি।

ময়াম্বুংগী বা অদু তাবদা কোনচিন তিংথোকপনা পোন্থারগে হায়দুনা কুরুম চাংশাংদা থেংগুম চাংনা নম্থাং ওইদুনা মথোং ওইথংবনা নোংপোক লৈহৌ চাংদা থম য়েংথংবা মথোংনা কংলৈসনা পুঙময়োম্দা নেৎ মমাই নোংপোক হারম পাংবদা য়েংদুনা লৈবাক্কী ভমথৈ থিরকই।

মতৌ অসি ময়াম্বুং ইবুঙোনা উবদা নুঙাইরদুনা থেঙ্গুম চাংথক্তা লেপদুনা মপন পল্হৌ চাঙু খোইয়ুম আতংঙা দিবা সোরালেনবু খোঞ্জেন বাংনা কৌরক্লে।

হা পল্হৌ সিদবা কোরৌলেন থৌয়াংবা মিৎয়েংননা য়েংবীগনো নমু পোংথৌয়াংবা মিৎয়েংননা য়েংবিগনো তয়ুমু খুংফাং চাংজো তরানা চেপনা লোন্না পুরুমজবনি।

কোরৌ নহাল নোংমা লহান নোং মালেম তমপাক লৈতবনা, লাহজা ঈবু লৈতা মালং মথি-নাইদা থমগোন মরাং হৌদ্রিঙৈদা।

আতংঙাদা খোইয়ুম পাইমা নিংশাবু সং-শং তাংবন ওইনা ফমভমঙৈদা। মালেম করমনা লৈসেমসিবনোঃ কোরৌ করমনা নোংসেমসিবনোঃ হায়না নিংথন খিয়ে।

চাংঙু পাইমা উনগোই নুঙগী ইমা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা পাইমা উনুঙদগী মালং নুঙশিৎ য়েংলম থোকপদা ত্তাইরং নোংশা পানবু নদোম পুম্মা লেমজো, ত্তাইজৈনী পল্হৌ

—(0)—

মথৌজাম্ লাংজেং মথোক লকপনা মালেম লৈশেংগী,
কোরৌ নোংশেম্বু লোইরে।

নম্ পোংবু থেম্দমলকলে, মালংনুংলিং ওইরোম থোকপা
ইসানৌদি উনবী মথোই শাওনা মালেম অমুবক লৈপোক
থোকহনগে হায়বগী সংলৌ মথৌরাংবু পাইমা উনগোইনুংদা
থৌরাংয়ে, পম্ছৌওঃ।

লাংজেং মথোক কবা ঐদি চেংলৌ মিৎকুপ্তুনা য়াবা
ভুবুক মুংনা মালেম লৈতোন লোমনা কোরৌ নোংখোং শেম
হৌরে, পম্ছৌওঃ।

মপারিগী বা অসি চৌঙু কুরুসিদবনা কোরৌ নোংমদোন
মরোন তরেংকী মথক্কা ভাবদা হী! কৌরিবা অসিদি পারি
ইচানিনা করি তৌরবনোঃ হায়দুনা মলং ফেমজি ওই খমগোল
নোংলৈ ওইদুনা পাইরকপা অসিনা মপারিগী মাংদা চপ-হেক
লেপপগা পারি চরৈ অহলবা নহাকপু খোইয়ুম লাই লৌনম্বা
কনানা লাকচা খুদুম চলগে থৌরাংলবরা পারি ইবুঙো ঈপাপ্পা
চিরেন ফম্বাল বাবু পাওরোকনসি, লৈমরেন ফম্বাল বাব পাও
শানসী পারি ইবুঙো।

কোনসেন ভুরৈ সেংবা সিদ সাইরোন লাকপনা চৌঙু
খোইয়ুম কুরু সিদবা য়েংদুনা হায়জরকই পম্ছৌবু নচানা কৌজবদি
অতৈ মরমগী নত্তে, ইশানৌগী মতৌ লাংওন শামজবা অসিবু
মনা মিৎয়েং তাহনলিংদুনা কৌজবনি।

—(0)—

লম্বোওঃ চীংঙু কোল্লোই নয়াথংগীবু মালেম লৈহৌ-ববু ইসানৌ লৈরাং অতোনবনা মালেম লৈথিনগাইরে। চীংঙু কোল্লোই নয়াথংবু পূঙমদ্রবগী তাংজা ইকাঙ্গ নংজরে হায়না পূরুমজবমু থোইমোম সিদবনা মপ্পারিবু চেংলৌ মশক য়েংনা লুংসিথিয়ে পূন্নূঙ মরেপ য়েংনা লুংওল্লে।

মালেম লৈতোন লোম্নবা লাইবা মসীংমু লিক মশিং লাকনা পৌজানবীরবদা মপন সনা মথোঙ খাদা পুরুমলবগা থিংলো নিংনা তেনা মালেম লৈহৌজথিয়ে কোরৌ অমরক নোংহৌজববু অসাইঙৈগী মালেম লৈথিনগাইরবা থোইমোম কোঞ্জিন তিংথোকপনা ঊনবি কাচক হৌনা মালেম অমরক লৈপোক থোকনহনগে হায়না সংলৌ থৌরাঙবা এলাংঙম-দম্বু মপন সিদবনা চেংলৌ মিংথিৎলবগী চীংঙু মহাকসাং পায়মা ঊনগোই লুংদগী য়োইবু থোইমোম লাইরেম্মা অমবু কোরৌ নোংলাংপান্দা থাংদোক্লে। য়োয়বু নোংথাং লৈমাওঃ তৌনা কৌএ।

য়োয়বু নোংথাং লৈমদি কোরৌ নোংলোন থক্তা চেংলৌ মিংপু লংএ। অসাইঙৈগী মালেম লৈথিন কাইরবা অতুনা চেংলৌ মিংথিৎলবগী ইঃ করিনোঃ চেংলৌ শক ওম্নোকএ হায়না যাবা তুকুপ চুং মিংয়েংসানথৈরিঙৈদা মালেম লৈতোন লোম কোরৌ নোংথোই লেল্লে।

য়োয়বু থোইমোম লাইরেম্মগী থোইমোম মঙাইরোই চীংঙু মহিসাং পূমনমক থোইমোম ঊনগোইলুঙদগী লাই লখা

—(৬)—

চাম্মা চাম্মা লাই পুথোকহৈবী পুসিন হৈবী, সারোই লথা চাম্মা চাম্মা পুথোক হৈবী পুসিন হৈবী অসি পুম্নমক খোইয়ুম সিদবনা পুথোক্লগা মপারি চরৈ অহনবা সনালৈপুনবা সিদসাই-য়োন ঙম্বগী খাসি চিংঙু খোয়ুম কুরু সিদবনা তাবদা মপারিবু য়েংলগা নুঙাইদা পারি ইবুঙো ইচানা ইপাবু ননাওগী নতৌ অসি য়েংনবগীদমক খোয়য়ুমগী নুঙসী খোঞ্জেননা খোঞ্জেন খাংনা নুংসি খোনথাং লোইননা কৌবদা লৈরোন নুঙলোন পূলনা তিল্লুক ওইখি, খঙনবা মফম অসি নোংলেন চীংনিংথৌ হুংচীংবী হায়না কৌরসনোঃ।

ইপাগী কোনচিন তিংথোকপা খায়েন থৌঙম থুপপি নংদি নয়াম্বুংনা খুন্দাবা য়ানবা অশুক খানা হোংনরবা অসিদা ননিং থুংদ্রগা মাংহনবা নপুক্লিং চাবা ওইরগা খেক্লা নোক্লা ওনখোইদুনা শাম্নবা অসিবু চুমব্রা। নংনা ঙসি থৌরাংলম্বা অসি ইপানা লোইনা খঙলে, নং অসিগী নমিংদি ইপানা ঙসি নমিং থোল্লগে নয়ৌ চাওমল্লি নংগী নমিংবু কোংলৌতোক লৌথিবা হায়বা নমিং অসি ইপানা অসি থোল্লবনি নংনা ঙসি ফমলিবা মফম অসিনা কুরুম চীং হায়না কৌরসনোঃ।।

নংগা ঐগা মফম অসিদা উনখিবা অসি খঙনবগী দমক্তা খুদম অমা থমলসি নংগী নপুক্লিংনা নিংবা অপাম্বা অদু থুংননবগী মরমদা নংনা মফম অসিদগী য়েংজবদা উবা লম অদু মখে লৈবাক অসিগী ঙমখৈ ওইদুনা য়েংনা লৈবা পরৈনা ওইনা হান্না লৈদুনা ঙমলোই ঙমহৌনা ওইদুনা নংগী নপুক্লিং থৌরাং অদু মফম অদুদা, খঙনবা ওইরসনু নহাক্না নপুক চুমদবা

—(0)—

ৱাখল খল্লীবা অতুন্না তৌৱগা মতৌ কৱম্না নয়াম্বুংনা খুভম শেম্বা লোইগদগে ।

ৱাজবমা নয়াম্বুংনা ঙুংঙাইবনা নহাক্না মৱম অসি চুমদবা থবক্কি খুভম শেম্বা অসি নং য়াওৱগনু । মপন পন্থৌ শকলবা খোইয়ুম সিদবা ময়াম্বুং পান্নি চৱৈ অহনবা ইচানা লোইনবা হোৎনৱোঃ । পাৱি চৱৈ অহনবা ইবুঙোঃ ॥

মৱৌ চাওবা ননাও অসি ইপা পূৱগে হায়ৱমলগা সোৱা-লেন্না কোংলৌতোন লৌথিববু কংলৈ পুংদা পুথৱে, । চিঙু খোইয়ুম সিদবা সোৱালেনগা কোংলৌতোন লৌথিবগা লাক-তুনা কংলৈ পুংময়োন্দা লৈৱৱে,

মতুং অসিদা ফুহিংসি পিবাৱেন্না খোইয়ুম লাংওন শান্নবা মতম খোংলৈ তুংইননা সোৱালেনগী য়াথংবু মকোক লেংদা থোংতুনা অৱাং মাইগৈ খুভম কয়া শেমতুনা মমিং হুমচি হুম হুক হায়না মথা পাংনা কুমলক্তুনা থা মাইগৈগী খুভম শেম্বা হৌৱে ॥

কোনসেন ভুৱৈসেংবগী সায়োম্না তোকলেন লিসিং পানবা অমা শাওল্লে, অতুগা কোৱৌ নোংথৌ অতিংঙা অহাংবদা পাইথংলে, মালেম লৈপাক ফৈদোম মাপনবু সিনবা থুংনা লৈবাক্তী অৱোইবা ঙমথৈ থেংনা প্যাইৱগা লৈপাককী নুংকে মৱিমক্তগী হোনা লৈবাক ফৈদোম মাপনবু সিনবা থুংনা লৈশেমথি । অৱোইবদা সাইয়োন অমুক হনজিনলকলগা ॥

মৈবা নিংথৌ খুভম শুগনু ফম্বাল থোং থাংহি ঙাং-ঙোই হাৱম নুংজেংগী চীংথৈ পাংবদা শুগনুগী থা মোইৱাং

—(0)—

লাইজি পাংবদা লাইমী চৎনবা সনাগী থোং শারে; শেমলিবা শারিবা অসি সাইয়োন ঙম্বা লাইয়িংথৌনা নিংবদা মিৎকুপ অমগী মনুঙদা লোইখিবনি হৌজিক শুগনুগী খা মোইরাং লাইজি পাংবদা ঈশিং মনুঙদা মমি ওইনা উগনী, সনা থোং-জাও মঙান অচুদী চুমিথাং মচু তরেৎ ওইনা উবা ফংগনি। তুরেলগী মথক্তা শাবা থোংদি ঈশিং মনুংদা লৈবনা মমি ওইনা তুরেন থুংনা লৈবা সনা থোং অচৌবরু উবা ফংগনি। অসিনাচিংবা মফম অয়াম্বা শেম্বা লোইদুনা লৈময়োন লমলেন কংলৈ পুঙময়োন্দা হল্লক্নুনা চৌঙু খোইয়ুম অতিংঙা সিদবা সোরালেনগী মফমদা খুভম শেম্বা লোইরে হায়না পাওদমখি ।।

মচাগী বা অচু তাবদা খোইয়ুম সিদবনা কোইনা চৎ-তুনা মচানা শেম্বা খুভম অয়াম্বা তাইবং খুন্দাবা য়াগবরা য়েংলুরগা হনলক্নুনা লাই অহুমমক তিল্লুক ওইখি। লাই অহুমমক্না পূক্লিং মেন তারকপবু হুরাও নুঙাইবগী মেন তারে হায়দুনা মেন পূঙ লেপপা কৌই ।।

কংলৈ পূঙমযোন্দা নুঙশাংনা পাল্লক্লে। তিল্লুক মিংখৈ দি হুংচিংঙৌ খোইয়ুম সিদবগী মিরেন লিক্লাই অঙৌবা চংবা লৈনা লৈবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ শুপুনা পাম্থোইবী পাখংবা কৌনা লাইনিংথৌ ইবুঙোনা চিঙৌ খোইয়ুম কুরু সিদবগী থৌগল তৌদুনা মথল মথা অয়াম্বগী লাংওন থৌরম শান্নদুনা লৈরক্লে ।।

---

—(0)—

কুনমাথোই শুবা মতাং

## মাইকৈ ঙাকপগী লাইগী মমিং করি কৌবগে ?

## ( লাইচল লোন )

### মাইকৈ ঙাকপা লাইগী মমিং ॥

১ | অৱাং লমদা পুৱিবা লাইমিংদি নোংমতা কৌএ। নোংশা তাওমি কৌএ। হিংলেন খোম্বী কৌএ। উকোংলেন অঙাইবা কৌএ ॥

২ | নোংপোক লমদা পুৱিবা লাইমিংদি ঙাংঙোইচান কৌএ। মেলৈ খোম্বী কৌএ। হোংঙাই তাওমি কৌএ,। কৌতিংলেন থৱাই চেঙা কৌএ ॥

৩ | খারোমদা পুৱিবা লাইমিংদি, ওক তাওমি কৌএ,। শংলেন খোম্বী কৌএ,। খোংঙাইবা কৌএ ॥

৪ | নোংচুপ্তা পুৱিবা লাইমিংদি, লৈপাক তাওমি কৌএ। মনিক খোম্বী কৌএ। ওম্বীরেলন্নু কৌএ। কুনিং হুকপী কৌএ ॥

৫ | অৱাং লাইজি কৌক্রদা পুৱিবা লাইমিংদি য়াইরেন-খোম্বী খোম্বী কৌএ। নোংলৈ মেনবা কৌএ ॥

৬ | সনখোং লাইজিদা পুৱিবা লাইমিংদি, য়ু চেং য়ুহা কৌএ। তরংখোম্বী কৌএ ॥

৭ | মৈরমদা পুৱিবা লাইমিংদি, সেনবা য়ুম্বী কৌএ। শানৌ খোম্বী কৌএ ॥

—(0)—

৮। চৌংথৈদা পুম্বিবা লাইমিংদি নোংইন খোম্বী কৌএ।
চৌংশাং লৈমা কৌএ॥

ময়াই শুমদোংপাল য়াইগোই শরোংপুঙ পোম্বইরৈ পুঙমা য়োন সনা পুঙ মরুচৌং সনাগী কুরুমচৌং সনা থেংঙ্গুং চৌং-লেন লৈরোল মাপনমক্তগী লাইহিংচাবা ফত্তবা কায়কনি হায়দুনা লৈপাক্কী চিরা মরিমক্তা শাই হিং-কোংচিরেম্মা মমিং লৈকিংলেন-কিং নাইবা কৌনা কম্লে অঙাকপা মমিংদী কোংনিংথৌ কৌনা ভাকহন্দুনা অমম্বা মরোন মাপন মক্তগী কাহনদরে॥

লাই মথে। থিবিক্লা মুঙাইনবা শেমদুনা মুঙাইনা পাল্লম্ম মতমদা থবাই পানবসিংগী সাথাই লাই হিংচাবা অচৎ-চৎত-পুম্নমক্কী মরু শঙজনবা লাংওন থৌ কয়া শায়বগী থৌরাং কয়া লাক্লে॥

চীঙৌ খোইয়ুম লাইমরু সিদবনা নোংপোক শজিক অতোনবগী ময়াই কোইলেন চৌংদা কম্মা লাইয়িংথৌনা মপারি অনিবু পাইমা উনগোইমুঙদা লিক্লা উনগোই লিককুম্মা তাসিন-নরক্লে। মপারি মমোমশিংগী লাইমিং লাইচৎ শঙহনলক্লে। চিঙৌ খোইয়ুম সিদবনা মপারি অনিবু মাংদা থানা পাওমেন-লকই॥

ইচৌ ইপু সিদবগী সাইওন লাওঙ্মা কোনসেং তুরৈ সেংবা সিদবনে, অতীয়া সিদবগি সাইয়োন সনতোকলকপনা কোনসেন তুথোকপনে, অসিনে, কোনসেং তুরৈ সেংবা সিদবগী লাইরোং লাইচৎতী।

—(0)—

ফুহিং সিদবা, শা মতোন থাকপা পুরাং পুরৈরোম্বা; নোং পোক সোরালেন, পুখিবা, লোয়ায়াকপা, ময়ুংনহা সলৈথেম্বা সনাবহি, য়ুইমোংবা, থোংনাং নিংথৌ, তাওরোই লাই, কুপত্রেং, তাওহুইরেং অহনবা, খুম্মু তুংইমবা বাংথা, মাই-রোইনবা, বাইকোকসরিবা, লাইয়িংখোহনবা, য়েংলাংবা, বাংবা কংগোই নিংথৌ, সেপান খানা চাউবা, বাংফুলেন বাংব্রেন হায়না খওনরিবা অতুনী, বাথালাকপা, কৈরাও লাকপা, খোং-জি লাকপা, অরোন মুংলোকনিংথৌ, ঈশিং চাইবা, নেংগচেং, নিঙোবা, মুংগাপাক, ফুহিং সিদবগী লাইওন লাইচংতি কুন-মাথোইমক অসিনী॥

লাইমিং অসি খওনা লয়োম অসি খওনা লাই তায়নরবদী লায়না চানবীরে, খওদনা অখংসা-হৈতানা অহৈসানা তৌরবদী মাংতাকয়ে,। অসিবা সিদবনা মমিং কুনমাথোইশুনা থোন্দুনা মপা মপু খওদ উদববু খওসন্নু হায়না, সাথায় য়েল্লুক কৌনা কায়রৌ য়েল্লুপমা কৌদুনা মমিংদী য়েনবী খুংেগ্রানবি কৌনা লং মাও য়েখা মখোংদা হোৎপদা য়াই ওয়বা য়েরুম মঙা খওজদুনা মঙামকপু য়েংখিদুনা য়ায় অদুতনা থবাই পানবা, খিবিক পোক হনখিয়ে, সিনবা থুংনা তা বংমী নমুপোং কৌদুনা তাইবঙ পানবা কৈদোম মাপনমকতা য়েনখিয়ে॥

য়েনখিবা অদুবু কোয়হন্দুনা অমনা ঈহৌরকুনা মহৌ অনি কোকুনা মহৌ অনিনা লৈসেম-মুংসেম হল্লিবনে, খওউ। মফম মপান খাদগী হৌখিবনে, মমিংদী খুয়োই লৌকলেম কোলুং অহানবা কৌএ।

—(0)—

অসি খণ্ডনবদী মোংবা হনবা কৌবরু লৈময়োন পাৎ কমবৌপুৎ ওকশুলাকপা খোংঙাইবা, য়ুচেং য়ুহাৎথোরি ফাবা কোরৌহনবা, লাই-মাপন মক অসিনা খণ্ডনরিবনি, লাই-কুল মাপলমকা থানা শুপনা লাই ৩০ মক অসিনা অসীবা সিদবগী লাইমিং লাইচৎনে, লাইখণ্ডতনা লাই খণ্ডজরবনে, লাইচৎ অসি লানহৈদে খণ্ডউঃ ॥

কোনসেন ভুথোকপগী লাইমিং লাইচৎতি-পোংলৌরোন অপানবা পাথংবা নাওহন, খমলাংবা, মুবা নিংথৌ তাওথিংমাং থাংজিং সেন্দ্রেং-ইকোপ নিংথৌ, অচংবা য়াগোই নিংথৌ, তুবু চীং নিংথৌ, লৈকা চেংবান মুবা, নুংজোংবা, নোংথিল চাইবা, য়োংঙাইবা, কোংতিংলেন লাই-তরাতরেৎমক অসিনি।

অতিয়া সিদবগী লাইমিং লাইচৎতী, নোংসাবা, চাকখারা, লুবাং নিংথৌ, লাংপূম নিংথৌ, সংবুম নিংথৌ, থোংঙারেল, পোমবী লুবাংবা, সিংদপুও পোঙরৈতোন খুনথিবা, পুতাং কোই, নুংপোকপা, নুংগাং মহারাবা, চীঙখৈ নিংথৌ মুরৌ নিংথৌ, উতিল উকাং নিংথৌ, উকাংনিংথৌ, ইপু চনলেন ইদাইরেন, খোংথোং কারন, অন্দ্রো লাকপা চেংঙা থবা, কৌত্রু, লাইকুলনিপাল অসিনি ॥

লেংলি পাল্লিবা পুন্নমজী মমা-মপা অনিমকপু ওইরিবী লৈমা লৈসিলেনপী লৈময়েন সিদবীগী লাইবোং লাইচৎতি মহাক্কগী, লাই খরোম্বী, নোংথাংলৈমা অনিমকপু সাংতোকরে মহাককা থানা লায় অহুম হুরে। লৈত্রেলগী লায়মিং লায়চৎতি

—(0)—

য়াবিরোক, হিরৈমা, য়াইরৈমা, হিকুবী, তরং লৈমা, য়ুমজাও লৈমা, নুংলেন লৈমা, য়াওরৈবী, নুমিৎ লৈমা, উসোই লৈমা, পেতংঙা, চিংব্রাল লৈমা, ইরোং লৈমা, লোকলৈমা, খাংবা···নোংদম নোংখুন লৈমা, চাঁংখাংলৈমা; নোংথোং লৈমা, নোংগা লৈমা, য়ুম লেমা,— লাংজিং লৈমা, চাঁংঙা লৈমা, হৈপোক লৈমা, হীয়াংখাং লাইরেম্মা, লাই কুলহুমদোই অসি দী, লৈত্রেলগী লাইমিং লাইচংনী, খণ্ডদনা অখণ্ড সাতুনা পুং-হায়-হায়গনু লানহৈদে, খণ্ডউঃ ॥

নোংথাং লৈমনা মমিং নিপাল থোক্লুনা মাইকৈ নিপাল পুরিবগী মমিংদি মেলৈ খোম্বীনা নোংপোক্তা পুরিয়ে, য়াইরেন খোম্বীনা কোত্রুদা পুরিয়ে, সংলেন খোম্বীনা মথাদা পুরিয়ে, হিংলেন খোম্বীনা অবাংদা পুরিয়ে, নোংইন খোম্বীনা চাঁংখৈদা পুরিয়ে, সানৌ খোম্বানা মৈরমদা পুরিয়ে; মনিক খোম্বীনা নোংচুপ্তা পুরিয়ে, তরং খোম্বীনা সনথোং লাইজিদা পুরিয়ে। মমিং অসি লানহৈদে ॥

নোংথাং লৈমগী লাইমিং লাইচং ত পাম্থোইবীগী, তান-থোং লৈমদা লেমথোং লৈমা; লৈতেংলৈমা, হেনোপোক লৈমা, চংনীং লৈমা, নুংগোইবী কোলোই লৈমা; থুমলৈমা, ঙারৈমা; থারৈমা; ফৌওইবী য়োংলৈমা; রাতা লৈচীল হৈবী; কোলৈমা; খাইবা নিংথৌ চনু, ইমোইনু চনুলৈমা; পিথেংলৈমা লাইরা লৈমা; লাইষলখনবী; খাবী লুকোই চনু; লিক্লা পিচা; য়াইবী লৈমা; খোংঙাক লৈমা; সিদ নুংবি; চরাংলৈমা;পিথ্রাইবী; খোংদাইবী শরিকলৈমা পূকশি লৈমা; নুংখোং নুংলাওবী, খম্বা মাতৈ; লাইমিনু লৈমা; লাই ৩৪ মক অসিনী; অসি লানহৈদে !

—(৩)—

লাই খুরোম্বীগী লাই লাইচংতি; লাইনাওতাবী; লাই-সনা; চিংনু লৈমা; থুমনু লৈমা; অহুমনু; অরৈনু চেংসৌ চিখিক খোম্বী; থেরে লোংবম চনু তোনখানু; শৌবোল লৈমা; লাই মাপনমক অসিনে লাইগী লাইমিং লাইচং খঙনা তৌওঃ ॥

পুন্নমশী মপূ ওইবা তাওরোই লাই সিদবনা তোকলেন লিশিং অমা পানবা সাওন্দুনা তিংথোক্লে; মকমদী চংলমদনে নুমিৎনে; থানে; থবান পিচাকনে; খোংজেন নুবী পুন্নমক থোকলে; চীংমান অয়াম্বা পোক্লে; মমিদী নোংথৌ ভুরেমে; মখোংদা থম্বাল মমা তরেৎ পানবা থম্বাল অঙাংবা অমা শাৎলে; লাইথংগা অনিমক্তা অমনা লাই খুরোম্বীনে অমনা পাম্লোইবীনে; লাইখুরোম্বীনা সজিক পোকলে; পাম্লোইবীনা থাবা পোক্লে। শাগংবা অনিমক্তা অমনা লাইসনানে; অমনা হুইমু লৈমনে অনিমক্তা নুমিৎ থানে অনিমক পোকএ; চুথেক মরিমক কৌবম্রু মাইকৈ মরিমক কোবম্রু অসিনে; মকমদি কান্নন ইরিবা নুংফম অদুনে; মথং অমনা মকা তরুক পাল্লে; অয়ুংবনে মচু অঙৌবনে; পূরৈরোম্বগী ফম্বীনে; লাইশ্রি রেননে; মকমদি সগোল খোংগুননে।

মথং অমদি মকা তরা পাল্লে মচূদি অঙাংবনে; হীপোক পী য়াইকুপী; হীরৈমা; য়াইরৈমা; য়াইসনা; অনিমকনা অমনা লৈফুরেন ওইয়ে; অমনা নোংফুরেন ওইয়ে; অমনা য়াই ওইয়ে; মকমদি সামু খোংনে ॥

—(0)—

মথং অমনা থম্বাল লকা তারানিথোই পাল্লে। মাইক্কৈ
ঙাকপা লাই তরানিথোইমক পোকএ; মফমদি কৈ য়েননে;
মথং অমদি থম্বাল লকা তরাতরুক পাল্লে, নোংথৌ মতোনগী
লাই তরা তরুকমক পোকলে। মহাকতি মীশুম কোঁএ থামসং
কোঁএ; মফমদি ফনদোনদনে॥

মথং অমনা থম্বাল মকা চাম্মা তারা নিপাল পাল্লে লৈ-
বাক লাইনে; নোংথৌ লাইনে, পুন্নমকী ফম্বীনে; পাখংবনা
লৈয়ে; মফমদি লোইরেল সনাপুংনে পুহি হাংনবা সনা থিংনবনে

ৱাযম অমা হায়গে; অ—ক—ল—প—ম—থ—উ—
তাউরোই লাইনা লৈখাদা লোংঙৈগী ৱানে; উ—দি—কোন
চিন তুথোকপনে, অ—দি পোকলেননে,—ক—দি কৌক্রনে;
—ক—ল—হ—স—লদি লৈম্রেননে—হ—দি থৱাই অনি
মক্লে,—ম—উ—অ—স—ন। তাউরোই লাইনা নোংথৌ
মতোন্দা লোংঙৈগী ৱানে, —ম--দি খানা চাউবনে, উ--দি
কোনচিল তুথোকপনে, -অ-দি পোকলেননে, স-দি-নোংপোক
অপালবনে, -ক-দি কৌক্রনে।

তাউরোই লাইনা-থাদা লোংঙৈগী ৱানে,। থ-দি
কেপনে, থাংজিংনে, প-দি ফমদোন অগ্নিবনে, ন-দি কৌমুনে
ত-দি কৌবরেম্নে, ল-দি লৈমরেম্নে, ম-দি খানা চাউবনে,
হ-দি ঙৌবরেম্নে, কুরুম সিদবস্থু হ-নে, স-দি নোংপোম
অপানবনে, মুমিংতা লোংঙৈগী ৱানে।

তাইলোই লাইদি তকুপ তরেংলক্লে থৱাই পুন্নমকপু
শুমহৎলে, অমুম্বীনে, থৱাই পুন্নমকপু হনদোক হন্দানা

—(0)—

লাক্লে-পন লান্দাবীনে, থবাই পুন্নমকপু য়োৎসিনলে, অচাবীনে, অ-ক-হ্-লঃ-খ-ঙ-ম-ত-সঃ থ-য়-ক-খ-ত-প,-তানজিদি তাউরোই লাইনে, অতিং কোকলেননে,- অতিং কোক সিদবনে, অতিয়া সিদবনে, পাখংবনে, লোইমেন মনাপুংনে, ন-দি ঙৌমুনে ক-দি কৌক্রুনে, কৈয়েননে, হ-দি য়ুপু মন অরেম্বা থবাইগী মপুনে, ল-দি লৈত্রেননে, খ-শু-লৈমরেননে, অতিংকোক সিদবনে, শামুখোংনে, কুচুনে, ঙ-দি খোংঙারেননে।

অ-দি থামা চাওবনে, উ-দি কোনজিন তুথোকপনে স-দি অসীবনে সোরারেম্নে, ম-দি খংজিংনে, য় দি অতিংঙা সিদবনে, পাখংবনে, অহাংবদি তাইবংপানবা মপুনে, ফ-দি লৈমরেম্নে, চিংথৈ ফিদুপ অহুমমকনে, যনথোং পুংবু লুপপনে থ-দি থমলাংবনে, ত-দি কৌবরেননে, প-দি ফমদোং অরিবনে, চৈথিদি চৈথৈলেম্নে, মমিংদি, ১-৩-৫-৭-৯ — অমা অহুম মঙা তরেৎ মাপন কে এ

সিংথাবনা সিংতেকনে, লাংথাবনা লাংথোক্তে চৈনম্বনা চৈথাদে, কোরৌ মালেম অনিগী মরক্তা লৈবা তাইবং নিংথৌ পূমনমক্কী ফৎতবা কোকপা মফমনে, অমচিনং কোকনে, ক-দি হকসাংনে, হ-না ফিবালনে, স-না মখোকনে, ও-দি মিৎনে, ফ-না খুৎনে, ঙ-না-থ-না মিৎ ২ অনিনে, ল-না হকসাংনে, স-না নিংসানে। থ-না ফিরালনে। অতীয়া সিদবদী লাংয়েন তরেৎ পাল্লে মফমদি মিৎ অনিমকনে, নাতোন অনিমক্কে, নাকোং অনিমক্কনে; য়ানে অসিনে॥

—(0)—

অপক মাদি কান্দোন্দা পকলে, লৈম্রেন্না-লৈপাক্কে, তাইবংপানবা মপুনা নোংথৌনে, অতীয়া সিদবনা নোংসিৎনে অসীবনা ঈসিংনে, ফুহিংসনা মহি ঈশিংনা অচোবা ওইজেদা কোনচিন তুথোকপনা মৈনে, অস্নুন্ন খণ্ডঃ ॥

নুঙসিংনা লাংয়েল ৯ মাপন পাল্লে, ঈসিংনা লাংয়েল ৩২ কুম্নানিথোই পাল্লে, মৈনা লাংয়েল ৭ তরেৎ পাল্লে, লৈমরেলনা ফ-নে, অতীয়ানা অনচৈনে, ফুহিং অশিবনা মথানে, কোনজিন তুথোকপনা গ-নে, থ-না ও-পোকয়, ফনা মথা পোকয়ে, মথানা অতিয়া পোকয়ে, অস্নুন্না ওন্না ওন্না পোকয়ে, প-না ঈসিংনে, ক-না নামা নেংনে, ফ-না নুঙসিংনে, চ-না হুইনে ন-না তেননে, গ-না ভোপালেননে, থ-না তানে, ও-না লনুংনে চৎলমগী নুংদি, থয়োংদগীনে, অমস্থু থোংজাওদগী কাইখিবনে ॥

কুরুসিদবনা লাই মঙামকপু কৌথোক্লুনা কংলৈগী লাইপুংথৌ অপানবা মঙাবু লাই মঙাদা ওইহন্দুনা, মালেম চিথেক মরিমক্তা চুপসেন ফাংথোং ওইনা চাকহন্দুনা লাই মীপোক অথোইবা অপানবগী থৱাই-মঙামকপু ওইনহনজুনা লৈরিবা মরোল তরামরিমকপু খুৎতা থমনা মালেমগী ময়োন্দা অথোইবা ওইনা লৈরগদৌবা অডবু কৌনা লৈঙেনে।

ময়াই শুমদোং পাল য়াইগোই সরোইপুঙ পোইরৈ পুঙ ময়োন সনা পুঙ মরুচীং সনাগী কুরুমচীং সনা থেংগুং চীংলেন লৈরোল মাপলমক্কগী লাইহিংচাবা ফত্তবা কারক্কনী, হায়দুনা লৈবাকী চিরা মরিমক্তা লাইয়িংথৌ লাইহিং কোংচি

—(0)—

য়েম্না মমিং লৈকিংলেন কিংনাইবা কৌনা ফম্মে, অঙাকপা মমিংদী কোং নিংথৌ কৌনা ঙাকহনদুনা অমম্বা মরোন মাপন মক্কগী কাহন্দরে ॥

লৈরোন মাপনমক্কী চিরাপী, মারজিংগী লাইপুংথৌ কুল মক্কী মথোংনে, নুমিৎ চয়োল তরেৎমক লোইতাম থাজা তরানিথোইমক অসিগী ঈখাংফমদা লৈপাককী নুংকে মরি মক্কনী।

খোইয়ুম সিদবনা ইরাৎ অঙ্গিগী মহৈ পিবদা লৈমা তেকহৌরে নিংথৌ নৌহৌরে পূপসি নুঙসাংনা পাল্লে; নোংলোন ৯ মাপনমক্কগী ফক্তবা মতিন মরাই মৈবী সঙাইসেন নোংমৈ সিংজং কুমথি কুমগাপগনি, হায়দুনা চিংরা ১ অমদা লাইয়িংথৌ কোনসোরেম্না মমিং লৈফুরেন কিংনাইবা কৌনা ফমমে অঙাকপা মমিংদি কোংতিংলেন কৌনা ফমহনদুনা লৈহনলে।

নোংথৌ মরোল মাপনমককী থোংদা থোক্লকপদী লৈবাক সেম্বাগী লাইপুঙথৌ তরামরিমক্কী, লাইপুঙথৌ তরামরিদী নুমিৎ চয়োল তরেৎমক থা তরানিথোইমককী হোংনবনী হায়দুনা খোইয়ুম সিদবনা ইরাৎলে।

কুরুম সিদবগা লৈমালেনগা অনিমকস্থ নোংলোন মাপনমককী ফক্তবা খৈবীক কোন্নবা লৈথোংদগী হুনি নারোৎ ফক্তবা কাওরক্কুনা থংগাই য়ৈথাইগনী হায়দুনা লাইয়িংথৌনা মালেমগী মিপাই থবাহ নংহনলরোই হায়দুনা লৈপাক্কী চীরা অমদা লাই

—(0;—

য়িং অপুংবা ওই য়েংহাই ফাবা লাইয়িংথৌ অকলবনা মমিং পেংবী, সানোই হিংখাৎরিতং কৌনা ফম্মে অঙাকপা লাই মমিংদি য়োংঙাঙবা কৌনা ফমহনলে।

থাংজিংগী লাইপুংথৌ তারাতরেৎমককী মথোংনে, নুমিৎ চয়োন তরেৎমক থা তরানিথোইমক অসিগী হুনি নারোং হিংচাবা ফাওরক্লনবা হায়দুনা নুমিৎ চয়োন তরেৎমক-থা-তরানিথোইমক হাংজবা, নাইদনা ইরাংফম থমলে। লৈখোং লৈরাই থিংগাই য়েৎথাইদনা চেৎনা নুঙাই মরাং কাইনা কুইনা সাংনা সাথোং লানথোং থিংনা পাম্নবগীদমক্তা।

নোংখোংগী ফত্তবা মতিল মরাই হৌরক্লনী হায়দুনা নোংথৌ সোরারেন সনা থম্বাল মতোন্দা ফম্বা অচিবনা মমিং সবাং নোংফুরেম কিংখিং কিংনাইবা কৌনা লৈঙাক লৈহুন লৈয়ানরে। চীংসোম্বগী লাইপুংথৌ ১১৭ চাম্মা তারাতরেৎ মককী মথোংনে, নুমিৎ চয়োন তরেৎমক থা তারানিথোইমক হাংজবা নাইদনা ইরাংফম থমলে॥

মালেম খোংজি মরিমককী লাই অপানবা মরিমক্তা ফমল বদা কুরুমগা সিদবগা অপানবগা লাই অনিমক্তি উয়ুং ময়াই লৈবাক নোংথৌ তুবগী মতোন্দা ফমলে, মমিংদি নুঙনাংলেন অপোকপা কৌনা ফমলে। লাই অনিগী থোংলোনস্থ তাকপীরে, নুমিৎ চয়োন তরেৎমক লোইতাম থাজা তারানিথোইমককী ঈরাংফমস্থ থম্মীরে, কুরুম পুংময়োন্দা।

নুঙনাংলেন অপোকপা খোইয়ুম সিদবনা সেমলম্বা লৈপাক নোংথৌগী ঈরাংফমদা লৈরোন নুঙলোন মাপনমককী

—(0)—

খোংক্লুনে, খোং অসিদী লাই পুম্নমককী ঈরাং খেংনে। খোং অসিদী নিংথৌ কাংবা কাংথলগী লৈফংথৌ কুলমককী মথোংনে, লাই মঙামকনা ওনবা লাইওন্দী কংলাগী লাই পুংথৌ অপানবা মঙামকস্তু কৌই। লাইয়িংথৌহনবা অপানবস্তু কৌএ। সোরারেন মুরা নিংথৌ অপানবস্তু কৌই। থাংজিং নিংথৌ অপানবস্তু কৌই। লংবা নিংথৌ অপানবস্তু কৌএ॥

পনম নিংথৌ অপানবস্তু কৌএ। লৈবাকনে নোংথৌনে মৈনে ঈশিংনে নোংসিংনে মঙামকস্তু কৌএ। চীংথৈনে কৌব্রুনে থাংজিংনে ৱাংব্রেননে পনম নিংথৌনে মঙামকস্তু কৌএ। মমাইরোং মঙামকস্তু কৌএ। লেংলি পাল্লিবা পুম্নমককী থৱাইনে, থৱাই মঙামকপূ হিংহনলিবা লাইয়িংথৌ অপানবগী থৱাইমঙামক্কে, লাই-ঈয়েক লাইলিক অরিবা লাৱৈ লাথুপ কৌবা ঐনা হায়রমলবা ৱানে॥

ৱারম অমদি লাই ফমথৌ মাপনমক্কা থৱাই পিচাক নিংথৌ সিদবদা চংথিয়ে লাইফমথৌ মাপনমককী মমিংদি, অমনা নং কৌএ, অমনা সং কৌএ, অমনা কে কৌএ, অমনা হ কৌএ, অমনা কিন্নুং কৌএ, অমনা হংসো কৌএ, অম্না হালে-হায়ে কৌ মাপনমক অসিবু কোলোন মাপন কৌএ, থবীয়ুমগুম কোইদনা অত্রাদা লংন্ম ঙাম্বা লৈরোঃ—লাই মহাক্তি কৌব্রুনে ৱাংব্রেননে থাংজিংনে, মারজিংনে নোং-পোক্কে, খানা চাওবনে চীংথৈনে সোরারেননে, ঈথৈরেন নম্বুং-ৱনে কৌনা তিময়ে।

—(0)—

ফাওবনে। অৱাংপংবা লাই খুননা ময়াই সুমখোংপান লৈপাক পুন্নমক ফাওবনে। কোইনা লৈবনে ঈৱোং অহুমগী কম্বীদি চীংথৈনে অসিদগী তেংখন ওঈৱিবদী, মোংবী চীংনে সোগী কম্বীদি, ময়াই থিংক্রুং চীংনে, লৈপাক মমাদি থাংজিংনে, লাংচৈদি মারূচীংনে সোলমতি চীংথাংনে, অসি খৈ-বীঙ্গী মরুদী কৌক্রগনে, হৌনৱকপা মফম শুং হনজিন ফমস্থ অছু হেন্না অমা লৈদ্রবনে।

লংমাইচীংদা লাইখুন মাপন লৈৱিবা অসিগ কৌক্রুদা লাইখুন তাৱামাথোই লৈৱিবা অসিগা থাংজিংদা লাইখুন মাপন লৈৱিবা অসিগা কংলা ফাংখোংদা লৈৱিবা লাইখুন অমা লৈবা অসিনা লাইখুন কুম্থ। আস মালেম লৈখাৱোন সিনবা থুংনা ফাওনাদুনা চেলবগী মাগী মাগী মফম মফমগী মমিং অমমম লৈৱিবা কৈবীকপু খোইয়ুম কুৰু সিদবনা মপাক্কি অনিগী মফমদা হোবা লোইবগী মৱম পুন্নমকা কোমনা চিংথক লৈজনা তাকপিখি, ॥

কুনমীথোই শুবা মতাং

# থা তরানিথোইনা অনি থোকনা খাইদোকপা

মেৱা, হিয়াংগৈ, পোইনু, ৱাকচিং, ফাইৱেল লমতা, থা ৬ অসিনা অইংবা থানি। সাচিফু, কালেন, ঈঙা, ইঙেন থৱান, লাংবন থা ৬ অসিনা অসাবা থানি। থা ৬ অসিনা পুবা, মিকুপ নাহুম, পুং মশীং অহিংদা (খ) ৫২,০০০ পো

—(৩)—

৮৮ মুংখিলগী পুংশিং (খ) ১৬ (প) ৮ (অজ্ঞাংবা) ৪ (খ) ৮,০০০ (খ) ৩ (১০২) (৩০) (৯০) (৩০) (৪০) (৩) (৯০) (১০৫) (১৯০) (৩০) (৪৬১) পুম্না পুং ৬১,৫২২ অসিনা থা, ৬ তা মহাও অথুম্বা অথাবা অশিনবা অয়াকপা অকক পা, ওইনম্বনচিংবা মহাও ১০৮ মনমগী মথক্ল মুংশিবা নমখিবা অয়াকনম নম্বা শিন্নমনম্বা ওইনম্বা নম্বনচিংবা মনম ১০৮ মচুগী মথক্ল অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা অশংবা, শংবান্নবা, নাপু মচু, হিগোক মচু, চুমত্রে মচু, মেম্না নবা চিংবা, মচু ১০৮ পুংোকই। পোংকী মশক মৱোং অচৌবা অপিকপা থৱা হেন্না চাউবা য়াম্না হেন্না চাউবা পিশক পিকপা, থৱা পিকপা য়াইমা ওইনা পিকপা মিংনা উবদা ৱাবা পোংকী মৱোং মতৌ ফাওবা পুঙ অসিনা পুথোকই॥

অসুম্না সাচিফু কালেন, ঈঙা, ইঙেন, থৱান, লাংবল, থা, ৬ অসাক থাদনা অয়ুক মুংখিলগী পুঙশিংনা হেন্না পুই॥ অসুম্না কুম্বা, কুম্বী অসিনা থা, ১২ দা অনিথোক্লা থায়দোক্লগা কোৱৌ মালেমদা লৈৱিবা পোকপা পুন্নমক অসিনা লাই, মী, পুন্নমকী থৱাই হিংনবা শেম্বীতুনা থম্বিৱিবনি।

থৱাই পানবা পুন্নমকী মুপী, নিপা, থায়ৱিবা, অসি মথককী পুঙশিংনা থায়ৱিবনী, কোৱৌ, মালেমদা লৈবা লাই, মী, শা, উচেক ঈশিংদা লৈবা, কংফালদা লৈবা, মুংশা হোনবা মুংশা হোন্দবা, লেংবা, লেংদবা, অচৎপা-চত্তবা, পুন্নমক্লা মুঙাইবা হরাওবা উবদা অমম অঙান থায়বিৱিবা, থালৈ নামুং তয়াত্রাবা লাইয়িংথৌ চয়োন তৱেৎ তানফংবা তনুং তৱেৎ তানফংবা লৈৱাং পুমনাই শাৎনাই পুদিক্লে

—(0)—

কোরৌ মৈদা কেমদ্রবা বাংবল মৈদা পংত্রবা, পাথং তরেং লোনখণ্ডলে নুজা তরেং লোনজিললে সিংঙেলু নৈমং লৈপুলব শেম্বীরকপা লাইখিংথৌনী।

তায়বঙ শেম্বা মপুনা লৈশেমজুনা ওম্-ওম্বা লাংগেল শাম্বা চক ২৭—মনু—৬—ছোথে মীগী চহিদা চহিকোটি ১৯—লাখ ৫৫—লিশিং ৮৮ চামঙা কুন্থা মঙা শুরে—॥—১৯৫৫৮৮৫৩৫—অসিনী ॥

১। কুইস্ক চকতা চাংঙ মপুরেন সিদবুন পালে।

২। থোই হস্ক চকতা সোয়ারেন্না পালে। ৩—তুয়ে হস্ক চকতা কোনছেন ভুরে সেংবনা পালে।

৪। পোই হস্ক চকভা কোবরেননা পালে।

হঙকোঃ- মরি অসিদা পানখিবা অসিদা লাইগী নিংথৌনি

হঙকোঃ মরি অসিদা লাইগী নিংথৌ ১০৮ পানখরে করণিং চহি কোটী ১৯ লাখ ৫৫ লিশিং ৮৮ চামা কুন্থা মঙা অসিনা ১৯৫৫৮৮৯৩৫ অসি শুরে।

হঙকোঃ- চক মরি অসিনা লাই হাকতককী চব ৪ নি চক পরেনি অসী অহানবা করিস্ন নৈত্রিইঙেগী অমম্বদগী অঙনবা মঙান থারতমক ঙহনলম্বা চকনী। পোই হস্কগী লোইরকপা হুয়চককী মঙান ফাওরকপা লৈশেমলকপা অসিগী মনুঙ মনু ৭ চক ২৮ চংলকপা অসিগী মনুঙ হয়ি চক কোবা চক অসিগী মপুন্সি চহিনা লাখা ২০ লিশিং ৮৮ অসিনী। ২০৮৮০০০ অসি শুরে।

## ২৩ শুরুকপা মতাং

# নোংখোং ফমবাল ফাংখোং লোন হায়বসি

মাতক কায়্‌রে ?নোংখোং ফম্বাল ফাংখোংলোন

হৃৎ্রি চক্কা কুরুগী ফানখোং কোইয়ু হায়জুনা অতৌয়া সিদবনে, অসীবনে, অনিমক নোংখোং-কোইবা চৎলু হায়এ; কুরুনা অতোনবা নংস্থ নোংখোং কোয়বা চৎলোঃ হায়না থোএ। অতোমবনা থুমএ,। ঐদি কুরুগী ফানখোংচুম্‌ কোইজগে নোংখো মখোংদি লেতে হায়রএ।

চাংগু খোইমোম কুরু সিদবনা হায়এ। পারি ইবুঙোঃ নচিল ননাও নখোয়না মালেম্‌ লৈকোয়পুঙ অসিদা লৈরিকা আদবা লাই হিংচাবা অচৎ-চৎতা লেংলি পাল্লিবা পুন্নমক্‌ অসিগী হোৱক্‌ফম্‌ মউ খঙজরবা ঙমলবদী অদু খঙবগা ইপাগী ইফমদা তমওঃ লাওঃ। লাংওন্‌ খঙদ্রগা খঙনবা থিল্লিল্লু॥

মালেম্‌ নোংখোং তৱেৎলক কোইবা ঙম্বা ইচাঙনা খঙদবনী ফম্বান্‌ সিগী মতিকতা;। কোয়বা ঙম্বা কনানো? ঐগী মাঙদা লেপলরো মরম অসি খঙবা হানবা অদুনা কংলৈ স্নালৈপাক লৈময়োন্‌ অসিদ ইপাগী খুভম্‌ সিন্নরমগে॥

ৱা-অসি তাবদা ফুহিংস্না অসীবনা মরম অসি থিবা চৎসি হায়না হৌরক্লে। ইয়াম্বা অতৌয়া সিদবস্থ ইসানৌ ইবুঙোস্থ পন্থোগী ফম্বাল্‌ অসিদী মতিক য়াম্না চাওরনী তেংপানবা মপুগী ময়োননা হ য়এ।

—(৭)—

মতুদা কোংলৌতোন্ লৌথিবনা হায়এ। য়াম্বৃ ননাওদি পাংগল্ সোল্লি চৎপা ঙম্ জবোঙ্গ হায়এ। খোইমোম্ কুরু সিদবগী য়াথংদী মালেম্ লৈপাক্ তাকৈন্দবনা অতীয়া সিদবনে, ফুহিংস্না অসীবনে, অনিমক্লা, কুকবু খুরুম্ লবগা মালেম্ ক্লোয়রুথিগে হায়দুনা থোরক্ল ॥

পাম্বা ইকেয়েন্ নেংশা খাবাক্ লাক্তনা ইকেয়েন্ থকতা তোংদুনা লাক্রলে। অতীয়া সিদবসু ফুহিং স্না অসীবসু কৈরেন্ নোংসা খাবাক্ লাক্তনা নোংশাথক্লা তোংদুনা লাকলে ॥ মালেম্ কোয়বা হৌখিবা মফম থংনবা কায়দুনা লৈপুঙ অমা খোলম্ ই মফম্ অদুদগী হৌনা লাকপনা লাইগী লৈপাক্ য়ৌরমক্ল।

অতীয়া সিদবা, ফুহিংস্না অসীব, অনিমক্লা অহানবা লৈশেম্বা মপুগী মফমদা চংদুনা হঙখি হেঃ চীংঙ, খোইয়ুম্ সিদবা লৈরিবা থিবিক্ নহাক্কী মালেমনী, হেঃ লাই পাংগবা, অদুকৈ মালেম্ লৈশেম লৈহৌরকপদা ঈহৌ ঈপুনা লৈবাক অসি মপু অমা লাকখিগনী, মপু অদু লাবত্রি ফাওবা লৈবাক অসি সংঙ হায়বৈদা নঙাক্লা মালেম্ পুন্নমক অসিগী মরম খঙনা শংখিবনী।

মরম অসিনা অচং চংতঃ লেংলি পাল্লিবা মুমিৎ থা থরাই পিচাক্ মুমিৎ চয়োন্ তরেৎমকসু নহাক্কী সাইয়োন্ ওনলিবনি অসিগা লোইননা লাইনিং লম্বীসু খঙলিবনী অদুগা নহাক্কী মালেম্ লমদম্ ওইরিবা ওইরক কদৌরিবা তায়বঙ পানবগী হৌকম্ কাকম্ মরুদি মপু

—(0)—

মহাক্তনা খঙকম্ থোকই,। মরম্ পুন্নমক্ অসি ঐঙোন্দম্ব থার খঙহনবীয়ু হায়রবদা।

ৱা অসি তাবদা লৈশেম্বা মপু লাই মরু সিদবা ইবুঙো মহাক্না ঙক্লুদুনা হয়খি হে. লা গী নিংথৌ অথাইবা ওইরবা মালেম্ পুন্নমক্ অসি ওইননাবা সিনলক্ হৌরকপা হৌলোক-লক্পা ঈহৌ-ঈপুসিদবগী সাইয়োন্ ওইরকপদী নহাক্নী, তায়-বঙ পানবগী মপু ওইনবা লৈশেম্ লৈহৌরকঙৈদগী ঈহৌ ঈপুনা সাইয়োন্দুনা নোংদম্লবা ;হাক্না হংঙিবা ৱাকম্ অসি অঙকপা ৱানি লাইগি লিক্ ওইবা অমাং অতা লৈত্রবা লোনচৎ অসিনা কনানা লেংলিব্রনোঃ? অসুক্ ফজথ্রবা মপুগী লাংওনগী মরম্ খঙঙিব, তায়বঙ মপু ওইগদবা নহাকপু য়েংবদা ঐহাক্না হেম্না ঙক্লে।

অঙকপনি ইবুঙোঃ নংদি নপাংগন কলবনিনা মালেম্ লমদম্ অসুক প্যাকচাউথ্রবা অসি কোইনা চৎতুনা থিরুরগা পম্থৌ খোইমোম্ কুরু সিদবদা পাওদম্ তমথ্রবা ৱাবু চীংঙ খোইযুম্ সিদবনা খঙলবদা লৈশেম্বা মপু ঐঙোন্দা অমুক্তদি তম্বিয়ু লাইনিং নিংথৌ লাইয়িংথৌ তেংবানবা মপু অসুপ্পা।

লাইয়িংথৌ ইবুঙোগী ৱাহঙ অসিদা লৈশেম্বা মপুনা খঙদ্রেবদা, ফরে অতুদি ঐ ইয়াম্ব অতীর সিদবগা লোইননা ঐ মালেম্ কোইরুখিগে হায়দুনা থোক্লকপনা তরুকলক কোয়-বা লোইরগা তরেৎলক্ শুনা কোয়ব হৌরকলী।

মতম অতুদা মালেম্ লৈম্যোন্দ কোঞ্জিন্ তিংথোকপনা ঊরক্লে। ময়াম্বুং অনিমক্না নোংখেংকোয়বা অসি তরুক-

—(0)—

লক্ শুথ্ বদা মপুক্কিংদা চিংনরক্লে। কোঞ্জিন তিংথোকপনা মিংস্না তৱংলাইজ ইরাচেল্ খুদাং পিকম-তৈত্তুনা তাংজ মৱাই লুক্কা মমা ইবেম্মা লৈসরেন্ লৈপুনবীগী মকম্দা চংজ-ৱকই। মচাগী 'অৱাবা ৱাথল্ অত্তুউবদা মমানা হংলকই।

পারি ইবুঙো চয়ে অতোনবা ইচানা ঙসি নুংশুক নুংজা-মনা লাকপবু করিনানিং থুংদবা লৈবগে? ইমাদা হায়য়ু ৱাকম্ য়াথং অসী মমা ইবেম্মানা তাকপিরবদা কোঞ্জিন তিংথোকপনা হায়রকই ইমা য়াম্নুং অনিমক্তি মালেম্ লমদম্ অসিগী মরু হৌরকফম্ মথোংপ্রিবা চংথে। নোংঙু খোইযোম্ লাই মরু সিদবা পম্লোনা মরম্ অসি খঙউ হায়দুনা খোংসানথে।

নচা ঐদি ইপাংগল্ সোনবনিনা মফম্ অসিদগী খোং সান্দুনা চৎপা ঙমজদে মরম্ অসিদগী পূক্কিং নুঙাইতদুনা মরম্ অসিদদী খঙজনিংদুনা ইমাগী নাক্ত লাকচবনি। মচাগী বা তাবদা নুংঙাইদা পারি ইবুংঙো ইচানা মিৎস্না ইরাচেল্না তৱং লাইজ ইথক হৌনা লাকপদি ৱাগনু ইমানা তাক্কনি।

পারি ইবুঙো মহাক্না হায়রিবা মরম অত্তুদি কোঈনা চত্তুনা থিবা হেক ফ বা নত্তে। হায়রিবা ইবুঙো মহাক্ অত্তুদি অমৎতনে অনিত্নুনা লৈবা নত্তেয়ে, তাইবং পানবগী মউ ওইগদৌরিবা, তাইবং পান্নবগী অচৎ চৎত লেংলি পাল্লিবা লাই হিংচাবা খিবিদমক্কী চংজফমনি,। হৌরকপা উপান অমনা মশা লোংলগা মশাসিং অত্তুদগী মনা নয়োন্ মরু মহৈ থায়দোক খিবত্তনি।

—(O)—

পাল্লী ইবুঙো তায়বঙগী ইচেলনা কনখিবনা নশাল্লু নংানা থঙজদরে। নদোম্বু নদোম্মা কাওথরে পাল্লী ইবুঙো কাওগম্লু। পাল্লী নংগি নশরুক্কি তপথোঁও নোংথোং চিংথোং লাংথোং, মালেম্ লৈরোন তরেং কোল্লৌ অতিংঙাগী শুংদাই ওই রিবা নপাবুংনী।

কোল্লৌ মালেম অনি তাইনাল্লকপবু তাইবং পান কৌএ। পারি ইবুঙো মালেম তায়বঙ পান অসিগী হৌরক ফম মরুদি অমংতনে,। মাহুদি নংনা মুত্তিগী থৌগল তৌজরিবা চীংঙু খোইমোম সিদবা অমাং অতা লৈত্রবা ইবুঙো মহাক্তগী লোংথোকখিবা মশানী।

ইবুঙো মহাক অসিনা অশুক য়াম্বা সায়োন লাংওন অসি শাম্নগে নিংলক্রুনা মহাক্রগী তৌবা ওম্বা মরম থার লৈশেম্বা মপুগী মফমদা হাপপিদুনা ইবুঙো মহাক্না শাম্নগদৌরিবা সাইয়োন লাংওন থৌরম তেংপানবগী লৈরিবা মপুগী লোনচৎ অসি লৈশেম্বা মপুগা তায়বঙ মপুগা লোইননা অথোইবা লাইগী লিক লাইগী শুরোল চারোন মরম য়েংদুনা অচৎ চম্ভ লাই হিংচাবা মুম্বিং-থা থবাই পিচাক পুমনমক অসি থৈবিক শেমহনবদনি।

মরম অসি থঙনা তেংপানবা মপুগী ময়োন ওইরিবা নপল পম্লৌগী ফমলেন ফাংথো, অসিবু তরেংলক কোইরগা নপল পম্লৌগী খুয়ারেন ঙাংলৌ থম্বান লৈঙাং লৈকাবু সোক্না পুনেম্নক্লৌ মালেম লৈথোং নোংথোং কোইবা সকনী। পুমনমক অসি অমাং অতা লৈত্রবা ইবুঙো মহাক্কী সাইয়োন লাংওন থৌবমনি।

—(ʘ)—

বা অসি তাবদা কোঞ্জিন তিংথোকপনা মমাবু খুমরু কনজ্রপা চীংঙু খোইমোম সিদবগী মফম তাম্না লাক্লে। ক্লেপ্তানবা মপু চীংঙু খোইমোম কুরু সিদব। মপুনা কম্বাল ক্লেঙ্গ্জুনা পাই নিপালমকনা কাংহাই থোগল তোজুনা লৈরিবেদা কোঞ্জিন তিংথোকপনা চীংঙু খোইমোম কুরু সিদবগী ফমলেন কাংখোং অরেৎলক হন্না কোইরগা।

মপাল পম্বোগী ভাংলো থম্বাল খুয়ারেনবু পাইজুনা মাক্লেম্ন লৈমাইথক্তা কোংয়াং চৈনা তাবগুম তরেংলক হন্না চরেম্বেৎ লুবাই শমদোং ফোইজুনা ময়া নাপী চিকনা খুরুমজজুনা চীংঙু খোইমোম সিদববু হন্না হন্না পুনেমজে।

মচাগী মতৌ স্তবদা চীংঙু খোইমোম সিদবন হংই; পাবি ইবুঙো চরৈ অতোনবা ইচানা অসী কোয়ৌ নুমিৎ অসিদা ইপাবু নংনা খুরুম লৈপাইরিবা অসিবু মরম করি হুংলিংবা হায়নিংবা লৈবগে হায়য়ু, পারি থোম্মদেন নংনা মরুম অসিদা লাকলিবামীনা কন্ননা তাকপগে হায়য়ু।

বাসি তাবদা কোঞ্জিন তিংথোকপা মযৌ-চাওবা কোং-ক্লোত্তোন লৌথিবনা খুমজথি পম্লো ঈবুঙো ইমারেম্না তাকপনি খুমজথি,।

কোংক্লোত্তোন লৌথিবনা মপল পম্বো য়েংজুনা হায়জথি, হেঃ চীংঙু খোইমোম সিদবা থিরেন ভুংলো মুক্তদগী লাবা লিমাং খোক্সা ল্লমহৌরকপা ক্লেশেমজ্রিংজগী মমাংদগী হৌনা লৈরমলবা ইবুঙো নহাক্কী ময়াথংনা অচং-চক্ত লেংলি পাক্লিবা লাইরুনী হিংচাবা অসি থৈবিকপু শেম্মিজুনা মথল-মথা অম্নাম্না

—(০)—

থৌরম সাইয়োন লাংওন শান্নরিবা পুন্নমক অসিগী মতুং মখোং থৌরককম মরুদগী সনলোক্তনা শান্নরিবা খিন্নু হায়না নয়াখং তাকপিরিবা অসিনু ওমখে নৈত্রেবা পাক চাওরবা তারবত্তা অসিদা কোয়না চৎপদা চাংজো লাম্বা কংত্রবা অসিদা নচানা চংনবদা ইবুঙো মহাকপু নগানা লাম্বা কংগনি হায়বা খওগনি হায়রবা নগাগী ৱাখলদা খলকম থোক্লে ॥

লেংদবা সিদবা মতু মপাল অমতন মখল মথা অয়াম্বা মশা মনা লোংথোকহন্দুনা কৈদোম মরিমক্কা লাংওন থৌরম শামগে, । থবাই পানবাসিংবু পেলহনগে শুমহৎকে হায়না শারকইবা, হে চৌংথু খোইমোম সিদবা য়াইখিরেন পুন্নমক অসি নহাক্কুগী পোকলকপা ওাকনি ।

ইবুঙো নহাক্কী নতিক নয়াই তৌওববু, থৌরম য়েংনা সিনবা থুংনা হাপ্লিদুনা মখল মথা অয়াম্বা লাই হিংচাবা লাই মী তাইবং চৎ-চৎত । থবাই পানবাসিংবু থৌদা ৱায়েন নোংদরবিদুনা শেমবিরবা ইবুঙো নংগী নতিক নয়াই তৌবা ওয়বু নৈত্রিক নৈকা নৈ হি লৈগী মওান কংজনিংদুনা ওাংলো শ্মাল নৈওাং নৈকাবু সোক্লা ওমজবা তাংজ ইকোক কৎনা হয় হয়া খুরুমজরী । থোজানগী মিৎয়েংনা য়েংবিদুনা লাংবন খোইমু খোজানবা নয়খংবু চরৈ কিগাও শানা য়াজরি । তাক-পিবা য়াথংগী মরোং মতুং ইমা চংচগে ওাইজরি নচানা ॥

মপারি চরৈ অতে নবগী খোনথোক খোপ্লেন শুওসি খোনথাং ৱাহৈ তারদা চৌংথু খোইমোম সিদবনা পেনবি-রদুনা মচাবু মাংেম নৈমাইথক্কগী কোনখৎপিরগা পাবি

0—

ইবুঙোং অতোনবা নংদি ঐগী ইতক অরুবব, করম্না খঙ-বনো? হোৌরকপা নপা খঙবনী নহাক্তনি ইপা অরিবদি নংনে পিপা খঙবা নহাক অসি অহানবদা কৌরম্বা নমিংদি কোনজিন ভুথোক স্না কৌরম্মী মথংদা কোঞ্জিন তিংথোকপ: কৌই মালেম লৈশেনভৈবা নংবী চাওই হায়দুনা কোংনৌ-তোন লৌথিবা কৌই ফানখোং কোইবদা পাথং য়োইরেন তোংপোক- কৌরগে। ইপাগী ফবান ফংবদগী লৈনুং লোনজা অরিবা পাথংবা কৌরগে তায়বঙ খুন্দারকপসিংনা খঙনরসনু ॥

নহাকথক্তগী মথংলেংনা শমুথদুনা নিংথৌ পানবা লৈ-পাক ওইরসনু অসি হায়না নোংদমবিদুনা চৌংঙু খোইমোম কুরু সিদবগী স্না তাংবল থক্তা থাংগৎপিরে ॥

পারি ইবুঙো কন্থাল অসি নংনা ফংজব, নমিংনা উং হুং তুও অসি হায়না কৌদুনা নোংদম্বীরগা, খোইমোম কুরু সিদবগা কন্থাল লাংসিনখি। মপারি চরৈ অতোনবব, কোন্দুনা খোইমোম কুরু সিদবনা চুপথরে,। মপা খঙবা মচাদি প্যারি নংনি হায়খরে, পারি নংগী ননিংবু অসিদগী। হৌদুনা নুঙসি কোলোই খোল্লমলগে পাখঙবব, হায়দুনা।

পারী নংগী সলু লাইপক ময়াইদা পক্লিবা অহু করিনো? হায়না কুরুনা হংবদা পাখংবনা খুমজরুই। কমলেন ফাংথোং তরেৎলক হন্না কৌহুরগা মালেম লৈশা সোক্লা পুনেমজবদা সলু লাইপক্তা মালেম লৈশা পক্লকপনি, হায়না খুমজরগা লৈশা কোরুবা তকখোকলকপদা কুরুনা থামখি।

পারি ইবুঙো মুথংথিগনু ইশানা য়েংবদা য়াম্না ফজবে, ... ক্লী সল্লু লাইপক খেরাং য়াইদা পক্লিবা নমশা অসিদী

— (০) —

সাইয়োন লাংওনগী চাদা ম্যাওদা পোইরৈ চাদোন সুদোন ফাওবদা চৎনপথাপ ওইনা, সলু লাইপক ময়াইদা নমশা ওইনা নমলগা-মপু থৌগল চংলকপা মতমদা য়াইফ মথোই তোংনবা ঈহৌ ঈপু সিদবগী য়াইফ ইরাং থৌরম তৌবদা নমসা নম্বা লাই মীনা ; য়াইফ ইরাং তৌরগা য়াইফরোনবু লাওরগা য়াইফ মথোই কাদনা য়াইফা মহৈ মরোং চুম্বা ওইসম্মু।

ইহৌ ঈপুনা মালেম্মু কোক্থক্তা হাপ্তুনা পুথৎলকই মালেম লৈপাক লৈশাবু ইকোক লেংদা থোংনা সলু লাই-পকতা মালেম লৈপাক্তা নমশা ওইনা নম্বাদী ঈপুনা মালেম শেম্বা শকতম্ব ওইগনি।

ঈপুগী থৌজান ফংনবা মুতি মুমিৎ খুদিংগী সলু লাইপকতা মালেমনা নমশা নম্বাদী য়াইফবা ওইগনী, নমদা নম্বা ফুরুপ্পু নহাক্কী চাগোক সলাইনি খঙগা।

নয়াম্বুংগী চেংলৌ শকপানথোংবু সংশং নিংজরবা লাই-মী তাইবংনা পারি নংবু অকাওবা লৈররোই পলেম নমা লৈসিরেন লৈপুনবী লৈমা লেনবীসু পারি নংবু থাররোই-দবনি। নয়াম্বুংগী চেংলৌ শকপানথোংবু সংশং লেপনা খওগে হায়রবদি লৈহী চেনবা লৈরাংবু লেপনা মশক খঙনবা নয়াম্বুংবু লেপনা সংশং থাগোম্মৌ পারি নংনা নপল পম্মৌ শক্লবা নয়াম্বুংসে পুন্নমককী মরু ওইবা লাইনী পুন্নমক অসি মানা শাথৌরিবনী খঙউ।

---

২৪ শুবা মতাং

## পাখঙমবানা ফম্বাল কমদৌনা তোংখিবগে ?

## পাখঙবা ফম্বাল তোংবা ,

ঈহৌ ইপু সিদবগী থৌসিন্না ম্বায়েন পোইরৈ চুমথদ্রে ঐগী ম্না ফম্বালবু নংনা লেপনা ওইখ্রে। অসিদগী হৌদুনা নংবু নিংথৌ হাপলগে॥

ঐগী থৌরম লৌইদুনা লাক্ত লৈপাক্তা চৎলগে লৈখোং নোংখোং নোংথৌ মখোং কোইথিবা লাইগী মশক ওইবা নয়াম্ব অনিবু ঐনা উমদ্রিঙেদা মকম অসিদা নয়াম্বুং অনিনা ল্যাক্লগা নংনা মখোং লোইহল্লু থৌহোক খিবিক হায়দুনা থেমজল্লু।

য়াখিদবা মতমদা ইপা অমুক লাকনি। নয়ম্বুং অসিববু ইপানা মখোই লোইহল্লগনি। করি অমতা কিগনু লৈপাক মরা তপহল্লু অসোই অঙাম পুন্নমক নংনা কুপনা য়েংসল্লু।

ম্না ফম্বাম ফমলেনবু পাখংবদা সিন্নরে। পারী ইবুঙো তাইবং খংদবনু খঙহৌরসনু মুনু তাদবনু তাহৌন্নসনু ঈপাগী পারী ইবুঙো অসি নৌনা কোলোই নমিং থোল্লগে মপা ঐবু মশক খংঙি পাবু খঙবা পাখংবা হায়না কোলোঈ মিং থোনগে, পারী ইবুঙো অসিদগী ফম্বাল থক্তা লেংখংলো। ঈপানা ফম্বাল উরেন মহি চায়রগে।

পাখংবনা ফম্বাল থক্তা ফমজরে মপাবুং য়াখংনা চিংঙু লাইয়াম্না ইরিক ঈকারে, লাইয়াম্না পাখংববু য়াইফ ঈথোইরে হায়না লাওখরে।

—(৩)—

মতুং অদুদা খোইমোম কুরু সিদবনা সনাই লুপ নিপা-লবু পুথোক্নুনা লৈপাক অসিদা মথংলেংনা শমথম্নগে নিং-লদুনা কংলৈ-স্না পুঙময়োনবু মম্বিং মীংহিং তোংলৈবা তোং-নানিক কৌদুনা নিংথৌ পোৎলোই শমপোৎপূ পাথংবা লৈনুং লোনজা অরিবগী মকমদা খুৎসিন্নদুনা পিরে, ।

উংলৌ য়াইবী চৌংগু খোইমোম কুরু সিদবনা মচাগী মরুম খুপনা সুঙাই য়াইফা মহৈচানা সুঙসাংনা মপারি চরৈ অহনবা তেংগ্যানবা মপু শুপলবা মচাবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মদু উবদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা মহাকতগী তৌবা ওম্বা থৌরম পুথোক্নুনা স্না থোংনাং লৈমা হায়দুনা থোন্দুনা পাথংবা মচাদা সিন্নরে ॥

পাথংবনা কম্বান কল্লবদা লাইপুংথৌ অয়াম্বা লাইনুরা অয়াম্বনা লাইমিংথৌবু থৌপন তৌএ কোইনা ঙাকএ।

লাইরেমা তনৌ নোংতারেংবীনা মন্নাইদা থমলে। ময়াইদগীনা কে ক্রে কে থোংএ,। লাইন্নিংথৌনা মোক-মোক থোংএ, লাইন্নিংথৌনা ভানচিনখিএ। লাইরেমানা চেম্থোকখি অশুম তৌনা কৌদ্রেম্বী শামৈ। খুশম লেংশিন্নদুনা কৌথেম্বা কৌথেম্বা কৌনা মতেন ৱাই চাসে কৌ-কৌ থোংচিংলদুনা শাম কুম্মে অয়াম্বা সুঙাইনৈএ। শান্নবা মকমদি চম্বাবা উতোইয়োক উমংদা শামৈএ।

কোন্ত্রিম তিংথোকপা য়োইময়াই পাথংবগী নিংথৌ কম্বাল তোংবদা লাই মরাম লাকপা। শেল্লেই উংলৈ চৌংদা তকুপ পূরৈ চৌংভোম পোক য়াবা কোনখাং লোকতু খোম্নতু লোক

—(৫)—

লেম ল্যানলেম পেরুক পেরাই শম্বা থাংথোং লেমদা শোইদা, য়িপকলেন য়িবাংলেন য়িঙনখাং য়িরাইখাং লাইয়িংথৌ য়িং মরু মাইমরু তরাতরুক্কা চীংশেম্বা ইাইপুংথৌ মাপনমক্তা লাই ষুবা তরেৎমকপু ফমফম থাক খল ওই লৈপু চেপ থাঙনমখাং খোকয়ুং ওই ॥

খুনেং খুদা ওইনা ঊমাং কারন থাংনা বাতেম থিএ, থোইয়োম কোক্লিন তি থোকপা চীংগু কিথুপ অহুম শুবনা থিরেন হকসাং ওইবা লাইয়িংথৌদা থাংজিং কোইরেন পোন্দে পোলাং য়িপুলেন য়ুকোলেন বানশোবী, বাপৌবা চরি শোনবা মরু লাতংবা লাংজেং শেলোই নাই।

শেল্লোই উংলে চীং লোংমাইচীং তকুপ তরেংনা নিংথিবা চীং পুহমক্তগী তোপুনা ফজবা চীদগী অসীবগা লোয়নরকপা লাইগাম। য়াবা ১ কোনখাং ২ লোকু ৩ খোমজু ৪ লোকলেম ৫ ল্যানলেম ৬ পেরুক ৭ পেরাই ৮।

শম্বা থখোং-৯ লেমদা-১০ শোইদা-১১ য়িপকলেন ১২ য়িবাংলেন-১৩ য়িঙনখাং ১৪ য়িরাইখাং ১৫ য়িং মরু মাই মরু ১৬ লাই তরাতরুক অসিনা চীংশেম্বা ঙাকপদগী লাই-য়িংথৌ অসীবগা লোয়নরকএ,। লাইপুংথৌ মাপনা শেকপিন মথোন মাপন ওইনা থৌগল্লি। লাইনুরা তরেৎমক্তা তাংকনগী খুদা থাক তরেৎ ওইনা থৌগল্লি।

লাইপুংথৌনা মৈপুন থৌগল থাঙ-য়েৎ-ওই খল্লি ঙাকম খুদা লাইনুরানা ওই। শঙ্গাইগী মমাংথংবা কাদা বায়েন তৌথি। থোইয়োম তায়রঙ পানবু অমুক চিংথোকপা অমুক

—০—

চিংসংবা, কিথুপ অহুম শুবনা হুকনাং ওইনবা লাইয়িংথৌগী মকমনা।

থাংজিংগী চীংদগী লাকপা লইয়াম থাংজিং কোইরেন ২ পোন্দ ৩ তরানিথোইমক্তা চীংশেম্বা য়িপুলেন য়িদাইরেন লৈকচেং নোংকচেং বানমুবী বানংভৌবা মুংকাংবা মুংজোংবা মথুরোন খোইমোম লাইপুংথৌ মাপন কপু মুংনাং সকাম তোংনা থোয়া তরা-মন্তামক মোইবী অহুমবু খুনেং খুদানা নমথাং খোকয়ুং ওই কমকম কানপে ভওক্ষ মৈপুন চপথও ওইনা মথক থকখন ওইনা মতোম পানকখিএ।

নোংদমখু নোংদমহন্না অহিং মুংথিন থাঙ্গ উন তরুক বাউ তরুক তম মকুয়াইচেন্না লাংনা পুংদিং তমখিএ,। মা কাংওহুরেন কাংখন লাইবীরেন কৌনা মালেম লৈরোন তরেং-মক কোয়ৌ নোংলোন তরেংমক্তা নোংশাবা পোলাং ৪ য়িপুলেন ৫ য়ুকৌলেন ৬ বাশৌবী ৭ বানশৌবা ৮ চরিশোনবা ৯ সরু লাইতংবা ১০ লাংজেং ১১ দেলোইনাই ১২ তরানিথোই অসিনা চীংশেম চীংগাক সেনবা কোইবা লাইনি, অতেম্বু লাই কয়ামুক য়াওরকই। য়িপুলেন ১ য়িদাইরেন ২ লৈকাচেং ৩ নোংবাজেং ৪ বানমুবী ৫ বানঙৌবা ৬ মুংকাংবা ৭ মুং-জোংবা ৮ অসিনচিংবা শীংথাবা ওমদনা লাইকয়ামুকশু লাকই।

লাইয়িংথৌনা মোইরাং মায়গৈগী ময়াম লাকপা অহু উবদা লাইনুরা তরেংতা তোংলম্বা অহু থাদোক্তুনা মোইরাংগী মোইবী অহুমগী মথক্তা খুনেং খুদা ওইনা তোংলে, অহুগা মোইরাংগী থোয়া তরামন্তানা মথক্তা শেকপীন থান য়েংথাও

—(0)—

খল মৈৰুল খোগল তৌৰে,। মোইরাংগী মোইবীদা কমকম ঙাকম ওইনা মনিং তমনা মতোমতগী মথৌনানা পানখি।

অদুগা নোংদমখু ১ নোংমহল ২ হায়বা লাই অনিনা অহিং সুংথিল অমম্বা অঙানবা থায়রে অদুগা ইংথমথা তরুক ওলাংথা তরুক তমলে। মকু য়াইচেম্বা য়াই ওইবা মতম থৌরাঙ তৌদুন পুংতিংবা ৩ তম্বিথরে।

অথোইবা মশক্না থৌবাই য়াইবী পূম্নমকপূ পুদুনা ময়াগী কাওথম্বা কুপ্তুনা লৈপাক মরোন তরেৎমক্তা শাম্বা অদুগা,থোইয়ুম্ব লাইগী মশক লইনা (ময়াগী) কাওথনা মপান্দা নোংলোন তরেৎমক্তা ঙানবা।

মালেম লৈরোন তরেৎ লৈচিনলেন লৈথম লেন খোম-লেন মৈহৌরোন লৈবী তেমচিংনু খমবাই য়ামবাইরক মালেম লৈথন তরেৎমকপূ ঙাম্না নোংশাবা লাইয়িংথৌ থরোং ঈহুনব-গা লাইরেন য়াইবী হুমজাউবগা তেংবাংনবা কোরৌ নোংলোন তরেৎমক লোইরেন খুনবীরোক।

নিংসোং ম্যাওবীরোক মথক থয়ইরোন থানিং লোনবা চীং মহৌ ইবাং ফাই খুনবী নারেংচীং খুংখোং নানৌ ল্যাইথা চরাংলোক লমলেন থাংলা ফাই নোংদোন কোরৌহন নোংথাঙ্গী মপু ওইনা মতোম পানকবা লাইয়িংথৌ॥

পাথংবগী হাকতকতা লাইয়াম ময়াম্না য়াম্না নুংঙাইবা কুম্মৈ অমতা পাম্নসি খম্নরকপদা প্যাথংবনা হৌদোকএ,। ল্যাইরেম্বীগা লাই নিপাগা হিয়াং তাম্নসি হায়না হৌদোকলক্কু-না লাই মুপীগা লাই নিপাগা হিয়াং তাম্নরে।

—(0)—

হিয়াং তাম্নবা লোয়রগা লাই নুংশী লাই নিপা থোরি চিংনবগী মচুৎতা পৌচিংনরে পৌ-চিংনবা নোংরগ সগোল কাংজৈ শান্নবগী কুম্মৈ অসি পোরম পুন্নমক তাক্লুনা মীচং খায়দুনা মখোই মশেন সগোল কাংজৈ শান্নবা হৌরে॥

কুম্মৈ য়েংবা লাই য়াম্না অচুম অরান ৱায়েনলে, অয়েং লাইগী মমিংদি চিতা সেংলংবা, হুপ এবা চিনাইবা চিয়োং চিজাওবা চিয়োং চিপুংবা চিয়োং চিনাইবা চিয়োং চিবাকপা চিয়োং চিশাংবা চিথিয়ারংবা, লেংজাওবা চিয়োচিপাকপা চি-য়োং হায়নাইবা অসিনা চিংবা লাইয়াম্না ৱায়েনলে; ॥

লাইয়াম্না শান্নবা কুম্মৈ নুঙাইনা লোইশল্লকপা মতম ওইরক্লে। লাইয়াম্না নিংসিংলুবগা ৱাথলগী মতুংইন্না নুঙাই মাপাল শাখরে। কুমজা মতম কুইখরে মালেম লৈথোং নোংথোং কোইখিবা হল্লক্লোই হায়নরে,। লাইগী মরুপ পুন্নমক কুইথরবা মতুংদা সাইয়োন লাংওন কয়ামুক পুথোক্লুনা শান্নরকপা লাই নিপালমকপু মাইকৈ নিপালগী নিংথৌ শেম্বীদুনা লৈপাকপু হান্না শেম্বীদুনা শাগৎতুনা পাল্লক্লে॥

মতম অদুদা অতীয়া সিদবগা অসীবগা অনিমক্না পাক-চাওবা মালেম থোংজি মরিমকপু থুনা মাইকৈ চিংথোক নিপালমক শুংতাঙ্গী তরাতরুকমক লৈথোং নেংথোং তরেংলক হন্না কোয়রগা হৌরকখম মউ থিবদা থঙ্গদদুনা অহানবা নোংথোং কোয়বা হৌখিবা লাইকম লেন অদুদা লম হৌরকপা মকমনি থুংওবসু মওোন্দা লোইহবনি।

অদুনদি হয়েং তাইবং খুন্দায়কপসিংনা থওনবা মমিং থোক্লমগে। লম অনিস্পী তায়নবা পুওনে, লম তাইংও কোয়স-

— ৬ —

তো অসি হায়না মিংথোল্লগা, নোংখোংঙম্বানা মালেম লৈম-য়োন লমলেন অসিগী লাইমা থবাইপানবগী হৌরকফম মউ মথোং থিবাসু উবা থঙবা ঙমমক্তে।

লাহান অহানবা লম হৌখিবা মফম অসিদা হম্মা হম্মা খুঙুরি লঙ্গ নিপাল গুরে, অচুনদি করি থোকই॥ পাওতাক খুদম অসিনা তাকপদি মফম অমৎতদগী থোকখিবা হৌখিবা ওইরে লাইমা থবাই পানবগী হৌরকফম মউ থিরু হায়না নোংদমবিরিবা পঙ্গো চীংঙু খোইমোম কুরু সিদবা অসিদগী থোকখিবা সাইয়োন লাৎঙন থৌরমমক্তা ওইরেদনা॥

মালেম লৈমরোন্দ লৈরিবা থবাই পানবা লাই মীসিংগী মউ মরু হায়বা অচু ইবুঙো মহাক ওইবা তারে, হায়দনা নোংখোং ঙম্বানা হনজিনবগু ইবুঙো মঙোন্দা হনজিনগদবা ওইরে হায়না খঙজখি, মালেন লমদম অসিগী হৌরক ওই-রকলিবা পূম্নবক অসি কোইনা থিবা চংলুবা অসিদি অরেম্বগা ইপুন মুঙসাংগী মতম মাংনবা তারেদনা হায়না মরু লুবা হনবায়রক্লে।

অসাইগী নোংখোং কোইখিবা মম্বা অনি অচু থুং লকএ। অতোনবদি থুংলকয়োইরে হাংএ। কুরুনা মৈপাক মপূদি মানে হায়এ। লৈঙমএ লোইরেন কৌএ। অচুদগী কুরুনা থিংক্রু চীংদা কারকলে। কুরুনা হায়এ অহনবা নংদি ইপাগী ফমদা ফমলরো, হায়রুনা অতীয়া সিদবগু ফমহল্লে। মাইম্বা নংদি লাইগী মফমদা লাইয়ামগী নিংথৌ ওইনা ফমলো হায়না ফমহল্লে।

লাইনিংথৌনা অহানবা কৌক্রুকৌদ্রিজেদা অতাং কৌক্রগা,,

—(৫)—

খুন্দা অহানবা অথোইবা লাইয়ামশী নিংথৌলেন লাই-য়িংথৌ ইবুঙো, শেনত্রে লৈনিংশাগী থিরেন উংলৈ চৌংগী লম্নহোৌরকপা কোয়ৌ নুমিৎ শীংবুম তরেৎমকপু হুইবিরকপা লাইয়িংথৌ চীংঙু নরোই নাইনরি লৌতিম্নরকপশিংগী নিংথৌ ফম্বাল চিংদা থিরেন উংলৈ নুংগী লৈহৌ য়াইমরু অহানবা অতিংঙা কোন্নুং য়াইবিরেনগী হুমজাউ,নবা খোইমোম মরোই নাইবু হাম্না চাকলীক মশানথা নোংথৈ মউঃ লিংবা থৈঙ খোকতাংবা ওকলিব্রাই চৌংচাখুনাপাকপা পাল্লিব্রাই পামেন উ থম্বাল হৌরিব্রাই পম্বেংলে।

তকুপ তরেংনা লৈবা নোংদোল লাইরৈপাক উংলৈ কৌবা অকনবা মুংশিৎকী মরক্তা লৈবা চীংদগী হৌরকপনা মালেম লৈপাক্তা শান্নরবা লাইয়িংথৌ নুমিৎ চয়োল তরেৎ মকপু থায়না শেম্বীরকপা খোইয়ুম লাগ পুন্নমকপু লিতিমবা লাইয়িংথৌ নঙগী নপাং মতুংইন্না লোইনরকপা খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা কৌক্রু চীং কোন্নুংদা।

সনা ফম্বাল থিবদা উংলৈ কৌবা নুংশিংকী মনুঙদা লাইরৈপাক কোন্নুং লৈরমলে। মালেম লৈপাক্তা য়াইমরু ওইনা অহানবদগী হৌরগা লাইরৈপাক কোন্নুঙদা মদোম পানফবা লাইয়িংথৌ।

থব্রাই পালকপা লাই-মী অথোইবাশিংগী য়ুমচাও ওই-নবা লাইয়িংথৌনা লোইনরকপা লাই মীয়াম পুন্নমকপু মাংথানা অহানবদা থারকতুনা ঈলিক মপাল থাইনে থোমউঃ লিংঈ হায়বদি ঈলিক থব্রাঈ অপিকপা অদু থারবদি নোংথৌ হায়বদি

—(৩)—

হুকসাংগী মউঃ লিংথংলকই। হাৱবনি, লাইয়িংথৌনা লাই-বী পুন্নমক লোইনরক্‌না কৌক্র চৌংদগী লাকপদা লম-খাংদা থেউ পাম্বী থেংনৈ চীং চাথোং নাপাকপী লৈরম্মী উ-খম্বাল পাম্বী হৌরম্মী।

অম্নুম লাকপনা মালেম তম্বাক অনেম্বা লৈবাক লৈমাই থক হেক য়ৌবদা থোইয়ুম লাইগী মশক অপুম্বা পুন্নমক হুকসাং থবাই পানবা তারবগ মশক অময়ম ওইরকই। অম্নুম্বা মালেম তম্বাক য়ৌরকই। কোরৌ মালেম তায়রবগ অহুম্মক্রী লাইগী নিংথৌ লাইরৈপাক্কী থোইয়ুম লাইয়িংথৌ লাইগী নিংথৌ অথোয়বা ইবুঙো মহাক্না লাকপদা।

মপম পম্বৌ চৌংগু থোইমোম কুরু শিদবগী ফমলেন ফম্বাল থক্তা মনাও ইবুঙো কোংলোতোম লৌখিরনা ফম্বাল থক্তা ফম্বা অহু উরে, সংশংয়েংসল্লকপদা ফম্বাল থক্তা ফমদুনা চোংশেকশিন থব্দুনা লৈরম্বা অহুম্নু অমুক উবদা ফুহিং অশিবা নেংথোং ওম্বনা মনাওবু পুক্নিংদা তাংখিরে সাওবনা ওমখৈ লৈরকত্রে॥

## নোংখোঙ ঙমবনা মালেম কমদোন চেপপগে

# নোংখোং ঙমবনা মালেম চেপপা

কম্রিনো ? হেঃ চৌংথু, খোইমোম কুরু সিদবা ঐবু মালেম লমদম অসিদা লৈরিবা পুম্নমক অসিগী হৌরকফম মরু লেমফূ মন্তঃ মশা পুম্নমকপূ চিংথবা লৈতনা খঙনবা থিরু হায়দুনা কোইনা চংহল্লবা তদুগা ইতুংদা নচা অতোনবদা নিংথৌ খুভম সিন্নরম্বা অসি তঙকপনিদা ঐ অসিবু করম্বা ঈরাল লৈরদুনা পম্মোনা মুঙসিবিদবনো ;

ইনাও অসিবু নিংথৌ খুভম পিগে হায়না তানবদা য়ারোইদবা নচা নংতেকো; পম্মোনা ঐগী ইতুদা নিংথৌ খুভম পীরম্বদি কৈ লৈবাক অসিদা পানবা ঙমত্র য়েংগে। মা অসি হায়দুনা চৌংথু খোইমোম কুরু সিদবগী মনাক ফৌরগে হায়দুনা মনাওবু তাংথিনা অথা মিংয়েংনা য়েংলম-লগা।

ফুহিং নোংখোং ঙম্বনা থঙগনি ঈগী ঈকোক্রা ইথাঙ্গ লাল লুংভিদা ঈনমইদা ঈথৌ ইতিকনি, সাহৌ ইতি ক্কথুপ ঐহাক্কি মাইগৈ মরুং খোমগে য়েক্লা হারুলৈন লমগনগে,মিংয়েং লিকোন ফংনরম ইাত কওলাং ফুদোকলম তুজু ইখিক সব ইলম

—(০)—

ইহি ইয়োক কোম্মি। ইতম তম্পাক পামলৌনি। তুদৌ ময়াই খ্ৱাংচেৎনি ॥

তম্বা ঈথৌ য়েংওইনা লৈথক হিম্ৰি থোম্মা মালেমগী ফোইনা নাপী ৱাখল ফৌইহনগে, চেনথরম- মরু হনগৎকে তম্বা ঈথৌ ঈথোইবু ঈতিকপূ লাললোই, সৱাই খংদবা, মৈরি মৈশা লান্দাগে, ইয়োক ইহিনি খঙগনি; ।

অসিগী পাওরোন পাওসিখিবা মিনম্ ইহি ইথাঈথি। নিপা ওইবগা তুজুং লাললোই পিগে, চেৎনা চুকখোংলাল লোয়গে, খঙগনি, নুপা ওইরগা খুরক থেক্লা, হেকমাই নাপ লৈথেৎকে অসি খঙনা ৱায়েনগে, নোংজ খঙনা ৱাতেমগে ঈথোং পোরৈনা মালেম থুংলবদা তম্বা ইৱাক চমখিবা লাথেক লাকোন তম্নরম চিংমাই ইপাক ইঙাংলম উমৈ ভুনা ৱা-রোন থৌসি চৈম্থ চুকখোং কন্না পাওজেল চেৎনা ঈথৌ ইঙম পানথুংগে, হৌফম লোইফম খঙলবদা য়েকসোই নাউন মপুং য়ুমদিন লমগে, হায়রমলগা চৎখীরমই

ময়াম্বংগী অসাওবা মিৎয়েং অচু পাখংবনা থাপনা হেক উবদা পাখংবগী মশা অদু থক থক নিকলক্লে ॥ ঐ মাংবা তারে, সিবা তারে, হায়তুনা প্যাখংবনা ফম্বাল লাংদগী চোংথতুনা লাইরেম্বী নিপালগী মকমদা পাখংবা চেনসিল্লক্লে।

মাতুদা লাইরেম্বী নিপালনা থুংশম্নহতুনা মথোয়না কল-বিগনি হায়তুনা পাখংববু ময়াইদা থমলগা ৱাহৈনা পুমান ভোদুনা ইশৈ লিরোন শকলকই ঈশৈদি কেক্রেকে মোক মোক য়াংকেল শমপাস্যাও স্যাও তোকপগা কাম্বগা কৈগা

—(৩)—

য়েনগা য়েনখোং কংতে চাসিল্লো লাইগী য়েনবি চাকদে, সংশংদ্রো শংদ্রো পিনে শংদ্রোভাঙ্গ ঋায়নৌসে ঋায়নৌসে চয়ো লাংয়ৈ ঋায়নৌসে। ইসৈ অসি তাবদা।

মখোই অসিনা ঐগা পাংবগা ছেকথেংনবা য়াদ্রোইদৌরি মখোয়না খামত্থুনা তোকপা তাদ্রৈ তৌরুবরা থবকনিনা শুমদনদি তৌল্লারোঙ্গ,। ঋা অসি থন্দুনা খোংখোং ভম্বানা লৈবাক্কী সেকনিংদা চোংখিত্থুনা মঙ্গী ক্রুগী ময়াই অকলবা পাঙ্গল পুথোক্তুনা মশানা লাই অচৌবা ওইরে মখোং য়েংনা থাংছি শাংঙোঙ্গ চৌংগী চৌংদোন্দা নেৎ-মখোং ওইনা কংলৈ স্না পুঙদা নেৎ-কংলৈ স্না পুঙময়োন আলেম লৈবাক পুন্নমক অসী মথক মখা ওন্দ্‌না মাংহল্লগে থৌরাংলক্রে।

মতৌ অসি উবদা কোংলৈতোব লৌখিবনা খল্লী কনাগুম্বনা ঐনা নিংথৌ ওইবসিদা তাখিত্থুনা মাংহল্লগে থৌরাংলবনো ? অসি হায়ত্তনা লৈপাক্কী চিন্না ঙরিমক্তা নোংথৌ পায়না মিংপাংনা উয়না য়েংলকই নোংথৌখক্তা থৌরাংলিবা অদু উবদা কোংলৌতোম্না হায়খি মমিংশু খুরাঙ্গ তাংবা সোংবু চিরাঙ্গ কাংবা থোল্লক্রে॥

পাথংবনা ঙ্গয়াম্বুং ইবুঙো হৈন্না ঙুস্থ হৈয়া ছুম ইহি ঙ্গয়োক কোন অস্থপ্না হৌবা লোয়বা ঙ্গথৌ ইকান ইবুঙো থোয়ুম সিদবা নহাক্না তুমিং থা লেপলি অমম অঙান থায়রি নোংথায়গুম থায়রিবা নোংলোনগুম লোললিব লৈচিমগুম সিললিব, লিক্লাগুম খিকলিব মালেম লৈংরোল পুন্নিব য়েনৌ মকা ছুনলীব, মরুংগুম কাদ্রিব মকেনগুম য়ৈরিব তুখুন হচেল

—৩০—

ইচিক লৈখক লৈথা খুরক লৈকা চল্লীব মারো মিংয়েংনা মৈরা মৈচাক মৈচম্বা কুবি মিংয়েংনা ইরিক ইচুম চুমদরে৷ তুথুনা ইচেল লমথুংবা ইয়াম্বুং ইবুঙো।

পংলরা ইরিক ননাওনি নাওক্নে মদাই পলেমগী লাইক ওয়োং নুঙশী থোয়াং মনম কোকত্রিবা অঙানবা খঙজদ্রিবা ননাওনি, ইয়াম্বুংনা শেম্বনি ইয়াম্বুংনা শাবনী ইয়াম্বুংনা সিনবনী,। ইয়াম্বুং ইবুঙো ননাওগী ইরান পুম্নমকপু ইয়াম্বুং ইবুঙো নংনা কোকপীয়ু হায়না কোংলোতোম্বা থুকাং চেপনা লোমহুনা হায়জখি॥

মরাই লুরা খুরুমজহুনা হেঃ ইয়াম্বুং ইবুঙো নোংমলেন লাই অচৌবা ননাওনা থোংনেৎ ফমবু লৌহুনা হায়জরিয়ে, কঙাওম্মা থোঙ্গেন থোক্না ময়াম্বুংগী মমিংবু হো থাংজিং হায়না কৌরক্লে॥ য়াম্বুংনা মতৌ অহুম তৌবিরবদি নন্নাওনা লৈবাক অসিদা করম্না পানবা ঙমগদগে ? হায়না লৈপাকী লুংকে অনিদা লেপ্তুনা হায়জখি,॥ মহ লৈবাক শেম্বা লাকনকা নুঙদা চংজরি থৌজাল পিনবিয়ু।

মনাওগী মা অহু তাবদা নোংথোং ঙম্বনা অমুক হন্না সাওংহুনা অকলবনা তিল্লবা প্যাংগল পুথোক্নুনা লৈপাকপু থুনা মাংননবা থৌরাংলক্লে।

কোংলোতোম্বা ময়াম্বুংগী অকলবা অহুউবদ তৌনিংঙাই লৈতহুনা পম্নো থোইমোল্ কুরু সিদবওঃ কলবিয়ু হায়না হন্না হন্না কৌরক্লে।

কুহিং নোংথোং ঙম্বনা মালেম লৈবাক লৈময়োন্না, লৈমাই থক্ত লেপলগা মালেম মথক মথা ওনলগে মাঙমগা॥

—(০)—

হায়দুনা অশাওবগী বাখলনা চোংঙকপদা খোং য়েংনা থাংহি ভাংঙোহি চাংদা নেংলে, খোংওইনা লৈপাকী মরু সুংকেদা নেংপদা মালেমগী অরোইবা অমৈখে লৈপাকী খোংজি মরিমক নানখোক্রে ॥

মপাবুংগী লৌনমবু খংলব্রবা মতমদা কোনসেন মক্ত মৈবুমা মৈরা হৌখরে, মান্নল হাওকপ তৈনা মালেম পুঙম-য়োম্দা খোশারক্রো ফুহিং নোংখোঙম্বনা পাখংবগী মথক্তা কম্না লানবু তৌথরে মালেম চেপপা হৌখরে,।

ফুহিং নোংখোং ওম্বনা মশানৌ পাখংবকু চিংনা মেংহুনা লাপনা হায়রকই ঈসানৌ কম্বি থংদবগে সানৌও ঐনা সিনবনী হায়বা ইখোং পোরৈনা নোংখোং লৈখোং চিংখোং লাইখোং লৈথক লৈখা থুংলবদা ঐনা সিনবনি হায়বা থংক্ত ঈসানৌ শামী লৈসা কোকত্রিঙে থৌসিন মপুং লেপকরোই ঐনা শেম্বা মালেম তাইবংনি তম্বইনিংনী, কাওম্বরা, তম্বইথানি নিংত্রবরা-হুনম ঈথাইগে,। ইচাম ইথোকইগে লৈথক লৈখ মালেম উচুক সংকে ময়োন পায়না নোমগে,।

মথক মথা-ওনগে নৌনা লৈশেমগে মীশেমগে, হুম-হুম হুংউং হায়না মালেম মথক মথা ওনগে খোরাং তৌরকপা মালেম লৈরোল তরেংম্রক্রা নোম্না হায়না খাংনা লৈরিঙে।

ফুহিং নোংখোং ওম্বানা কংলে পুঙময়োম্দা খোশাহুনা খেক্লা নৌকপ্পা মিনোক্তগী তরংনোংলোন কাওহুনা নোংলোন থকী অপানবগী মরুপ থকতোক্নুনা চায়নরে ঈশিং ঈরং হোবনা মকম মফা থঙনদ্রে। অচং চংক্তা পুন্নমক থরক থরক মিকু...

—(0)—

থরে, লাইগী মরূপ খিবিরূ মাংগে মাংলে হায়নরে, মালেম্ব লৈপাক লৈশাবু মথারোমদা চেপথরে। কোনসেন সনা মৈবুল নোংখোং ওম্বনা মালেম লৈপাক লৈশাবু মথারোমদা চেপ লক্লবদা লাইয়াম্না মফম মূক্ষা খংদনা লাইয়াম্না কাওাওননা চেল্লকতুনা পাখিংবদা পাওকৎলরবদা।

পাখংবনা চোথে চমাই নুঙদা কাব্রং লংলন তরেংনা পুনদুনা খমলবা থাং কুক্লেং মিরাংথাং কুরূনা য়েক্লবা লাক্লবদা সিজম্নৌ হায়দুনা পিরম্বা থাংদি নপা থাংদি কানাইবা নপু থাংদি চিন্নাইবা থাংলেন থাংদি তোলোম্বা মম্না লিশিং ৩২-পানবা থাং মনিন্দনা তুপপা থাং মালেম তুম্না থাং-থাং অসি পাখংবনা চোথে চমাঈ নুঙদগী হেক শংতোকলকপদা ময়াদা মৈ ফিরি ফিরি হৌবা—থাং অসি হেক হায়গৎলকপদা, মালেম পুন্নমক মৈতনা পুমঙাং ঙংলক্লবদা।

ময়াম্বং ফুহিং নোংখোং ওম্বগী মশা অসি লৈকম খঙলক্কতুনা নোংথৌ মতোম্দা কাখিহুনা লোইতাম থাজগনি তিল্লুক ওইহুনা শকতম অমত্তা ওইনা হায়রমই।

তেংবানবা মপু হেঃ নোংদম অহানবা নচা লাংঙোল শমথবিরগা অচান মিরাই ন্নাইনা নোংদম্বিবা লৈপাক অসিদা স্তুঙাঈ য়াইকনা পানবিহৌরো মথং লেংনা নোংদম তৌঙমদব অসিদি লৈপাক অসিদা পাল্লকপা তাইবংশিংনা খঙম্বা পম্লোগী খুয়ালেন নাপা থোংলেন খম্বাল লৈঙাং লৈকানা তমজবা নখোংখাদা বাহৈ থরদংমি কচ্চরমগে,

মপারিগী থেংগ্রেন অসি তাবদা কুরু শিন্দবনা করিনো?

—(০)—

থৌথোক অসিদী কৌরিবা অসিদী পারি ইবুঙো ইচানিনা মাংলেদনা মানা শেমজবা লৈপাকপু মরম করি লৈদুনা মাংননবা হোৎনবা ৱাখল তৌদুনা কুরু সিদবনা নোংখোংগুম কপলক্লে॥ থাংনংদি ঐঙোন্দগী থোকখিবা থাংনি-থাংনং পাখংবা নত্রা থাংনং হলজল্লো থাং অদু পাখংবগী চোথে চমাই সুঙদা হলজলগ্রবদা,।

---

# ২৬ শুক্রপা মতাং

## নাওথেমলোন হায়বসি করিনো ?

( নাওথেম লোন )

মপারিগী খোঞ্জেন অসি তাবদা কুরু সিদবনা করিনো: থোথোক অসিদী কৌরিবা অসিদী পারি ইবুঙো ইচানিনা মাং-লেদনা-মানা শেমজবা লৈপাকপু মরম করি লৈদুনা মাংননবা হোৎনবা-ৱাখল তৌদুনা খোইয়ুম কুরু সিদবনা—নোংখোংগুম কপলক্লে,—॥

থাং নংদি ঐঙোন্দগী থোকখিবা থাংনি-থাংনং পাখংবা নত্রা-থাং-নং হলজল্লো-থাং-অদু পাখংবগী,—চোথে চমাই সুংদা হলজলগ্রবদা,।

খোইয়ুম কুরু সিদবনা মপারি মচাবু য়েংদুনা হায়রকই পারি ইবুঙো ইচাবু ওসি কৌবা অসিনগী লৌরদুনা পারি ইচাগী মিংলেনবু কৌবা মরু থোল্লমলগে,—হায়রদুনা সুমিৎ অদুদগী কৌবা মরু কৌথে,-অসিববু,—।

—(0)—

অতিংঙাকুরুসিদবা লৈরবদ লৈমরেন চোংথোক্লে। লৈমরেন উবদা কোননেন তুরৈ সংবনা মিকুপ অমগী মনুঙদা কুম তারানিথোই চেল্লে, লৈমরেন মশাদগী লৈমা তারি তরেৎ পূথোক্লে,—। মাইকৈ পুম্নমক লৈমরেন ঙাহাক্তা ঙাইথে, ॥

পাখংবন ফম্বাল তোংবা অসিদা ইনসিন লম্বা অসি কনাগী থৌইনসিন্ননেঃ নুপ ওইরে-তালোইসিংদা চলগে নিপা ওইরে চাইনা থোক্রেন—হানাগে হাঙ্গিবা অদু লৈমারেন্না ইনসিনবা থৌইনসিন ওইরম্বদগী লৈমরেনবু উবদা চেলবনী, ।

ময়াথং মতুংইন্না মাইকৈ নিপান্দা লৈমরেনগী, লৈমরেন ঙাহাক্তা ঙাইরকলবদা মমা লৈমরেন্দা ইকাইবা ৱাহৈ হাইরুবদগী লৈমাংনবু উবদা কোননেন তুরৈ সেংবা—মশা অদু লৈফম খংদনা মচেং-মচেৎ-সিদোকলে,-মচেৎ হুম্ফুমরি (৬৪) খাইদোক্লুনা সিদোক্লগা চেলগে,—।

অতিয়া সিদবনা লৈমরেনদা মচা কোননেনতুরৈ সেংববুকৌ হাঙ্গরবদা লৈমরেন্না মিকাপূংদা কারগা-মচা-কোননেন তুরৈ সেংব বু কৌরক্লে, ।

কোনসেন তুরৈ সেংবা অসিবনা মমাগী থোঞ্জেন তাবদা মিংনা কুপ্পা অমগী মনুংদা থোংজি মরিমক্তা থুংঙারে,-আক্লা মাপন (৯) মক্তা তাংদুনা লৈমরেনগী থোইখা থুদোন অনি মথাইদা নাওবরেন সিদবা লৈরিবা মথক্তা-থানা মখুম খুম্মীবাগী মথক্তা লিকলাই অঙৌবা মিরেন সিদবা অসিবনা ফম্লগা মথক্তা নুমিংনা মখুম খুমলগা লৈরিবা অসিবনা লৈমরেনগী-থোইখা থুদোন অনি মথাইদগি মিরবা থোনজেন্না খুমলকলবদা,—।

—(0)—

মপন পম্মৌ চী'ঙ্ কুরু সিদহনা মপ্যারি অসিবগী মিংলেন অথুপপ:বু হাঙ্গৈরদ্রুনা পারি ইবুঙোঃ চংবা মনিক নহাকপু ঈপাগা চিরেন ফম্বাল ম্বাবু পাওরোক মাসী,-লৈমারেন ফম্বাল ম্বাবু পাওশানাসী,-। পারি ইবুঙো পুন্নুঙ শোঙ্গৈ হিওললৈ-লৈরাং পাশানখিসি ইপাগা পম্মৌ ঈনা ঈফাং নাইনা-চেলবনা ঈরোং খাই অনি থোকখরে,-পারী খোইজেল-খোংফাংলবরা-পারি ইবুঙো পম্মৌ ঈগী ইচেলবু সাইয়োন-লাংওন কয়া ওনলকপদা কাওরবরা পারি শানৌ,—পারি নংগী নপন ঐশে তেংপানবা-মপু নংগী লাংওন তারা মাথোই শুরকপা ঐনী,— ॥

হে: তেংপানবা মপু নহাক্তনা শানারকপা লাংওননী, হে: পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঈপারি অহনবা,-নশানৌ পাথংবগী ফম্বাল অসি পিথরবা ফম্বালনী,-হনতোকপদি য়াররোই-ঈপারি নংগী ফম্বালবু মরাং কাইনা লৈরীয়ে, ননাও ফম্বালদী অম-তানী,—ঈপারী নংগী ফম্বালদী, মরাং কাইনা লৈরিয়ে,— মালেম তাইবং পানবা য়ুম্মুং ফম্বালবু নংগী ওইরে খঙগনী,— ॥

পারি নংনা লৈসিরেন লৈপুনবীবু তালোইশিংদা চলগে হাঙ্গৈবা অদুম্ন অচুম্বা ম্বাহৈনি লৈমারেন ফমথোল শকমান-নবী ঊমা ম্না লৈমারেনবু-পারি নংগি ওইরে খঙগনি,— ॥

মতাং অসিদগী—সাকোক—থিরেন লাংবুম হায়বা "পুন্না" হুক্ক্ মরি ( ৬৪ ) থোকখি বসি—মুংসিং নিঙ্কু মাপম্না ( ৪৯ ) না কংলা নোংলৈ য়াংদা সিংলি হাঙ্গৈরিবা মুঙসিং অদুম্ন কোনসেন তুরৈ সেংবনা মশা সিদোকপা—মমিং অসিবা থোলাখিবা অসিদগিনী,—॥

—(0)—

পারি ইবুঙো চরৈ অহনবা লাও ইপাগা অমুক্তদি তিল্লুক ওইখিসিগবা কংলৈ পুংময়োন অসিবু ইপা ইচানা অমুক্তদি করোং খুংকুম নোংদমমিন্নখিসি,—। ইপানা ননাওগী মফমদা মিংথোল থোন্দুনা নিংথৌ খুভম পিরুবদি ননাওনা-তেংবানবা হৌরকফম-মরু থঙজবা হানখিবনা-মমিং লৈনুং লোনজা অরিবা পাথংবা হায়না মিংথোন্দুনা—নিংথৌ ফম্বাল সিন্নবনি শাও-রগনু ইপাগী—চরৈ অহনবা ইপানা ফমলেন লুচিং নোংদমগে।

নপন ঐগা অমুক্তদি লৈরাং পাশানখিসী ইচাগী চেংলৌ শকপান থোং অত্নু-সংশং মাইয়োকননা তাংবাল অমংতাদি ফমলেন লুচিং বারি শ্নানাসীলাও।

বা অসি তাবদা অসীবনা হায়রকই-করন্না পঙ্গৌ ঐঙোন্দগী মহাক্না হাল্লপ্পা চংসি হায়বা মতমদদি ঙম্মোই হায়না লৈহৌবা মহাক্না ঙসি পঙ্গৌগী-ফম্বাল মথক্তা লৈরম্বা অসি নচাগী থম্মোই—মথক-মথা-ওনবা পুক্নিং বাফম অসি নচা ঐগী মরাললা পঙ্গৌ?

মচা অসিবগী-বা-তাবদা অতিন্না সিদবনা হায়রকই—। পারী চরৈ অহানবা ইচানা মালেম কোইবা-মরু-মথোং থীবা চৎখিৈঙদা,—। ননাঙনা পুকহং পাওহং কনজবদগী নমা লৈশিরেন লৈপুনবীদা, হংজবদা পলেম নমানা তাকপিন্নুনা কোইনা থাপ্না চংলুদ্রে,—। নমানা তাকপিন্নুনা শংজবা হানখ্রে,—পারি ইবুঙোঃ—।

মপন পঙ্গৌ চীংঙকুরুসিদবগী বা অত্নু তাবদা লাই-ম্নিংথৌ অসিবনা হায়রকই-। ঐবু মাংহনগে ভৌবদি ইমানা ভৌবা খজিন ওইরে-ফৈ-খঙগনি অসি হায়না মালেম উনকোইন্নুং

—(0)—

পলেম মমাগী পিবুক নুঙদগী চোংখোক্লুন পলেম মমাদা সমু মাইয়োক্লনা ওনসিনলক্লুনা অশাওবা ম্বাবু ঙাংনা মমাদা হায়খি।

মচাগী অশওবা অহু উবদা অতম্বা সিদবনা মপারাবু য়েংহুনা হায়খি,- পারি ইবুঙোঃ অশাওবা ম্বাহৈ ম্বাখল্ কয়াবু পারি খোইখাদা লৈতানা থমখোঃ হায়না খাম্খি,-। চীংগু খোইমোম্ কুরু সিদবগী খোজান ফবদা অসীবগী অশাওবা পুম্নমক কোকখি,-। মম্বাগী মকমদা লংজখিবা অহুগী ম্বাবনা মিংম্না থম্বাল্ লৈকা মানবা লৈনা নুঙদা তরং-লাইজ ইরাচেল্ খুদাং পকম তৈহুনা মাংলম লৈমাই থক্লা ওম খোইনা কপ্লুনা লৈরক্লে—। মচাগ নুঙাইতবা অহু উবদা ফুহিংসিবু য়েংহুনা সরারেম্না হায়রকই,-। পারী ইবুঙো নশাবু নহাক্লা থংদবনা নপুক ওনলাংবনি পারি নহাক্তি হৌবা লোয় ! নহাক্লী, তারু তারুবনা নয়ুম নশক্ল তরং হিরেন হোল্লিবা,-ইপোম ইকা-থংলিবা, কয়াং কাংলেন সাথোব,- ইপাকথক্লা ফুরেন পুরনবা,-। য়াইবী কোনগী মপুথৌ,- য়েনৌ লায়োন পাইরিব,-কোনসেংম্না পিবারেন,- ম্নামহি ঙৌবরেন,--। ম্না কম্বাল মহিরেন,-, লৈরক মাথোবম্ পারিনী,-। সৈখাং পোলিবম্ পারিনা,-। কেকু হায়বম্ পারিনী,- ফোং-ফোং হায়বম্ পারিনা,-। লায়োল লাং তনৌবা অইকোন সৌরেন কোলেনবা, ম্না তিংলিরেন কৌবম্ পারিনী,-॥ ইরিক্ ইচুম ঈথৌনা নাওয়েং ইকাম্না মরাক ময়ুং তখলিবা,-মফেন সিংচেপ য়ৈরিব পারী নংনা

—(0)—

সেম্বজ-সাজ-মঙান মনিম্বা ওলাং পাংচু ইৱিক্ অহোঙ্গ নৱবৱা ভুবী, তিম্বা থদৎলগে নিংলবৱা পাৱীহন্-॥

লাইজা ঙ্গলোন মুঙদগী হোনা ইঙারেন ফিদম লৌনা,-নোং থোং চিংথোং লাংথোং ভুথোং লোক্লম্ লোকয়া, লমখোই লময়াংবা, মী-কোক সয়াম্ সেল্লিবা, ল্যাথেক্ লায়োম লাৱোন চোংথাব য়েনৌ হেনৌ সাথৌ কম্বা থৌৱিবা,-ম্বাইগে মৱী কাৱন্ মৱী য়াৱৌ নিপাল্ হাৱৌ তৱাগা তৱুক,-মালেম লৈৱোন তৱেৎ কোৱৌ অতিয়া শুপ্পা সাথোং লৈশা পাইৱিব,-চুপ্লি পাইনা ৱায়েল্লিব,-চৈথা পিন ৱাতেম্লিব, পাৱীহন,—॥

ইৱিক ইচাই লাইজ ঙ্গশিং খিকফেম্বা ইৱিক্ ঙ্গথৌদা নাওয়েং-ঙ্গ-ইকাম্বা পৱিং লাংসিং তম্লি,-উকা ম্বাইথোং সান্ নোংপোক থোয়ৱা য়াল্লিবা, ইবুঙোঃ,-। ঙসি কোৱী মুমিৎতা নোং-খোং কোইয়ু হায়না থৌসিরুৱে, থৌসিবা কোলোঙ্গ মিংথোনগে, ঙসি কোৱৌ নোংলেন নোংজা থাইন পাওদমদি হোবা লোয়বা থৌথোকসি নাপ্পা লৈসাৎ তমলুওঃ ৱাহৈ লৈথেং থেৎলুও-। পাৱীনা মকম অমতগী নিংথৌ ও চুনা ফমভম ৱায়েন তমচুনা ফমদেং মক্কা চেংশ্ৰবদি,-পাৱীনা শেম্বা মালেম্ তাইবংদি কানানা য়োকনি থোইজং থোইদাওঃ—॥ ইম্বাং ঙ্গ-তপথওঃ পাৱিহন্ পাৱীঙ্গী নিংথৌ খুবমদি ইপানা থাল্লিয়ে,-। তাইবং মুমথোং খুদিংগী মুমলেন্ কাচিন কম্বালদা-ফম-ফম ৱায়েল্ তমচুনা পাৱিন সেম্বজ সাজ চাদ-নাওদা কোনথাদনা কুমজ লাকয়েল ঙাইদুনা কুমজা

—(০)—

য়েননৌ চিনতংদনা থরাই থোংগাল থোক্লা উয়ানব চাকতিন তাইবং চৈগা পিদুনা কুমৈদা কুমদমউ-। কুমজা ইরাৎ চাদুনা ইরিক ইচুম চুমদরেম্না তাইবং সাখোং ফহল্লু মালেম লৈরোন ইংহল্লু ইরিক ইকাহল্লু পারীহল্ ভুমখুল ইচেলগী ইফুৎ ইনিল্ অচৎ-চত্তগী ঈনিল খোন থোক-অউ-উদগী তেংথা নাওই থোঞ্জেন হিরি লিকোন কোনথান মাইগৈ মরুং থোম্না সাখোং লৈসা পাইদ্রন-য়েৎকী খোৎনেত্তা স্নালম ওইগী খোংনেত্তা লুপা লম থাদুনা স্না-চৈবু পাইদুনা চাদ নাওদগী ইরি লাংলেন লাইথম খুলোক্লনা মীরমখোন থৌদা বারক চেৎনা-অচৎ চত্ত-অউ-উদা তাইবং চৈগা ফহল্লু কনাদবু তাগনি পারীদবু তাগনি-ইপাগী বায়েল থোইরা খোননিং খোনথোক অসিগী বাখল লৈসাৎ মপুং ফাহনলু পারীহন,— ॥

পারী নংগী নফম্বু মরাং কাইনা লৈরিয়ে,-পুককৈ ললগৈ পুন্নমক ঐনা লোইনা থল্লিয়ে-। তাইবং মীরেপ চরা লিংজুনা লৈমক্লবা মতমদা তাইবং য়ুম্বুম্ খুদিংদা পুককৈ সেনগৈ লৈব পুন্নমক পারি নংনা লেপনা ফংগনি,-। তাইবং য়ুমবুং খুদিংদা নংনা নিংথৌ ওইগনী,—। প্যাথংবগী ফম্বান্দা অমত্তনী থংগনী,—।

পারি নংগী ফম্বান্দী য়ুম-য়ুম খুদিং মক্তনী তাইবং য়ুমবুম পুন্নমক্তী পুককৈ পুন্নমক লৈরিবা তাইবং পান্নবা খুদিংগি হিংনবা পোং-মরম চংথোনবা লৈরিবা থৈবীক পুন্নমক ওসিদগী হৌদুনা নংগী ওইরে থংহৌরোই—। ওসিদগী হৌদুনা নংনা তাইবং থরাইগা য়ুমগী নিংথৌগা অনিংমক পক্লনা পারি নংনা ওইহৌরোঃ—॥

—(0)—

প্যারি নংগী পুককৈ সেনকৈদী মশিং নাইদ্রবনী,—। নচা ননাই তাইবংনা নংবু ঈরাং তৌগনী তেংবানবগী মপুবু নহাক মক্লী থংগনী,—নংবু ইরাং তৌরবা তৌরবা নচা ননাই তাইবংনা নংগী নতিক থংদবা তাইতং মরুপ খীবীক্লা মরু ফংনা মাংজনী,- নংনা য়েংফম থোক্লয়োই,—। অফা নুঙাই য়াম্ফবা কদৌঙৈদ। থোক্লরোই,-। মোনু তাইবং পান্না পূন্সি নুংসাং ওৎরবোই,—।

ঐগী মঙান য়াইবী লৈমবেন থবাই সিদবীদি নংগী নতিক থংগনী নংগী পুক্লং থুংনবা মহাকনা তৌগনি,—। তাইবং সম্ননাবল্লী দমক ঐগী লৈমেন সিদবীনা সিদ সাইয়োন ওনলবা লৈমেন সিদবীগা চপ-মান্নবা সাইওন ওস্বী লৈমেন সিদবীবু নংগী নাক্লা থমলগে,—। মনুঙ মপাল খাম্বিদী মঙোন্দবু তৌরমগে,—॥

তাও-তাও পারী অনীমক সিদ সাইওন ওস্বা লৈমেনগী মতীকু মিংথৈরোনবু মথং সিংনা হাইরকে,-ইবেম্মদী লাইরেম্বী সিদ সাইওন য়ামলবী ইবেম্মদি সিদা তাইবং মালং শল্লিবী স্না ফম্বান ওইরোঙ্গবী চিক্লবা লাইসং মনুঙদা নোংদ্রৈ নোংদ্রা অসংবনা চরৈ খাংচেৎ মচি লাংলীবী, মুকফু পাবনমহুনা কোলোম চৈশু শুরিবী মকমাই-লাই য়েক ঈতুনা তাইবং নমু পোৎবু অসি থোং থিংতুনা-অচং থোংবু হাংলিবী;-সোম্ন মথাং ফম্বী স্নাচীং চীংদোন ঙানলিবী তাইবং য়েনবু হুনলিবী,— মাংলেন লমজাও ওইরিবী,—।

আচং চংতবগী মমারেন য়ুমদা লৈবী য়ুমলৈমা সিন্দা তোংলে সিনলৈমা লৌশিং মৈরা ওইরীবি মনুঙ মপাল ওইবীনি,—

—(৩)—

ঈশিং থক্কা লৈরিবী ঈরাই লৈমা কৌরিবা, ঈপাইকুদা লৈরিবী লৈমেনবু কৌরিবা,—। লমমক্তু লৈরগ. স্না মিংরেং তারগা লমলৈমাবু হাইরিবা মচা মনাই য়োক্লাবা মইংমারাং ওইরিবী কৌওইবীদি ওইরিবা,— ।

লাইরেম্মা লৈমারেল সিদবিনা মালেম লৈরোল তরেং কোরৌ নোংময়দোন মরোন মপান মমু তায়বঙ মীমথল তরেং মপান মক মকম কুল মঙা মক্কা ফাউ ওন্না ফম্বাল তেংবী। মালেম লৈরোন তরেং মাদা নোংসাব লৈমারেম্না লৈপাক্লী সেক্লীংদা,—য়ামফক্রা লৈয়ে,—মমিং ময়েকাত হু.হাক হুংহাক হুংকোয়ে, ।

সেক্লিং য়ামফক অদিনা মথক্কা ফম্বী সিদবীদা লাইরেম্মনা ফমই লাইরেম্মগি মমিংদি লৈকোকপি তনুং কৌই। য়েংতা ঙাকপি নুমিংতা লৈবি লৈমারেননে,- অমম্তি তিল্লী কোকপি, মিনু কৌয়ে—। ওইদা ঙাকপি থাদা লৈবি লৈমারেননে, ফমপানবানে মরানে লৈমরেল সিদবীনা ঙাচিং অমু মারম নানথংখিরে মমিংদি হুংলৈ তিনসং কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি মরি লৈতিন থাকমুবি সিঙলু কৌই অসিনা পোকয়ে,—। অমদি তিনত্রেঙ কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি সঙথুপপি থুকহিং কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিংদিং তিল ত্রেঙনু কৌই। অমরক ইথংখিরে তোঙত্রেংনু কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি লৈহিঙ নপ কৌই অসি খৈরিক্লী মথক্কা ফ-তানৌ ওইনা থম্বালগুম মনম নাইবি লৈবা খিবিকপু পূক্লিং হুয়বি মমিংদি

—(0)—

লৈহিংপুন মিঙ্গত্রেঙচিঙ হীঙ-কৌই। লৈবাক্তি সেক্তিঙদাগি হৌনা তাইপঙ পানবা কাওন্ ফমপাল্ তোংলে—ফম্বাল বানে লৈপাক্তি লেনফুরেননে।

অসিদগী লৈপাক শেমলে,- নোংথৌ হোয়ে লৈপাকম্নুং অচাইবা, হসিংস্নুং তরং নুংসিংস্নুং তরং মৈশুঙ তরং-তরং ফাফাওবাপু মথননা ওই—। ৎই য়েং ওইনা তুনা লৈবা থিবিকপূ ফাজিন্না থমলে মম্বিংদি পূনচি কৌই। ওইদি পূনচিপি ওংদাংলৈত্রা লৈপুননু কৌনা লৈয়ে—। লৈবা থিবিকপূ ফাজিন্না লৈরে-মসিংদি লৈহিঙনু লৈনপফা কৌই। অমরক কৌবদি লৈহিঙ নপা-লৈচামফা কৌই। অমরক কৌবদি তেঃ তেঃ হীং ওক-কানিক লেনাংনু নপফ কৌই। অসিদী মী-লাইগী ময়োন চোংবনে। লৈমারেননা লৈবাক্তি থোঙজি ওইনা শক্রাদা করান মরি মাগি ময়াইদা চুপ সেন ওইনা লৈপাক মরা চেংনব চনজিনতুন ফমলে মম্বিংদি উশ্বী থুম কৌই। তসিনা লৈবশিবিক পোকপানে,— মসিংদি হুইত্রোং লৈতোঙ মেনবি কৌই। আসদি স্না-লুপা য়াওনা সোল্লো লংজ অয়োন অবা অনা কোকপনে। অসিদগী লৈমারেন সিদবীনা চিংথৈ মতোন্দা হুংরিগুম্ন কুপথৎখিয়ে মম্বিংদি তিল তিলকেপ কৌই। মী—লাই পুন্নমক হরাও নুঙ-ঙাই মথোই কাহনবী লৈমারেননে। অসিদগী তিলগি মকোক লাইগি মাকোক মরু ওইরে মম্বিংদি তিল মিঙ হন হন লাইগিঙ হন-হন-হন-তাহল অমুম কৌই—। শিংলৈন্দি উম্ শ্রিংপি শ্রিংথোম্বা, উম্ শ্রিংপি সিনথোম্বী

—(0)—

কৌই। মী লাক্ত পুন্নমক য়ানারে, । অসিদগী লৈমারেন সিদবীনা মুমিংতা চোংশিনথে মমিংদি মিংতরেংমু কৌই। অমরক ইনথংখিৱে মমিংদি কুপ তারেংমু কৌই। অমরক ইনথংখিৱে মুতরেংমু কৌই। অমরক ইনথংখিৱে ঙাংতরেংমু কৌই। অমরক ইনথংখিরে ঙাংসংলেন সংতরেংমু কৌই। মুমিংতা থুঙলে মমিংদি ঙাংতুমমু কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিঙদি রঃহিঙচি কৌই। ফম্বাল ৱানে,—নাওয়োমদি-তিক থুয়োমতরং কৌই। মমা নাওয়োমদি য়ামফানে মথককিদি তিলিক তিলিক য়োম কৌই। লিময়োম-সং কৌই। নাও-য়োমগী মিঙথৈ মুমিংগী ফম্বাল-ৱা-অসি শক সোল্লকপদা মী-গীসু লাইগীসু হরাও মুঙাই মথোই তোঙনারে—। হিংনিং-নিংকুককুককুক।

লাইরেম্মা লৈমারেন সিদবীনা অমরক কৌবা মিঙথৈদী লিকশঙ কুম-কৌই। অমদি সংতাইনপ কৌই। লিকশংকুম কৌই। অসিদি চীংথৈ ওম্মা শজিকপু য়েংনা সোল্লু লাইরেম্মা লৈমরেন সিদবীগী থোজান ফংলে থঙওঃ। লাইরেম্মা লৈমা-রেন সিদবীনা অমরক কৌবা মমিঙদি প্যারংকঃ পারেচি কৌঈ শজিকতা লৈবী লৈমারেম্নে—নোঙপোক পোকলেননা ফম্বান তোঙবীনে ফম্বান ৱানে—। অসী শক সোল্লবদা লাঈদা পিনবা পোংলমবু থোইম্নুম লাঈনা পাম্না লৌখিরে—।

লাঈরেম্মা লৈমারেন সিদবীনা শজিকতগী থাদা হুনজিল খিরে, মমিংদি থুপপিরেঙ কৌঈ। অমরক কৌবদি লিক লিক ঙাং কৌঈ। অমরক কৌবদি লিক লিকসং কৌঈ। অমরক

—(0)—

কৌবদি লিকপোং কৌই। অমরক কোবদি লিক-লিক য়োম কৌই,-থায়োরে মমিংদী খুপ-খুপা লৈসংনু কৌই। অমরক কোবদি লিক-লিক সচুং শেনু কোই। অমরক কৌবদি লিক লিক সেককনু লোই। অমরক কোবদি সংতারংনু কৌই,- লৈবা খৈনা চেংইলগুম কুপাখিরে-। হঃ লেমারেন ইকুপপি কৌই, লৈবখিবক তা,-সোনতুনা চিললু-মীগাস্থ লাইগীস্থ চাম্ব-ববনে,-। অমরক কোবদি খুপপি লৈতোংনু কোই কেরে-চিংনু নপ কোই, অমদি তিলতারেং লিক কৌই, অরুবা মিংথৈ-নে, নাওয়োমগী মমিংদি তিল-লিক-ফা য়োম্বী মুরংনু য়োমবী য়োমনু কৌই। থাগী ফম্বান ঋানে লাইয়িংথোগী মরা ওয়বা ঋানে—। লংঙ্গ অয়োন কোক্কনি।

লাইরেম্ম লৈমারেন সিদবীনা থাদগী হুইরিগুম কুপথৎ-খিরে মমিঙদী হঃলীং হয়ীনপ কোই। অমরক ইনখৎখীরে ছনপ—তারাইনু নপ কৌই। অমরক ইনখৎখীরে, তরং-তরেংলিক কৌই। তাইপং পানরগী মরুনে মাতোন চোঙবা ঋানে পাখংবাবু সংয়ে-। অকঙবাবু সঙয়ে, ঈপুন মুঙসাংবনে, অচু হৈয়াইগুম্বনে লৈমারেন ফমপানবা অরুবনে,-। অসিদগী লৈবখিবীকপু তোঙচিনা চিঙবা গুম-চূপসীনবা লৈমারেনগী মমিঙদী—( হুংচীনপ ) কৌই। চুরুম নপ কৌই,-। অসিদগী থবাই পাচাক নোঙথো সিদবদা ইনথংখীরে-। মমিংদী তারং-নোম লৈনপনু কৌই, অমরক ঈনথংখীরে মমিংদী তরংনপ কৌঈ, অমদী অংউপ তারৈচি কোঈ। মফম য়োরে মমিংদি খিরাং তারং কৌঈ অসিগী মপুক মন্থুংদা লিক্লামা লংনা লৈরে মমিংদি, লৈহোপনপ কৌই। চিংশিন্না সোলো-। মিঙথেনে-।

—(0)—

অসিদগী থাজিঙ্ক মমু মারম লৈখৎ খারাবদি অমলবি খোয়মোম সিদবি লাংপুমকুম চাম্নাবি থিবা থঙদরবি ওয়রে— । লল— লৈমারেন শিদবীগী রাখোঙ হৌগী লিতোন লোমনাশি, লৈপাক নোংথৌগী মরা লেনফু ওইবনে।

ফম্বান ওই-ওইনরগ মপু নাকতা ঙানলগা লৈত্রেনবু কৌ-গনি সিদবীনি থংগনি তাংরবা পানগী মমানি শিননা থুংনা লৈবনি,-ঈশিং তরং চাওবান ফুংশিং তরং খোম্বানি, অতিঙদা শাংলিবা মৈতোন্দদী খাশাবা মালেম লৈগী মরোমনি য়েন-নৌ হুনবী য়াইবীনি,—। সঙ্গাই শুংগী থাউমৈনি মৈরা মঙান ফবীনি,—য়েকপু তরেৎ কোল্লিবা সনাইতরেৎ ঙাক্লিবা পুম্নমক্কী মমানি মবেনথৌসু মহাক্কী।

তাইবং য়েকপু খোরনী খোইদৌ চুকলি পাইরবী তাইবং পোকপী মমারেন তাইবংগীদি য়াইজরেন তাইবং মমা ও রিবী মচা মনাই য়োকপীনি তাইবং মরুপ খিবীকতি নচা ওইবা ননাইনী চাদা নাওতা ওইবনা সনাই য়েকপু ওইবনা থৌনিঙবা মতীক্কী ঈরাংচবা মথৌনি,-। নচা ননাই তাইবংনা য়াগফ ফুঙাই মতাংদা নংবু ঈরাং তৌগনি নংগী নতীক থংবনা হৈরম তরেৎ কৎচনী লৈরম তরেৎ থেনজনী খুবাম তারা লোন্দুনা খুরমজনী তাইবংনা অফ ফুঙাই পীনবিয়ু য়াইফ লৈবুন চাইথ-বীয়ু হৈজদবা মরমনা থংজদবা নরানা চরৈফীবু থোনথীদবা কুমজা ঈরাং-তৌথিনবা চরৈ ফীবু থোনজরকথীনী কুমজা ঈরাং—তৌজরকথীনী নতীক থংজদবা নরা অদো জয়োন্ অরান্ ঙাকপীয়ু লংজখিবিক কোকপীয়ু,-। হৈজদবা ননাইনী

—(০)—

খংজদবা নচানী লংজবগী মহাদো খঙদবনা মপুংনী লংজবগী মশক্কী ওইবংদো য়াইবী শশো লাংবীনু কাম্বী মৈশা কাংবিন্নু খুবাম তারা লোন্দ্রনা শবোবু খুরুমজনী তাইবনা, ॥

ইবেম্মা নঙ্গাকী তাইথ ঙুম্মম খুদিংগী মাংসোক কাজাও য়ারনী ফ লেন লুপুপ লৌরনী নকনা লৈমা পাওদোক্নুনো লৈপাক পুংশুম খোলবদা সিঙো। লৈয়াং লৈহুনগনী ঈশিং পুলাং আপানবদা চিখু ম্যাংজানবী-শকপা লাংচম খোংমেংনরনী লিকোন অহিংবনা থাওননরনী, তাংজলুরেন থক্কা কৈজা পোপ তেক লৈরনী শমমা লৈমা নাওনেংগু মোক্ষ, লৈমা তাইবংনু, তক্ষা শা য়াং আয়াম্বী লৈপাকোন ভকক লুচিংবী,-নোংজুদনা শাইজোংপি-নুং, সাদনা শোনবী কৌরা মচি খোম্বী আয়ুক চাবা নোংখাইব্রিবী,—ন্নুমিদাং চাবা নোংদম্লীবী আয়ুক ঙালনা কোম্বাবী নুমিদাং ঙলনা কোনসনলীবী অচিক আশা খাইরি- বীনো পুন্নমক্কী মমানী তোনাবা শজাগী তোংজেং লুচিন থৈবীনী য়াকৈল হিনাও পাবীনী, ॥

সোরনখাং ফম্বীনি য়াংলৌ লগদাং সিনবীনি,-য়েনগী চুপ- লি পাওবীনি ইবেম্মা নগাক্তি ম্না সঙ্গাই নুঙাইবদা লৈরপাক কায়েন আঙৌবদা পাওদোইবনী মকু খোংচুংবনা খোংশংনরনী, ঈশাইকুদা লৈবীন লৈত্রেনবু কোবীন ফুংগদা লৈরগা ঈমোঙনু অহোংবী চাকপোন তরেং চাকশৌবী ফুরে ন তরেং ফুসৌবী য়ুরোন তরেং য়ুসৌবী অকোং তংতবী আখোং কংদবী আরাই সিদবী নতুনা চুমিথাং খল্লিবী ইবোঙনুদি চাকহোং ঙাহোংবী অহিং লিক্লা তাকতাবি নুংথিল লিক্লা

— (o) —

কংদবী খোইদৌ চুপলি পাঙ্গরিবী কংবী রেন্দী সিংবী ঈবেম্মা কোলোঈ হংকণী লাঙ্গরেম্বী।

মিংলেন যাম্বী সিদবী মতম খোংলৈ ভুংঈমা স্না থাংলেন সুগনি লাঙম তেংমাই লেপকানী, হেঃ ঈবেম্মা লাঙ্গরেম্বি নচা ননাঈ তাঙ্গবংগী য়াঙ্গফনবা মরমদা ননিংতম্না চৎচরো। ওঙ্গনিংবতা ওঙ্গদনা ওননিংবতা ওন্দানা য়াইফনবা মরমদা হেঃ ইবেম্মা লৈত্রেন সিদবী লাংমোক তেংবাং হৈববু নহাক্কনী থংগনী,— ।

হেং লাইরেম্বী সিদবী নহাক্না কোনসেন ভুরৈ সেনবগা কোনসেন ভুথোক স্নাগা অদিক্কী মৌরৈতেংবাংঙু-হেঃ লাই-রেম্বী সিদবী,— । সোরারেন্দী মফম সায়োন ঙম্বী লৈত্রেনগী মফমদা পুকমেন পাওমেন লোইনবা নচা অনি য়েংহুনা সো-রারেম্না হায়রকই— । নচিল নগাও অনিনা য়াইফ থোইনা পানহৌরো, সিদমিংথৈ অথোইবা ভুমথৈ লৈতনা ফজবা খোই-য়ুম মাগী মিংলেন অরুববু নংগোই ফনা ফংজরো-তেংবানবা মপুগী য়েংকা ওইগা শক্কুনা য়াইফা থোইনা পালহৌরো নচা ননাই য়োক্কুনা ওইনিংবতা ওইদনো:—ওননিংবতা ওনজরো, । য়াইফনবা মরমদা ননিংতম্না চৎচরেঃ— ॥

ওসিদগী হৌহুনা নমিং সন্না থোল্লমলগে,-স্নামহি হায়হুনা সুঙসি চাম্না কৌরমগে,— মরু ওইবা মিংথোলতবু—খোমলম-লগে,-মরু ওইবা মিংথৈবু মথুংসিনো হায়রকে,—ইবুঙোদি ইপুধৌ য়াইবী কোনগী মপুধৌ অয়াং কাংলেন সাগৌবা লৈরক কোনশাং শিনলিবা সক্না সয়োই লানলোইবা খোংবান সুঙম্না

লাননাবা, । নোংদোন থক্না পল্লোইবা সনজিংনা মাওকোনবা লাপথিবনা উদবা নকমনখিবনা উদবা চাওবা পিকপা ননিংবি সিন্না থুংনা লৈবনী ইপুরোইনী থংজগে তাঙহৈরোইনী হায়জগে পারিহন-মৈতরং মুঙসিং তরং অতিংঙা মুঙসিং তরংলেন মালেম লৈদা থোশাবা য়েক্না সরোই লানবোইবা,-তোপনা লৈবা তোঙানবা তিন্না লৈবা অতিনবা তাইবং মুঙদা লৈবনী থম্বাই হায়না কৌবনী পারিহন তমজাও কাংলেন সাথোবা,-য়েন্নৌ চুপলি পাইরিবা চৈবী নাওরেন হোল্লিবা,-য়াংজ সগোন্ থৌরিবা সজিক-থাবা,—ওইরিবা অযম অঙান থাইরিবা হুঁংনা নিংনা নওংনী তাইবং লেংসিং মৈরানী পারিহন কোনসেন স্না পিবারেন স্নামহি ঙৌবরেন ফুহিং স্না লাইজরেন স্না ফম্বান মহিরেন— ॥

সম্বোংগীদি মংরিব ফুংগাগীদী লাইরুবা পারিহন থোং-জিন্দবু লৈবনী থোংঙারেনবু কৌবনী চাইচুম-তাকম্ তাবনী তরং নোংদোন ফাওবনী সন্দংখাদা থোসাবা কৈদলেরে কৈ-রুংবা লোদা লৈরে লোনামু লমমক্তদী লম্মাবা লমশেম্ববু ওইরিবা হিংখোন মতোন মরাম্বা কোম্বোং তাওরোইলাই য়েনখা পাওদবা সাইজিল পোল্লিবা পারিহন— ॥

নোংখোং কোইবা অঙম্বা তরং হিরেন হোল্লিবা ইপাক থক্না পুরেম্বা ইথৈ ইহন মরেংবা য়ৌনিংবদা য়োবনী চংনিং-বদা চংপনী পারিহন,— । পাম্ব কৈরেন কোইচোম্বা চহুই লিংগা কোকহেনবা নিংথৌ মাইবা চিরাইতাংবা-লৈপাক মাইবা থুরাইতাংবা মপাবুম্ হনবনী মপুগীম্ মথক্নী,-নতেফমদা তেসন-লোঃ নহন ফমদা হলজিনলোঃ— ॥

—(৩)—

সিদ সায়োন অয়াম্বী তম্ফা কোয়ৌ অৱাংবী বাংওম কোংথৈ আতানবী শোংলোইবুদি অথাম্বি থোইমোম্বুদি লৈথা য়েন য়েনহৌ থোইরা মরুগী কোয়ৌবুদী মিনো·থৌ খাবী চামা সিনতাকপী—আমাই চামা সিনতাকপা পারি নাকতা লৈহৌরোঃ— ॥

স্নামহি লাইয়িংথৌনা তননা মিংথৈ ফংহুনা মপাবুংগী,- য়াথংবু চেংনা নুঙদা কোনখয়ে মচা মনাহ তাইবংগী, য়াইফ অরম খনখয়ে,— । সোয়ায়েন্দী সদবা পুকমেন পাওমেন লোইরগা তাইবং পানবা খিবাকি মথং মনাও সিনলগা মপারি অনি কৌহুনা য়েংক-ওইগা ৮পা.৯, সয়োন লৈথায়েনবীদা সুঙসি পাওবু হায়রমমে ॥

স্নামহি লাইয়িংথৌনা মপান পম্বৌগী থম্মোইগী অস্নেংবা বা অতু তারগা হায়জরকই,- । কৌব্রু লাইয়েন সোয়ায়েন পম্বৌ পোকমাবা,-হেঃ অতীয়া সিদবা কুচি কৌবা হপনওঃ— কুহিংচিং কৌবা পোকলেনওঃ— চয়েনাচি কোবা সাংলেনওঃ- শমত্রেংবা কৌবা অসাংপাওঃ পেয়েনাহিং কৌবা ইপূওঃ—। ইপনগী থুপলবা মিংলেন মঙা শক সোন্দুনা সরি সোননা হায়জবনি পম্বৌওঃ থোইখা লিনখা থাবীগম্বু অশাওবা পুন্নমক থোইখা লিনথাদা নমথবীয়ু হেঃ থোইয়ুম মপুয়েন সিদবা ॥

পম্বৌওঃ লৈথক লৈথা সিংনা লমতাই পনথুং ঙাকনা মিংলাম্বা চকবাই তম্মৌবা য়েংথ-য়েংখিবনা নওংনি উখি উখি-রনা নতৌনি,-নওং লৈবনা তমজরী নতৌ লৈবনা নিংথবী হৈয়া মপুয়েল অপোকপা,-। ইশাবু-ইসান কাওরুবনা,—ইদোমবু-

— (৩) —

ইদোম্লা থংগু দনন খোংশিন চকরাইতম খোংথিন লাল্লোইনথি নংনিবু হায়জগে ইদোংনিবু সিংথাগে রাইহেগী কারল পোং-থাইনিবা রাত্তাগী লরাক ইথাইগিবা লরাক্লা লয়োন কোনব-গুম ইমৈন্না ইয়া চিকপগুম হৌবা লোইবা কনবিওঃ হোয়ানা ইনজগে থৌয়ান থৌসিনগে হুমঙ্গী মপুরেল ইবুঙো: থৌদরম থৌসি থৌদা রায়েন শিলুগে ইরম ইগাইবিওঃ—ভুখুল ইচেল-লম থংজগে অপোকপা ॥

মচাগী অরক্ত অত্ন উবদা চৌংগু কুরু সিদবনা মচাগী খুদাং পাইত্তুনা মচাবু থাগোলনত্তুনা তিল্লুক ওইনা নোংদম্লে,-।

মিংথৈদি চক্তুইনিলগাং কোক হেনবা লাই কোকলেন চংকা-মনিক কৌনা মপোক লিহুই নোংদমলে,— ॥

প্যারি নংদি হয়িচক-হয়াচক খুনুঙচক মপোক অহুম অসিদা লৈপাক লৈবাক পুন্নমক্তা নংগী লাংঙোল থৌরমবু মথং লেংনা শান্নরুরগা লাংবচক কৌবা চক,-অদুদা তাইবং য়ুমথোং খুদিংদা য়ুমলাই পোলজেনবা হায়রত্তুনা তাইবং পুন্নমক্তা য়াইক্কনবা সেম্বিবা ওইত্তুনা নকা চাম্মা নিপাল ( ১০৮ ) ফম-ত্তুনা তাইবং মীওইবগী রায়েন থৌদা অচুম্বা হারাও—মুঙাই-বগী পুক্নিং ময়োন পুন্নমক চোংহনগদবা পারিনি,।

প্যারী খোমদোন অতোনবা নংবু সেম্বীগদবদী, নয়াম্বত্তনা সেম্বীগনবনি,-। নয়াম্বগী মফমদা নোল্লুরনা থুরমজত্তুনা নিংবা থিবিক নিজহৌ,— ।

অতিয়া সিদবগী য়াথং ফংবদা পাথংবা কোক্লিন তিং-থোকপনা ময়াম্বগী ঙাংলৌ থম্বাল মথোং পোক্না খুরুম লৈপাইজথি,—। পাথংবগী মত্তৌ অত্নু উবদা,—।

—(৩)—

মপন পম্হৌ শকলবা ময়াম্বনা পেনবিরদুনা,—হায়বীখি,-ঈশানৌ ঈবুঙো নংনা পনথোগী য়াথং নকোকথক্কদা থোংদুনা কংলৈ পুং য়োন অসিগী নিংথৌলেন ওঈদুনা মালেম লৈকোঈ পুঙময়োন অসিগী চক মরিমক্তা মথংলেংনা শমথদুনা পানবা ওঈজখ্রে,—মতম পুন্নমক্তা ঈয়াম্বনা হৈনা নতুং ঈন্দুনা নংগী-য়াঈফনবা থৌরাংবা শরুক ওঈগে,—।

মতম অতুদা চীংও, কুরু সিদবনা হায়রকঈ—। পারি ঈবুঙো পাখংবা নংগী নথক্তা নয়াম্বনা করোং খুংকুম নোংদম ৱায়েনগদবনি,—। নয়াম্বগী য়াথং ফংদবা থবক্তা নংনা নম-থেক্তুনা থবক তৌফরোই,—। নয়াম্বগী ময়াথংনা নোংদম-দ্রবা থবক্তা নংনা থৌরাংলুরবদি,—নংনা নমাই পাকপা লম্বি ওইগনু,—। নয়াম্বনা হায়বা য়াথংবু লৈবাক্তা-তাহন ফরোই চেংনা-ঙাক্কদৌরনি,—।

কুমজা অমগী অনৌবা লাকয়েন শুংদাই খুদিংদা লৈবাক অসিদা লৈবা অনৌ অপেৎ-ফংজবা মখৈ নয়াম্বগী মফমদা কং-লগা নংনা চাজবা ওইজৌ—।

অনৌবা চরৈ নমথাংশু কুমজা-কুমজা খুদিংগী চরৈ অহনবা হোংদুনা খুরুম লৈপাইনজদুনা মুঙাই য়াইফনা পুন্সি খুঙশাংননা পানবা ঙম্মনবা থৌরাংজৌ নপুক্লিং হরাও মুঙাই মথোই কানা নপন পম্হৌ শকলবা নয়াম্বুংগী ঙাংলৌ থম্বাল লৈঙাং লৈকা শোক্লা খুরুমজৌ,—।

অদুগা পারি ইবুঙো চরৈ অহনবা নংনা ননাওগী মক্তেং পাংদুনা মথক্তা ৱায়েন নোংদমদুনা ননাওগী মথক্তা নকা-

—(0)—

চাল্মা নিপাল (১০৮) কন্দুনা কমথোন চাল্মা নিপাল (১০৮) নাইছুনা কারোং খুংকুম-নোংদম্বিয়ু, — ।

ইচাগী নতিক নয়াই অকলবা শকতম অসিনা লৈবাক অসিগী ঈয়েক তরেৎকি-সাথাই শকতম অথোইবা মীপোক অথোইবী ওইদুনা সাকৈ সলাই তরেৎ থোক্না থাইদোক্লগা শকতম অমত্তা ওইনা থোংলোন মাপন ফাৎতুনা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ওইনা-সিদা সাইওনলুরোঃ ইচানা,—পারি ইচাগী-চিংনবা পুক্লিং থাথল অতুশু থাদোকওঃ-নংগী নপোক লিছুই অরোইবদা নমিংবু উং-চং নেং হিং নিং হায়না কৌদুনা লাইরম লেন্দা লাকলগা লৈবাক খুদিংগী য়াইফনবা সেম্বিরু,— ।

লাংবা চকতা নমিং হৈরোম সিদবা সলাইস্না হায়না কৌদুনা তাইবং শকতম য়েন নোংদম ওইরুরো,॥ ইচাগী গুাংলো থম্বাল লৈকাবু লৈপাইজরবা,—অমাইবী-অমাইবা মৈবা,—অমাইবীনা তেংথা নাওরোইবা মতমদা ইচাদি তৎত-বগী হোকম মরু থওবা ইচানিনা-থবাই-পানবশিংগী সোম্নকম লাম্নকম ওইরগদবনী, ।

ইচানা মতম অতুদা ইচাগী মাংদা ইপানা ফম্বাল লাংছুনা লমকোইবা তিল্লুক ওইরগে নংনা ইপাগী ইতুং ওইনা ফম্বাল তোংজরোঃ অসি হায়না য়ুমলাই পোনজেনবা খোয়ুম লাইম্বিং অসীবনু নোংদম বিরগা,— । পাথংবা মচাগী য়াইফনবা সেম্বীথী,- ॥

---

—।০।—

# ২৭। গুরকপা মতাং লাইগা তাইনবা তাইবং নিংথৌ কনানো ?

পাখংবা য়ুম্বী "পুয়া,দা ইরম্বনে—।

( লাইগা তাইনরকপা তাইবংমী ওইরকপা )

পাখংবনা কম্বাল তোংঙৈদা পাখঙবগী চিরেন মতাং তরেৎ শাংবগী চিরক্তা পামেন লেপকং ভচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা লুরাং মৈশা নেংপগী খুমন মমজুববু মৈরি মৈঙান কাওখি, অরেপ্পা অখম্বা ময়েক্লা খাম্বী মৈরি মৈবাক্তা তাইবং বারেপ মৈরেম্বা নসেক নঙান মৈরিববু হানৌ লৈকা লৈতোনগুম শাংনামৈরি—তরেৎনী, অমম্বসু খাইরীবা অঙানবসু তাইবং লৌসিং মৈরেম্নী,—। অথা অয়াক লমখিংদা অচৎ-চংতা অসি-অচং পুম্নমকপু-নমি-থানা-কৌবীরি নশক চংনা পাওশিরী, নঙান-তানা পেলহল্লী লংজবা পুম্নমকপু থৌজানবীবা পুম্নমকপু লৌবীবা ওসি থঙবা সুমিত্তা মৈগী মৈথোং থঙহিবা লাইগী নিংথৌ সিদবনা মতোমতগী মশাবু সিদোক্না তরেৎ থোক্লা খাইদোক্লাগা সাইয়োন পুথোক্না-লাংওন সাননরকপা মতম অসিদা তৌবওম্বা মাগী মতিক-ময়াইনা—অমুকসু-মচেৎ হুম্ফুমরি (৬৪) থোক্লা সিদোক্না ওইনংবা ওইবা ওননিংবা ওন্দুনা লাংওন থৌরম অয়াম্বা পুথোক্না লাম্নরকপা মতম আসদা,—।

পাখংবা নিংথৌসু মপাল কায়রক্নুনা পাখংবগী মপুক অসিদা মপনপাম্বৌ শক্লখা ময়াম্বু কয়া য়ুক তুথৌওই-গী

—(0)—

মরম অসি চিঙু খোয়ুম অতিয়া কোয়ৌ সিদবনা থঙলদুনা পাখুংবগী মফমদা মপন-পম্বো শকলবা, লাইগী সিদবা-মপু-মহাক্কী মতিক ময়াই পুম্নমকপু থঙহনলগে হায়দুনা পাখংবগী মফমদা, অতিয়া কোয়ৌ সিদবনা-য়াথং পাওতাক হায়দুনা থবক থৌরম কয়া-মুক চংথারকপদা পাখংবনা ঙমখিদ্রবা থবক-থৌরম কয়ামুকসিং অদু,—।

চিঙু অতিয়া সিদবনা-লাংওনগী মচা-শক্লবা খোয়ুম লাইয়িংপৌ অসীবদ'-হায়খি,পারি ইবুঙো: ইপানা-ইচাগী কজথ্রবা শকতম অ ছ তরেৎ খোক্লা সিদোক্লগা অমুকশু তৌবা ঙম্বা নংগি নতিক নয়াইনা মচেৎ হুক্‌মরি (৬৪) খোক্লা ইচানা সিদোক্কুনা ওইনিংবা ওইবা ঙননিংবা ওন্দনা ইচানা- লাংওন থৌরম কয়াম্নক পূথোক্কুনা শাম্নরকপা অসি ইপ্যানা-উবদা ইপাগী হরাও নুঙাইবা ঙমথৈ লৈতনা পেল্লে,—। পারি ইবুংঙোঃ—

অতুমনদি ওইরবদা ইচাগী শাথাই মচেৎ-মচেৎ সিদোকলীবা অসি-ইপানা য়েংবদা য়াম্না নুঙাইত্রে,। ইচাগী শাথাই মচেৎ অসিবু ইচানা মশক মরোং অমমম খোক্লা শমজিল্ল, হায়রক্লবদা,—।

অসীবা কৌবলাইনা চিঙু অতিয়া সিদবা য়েংদুনা হংজৈয়ে,— পম্বো ইবুঙো: অহানকী সাথাই-তরেৎ (৭) অসিদগী হৌনা শমজপে মথোই অসিবু পম্বো ইবুঙো শকতম মরোং করম করম্বা মওং ওইনা পুথোকউ: চারবনে: হায়না হায়িজরক্লবদা,— অতিয়া সিদবনা অসীবা য়েংদুনা হাঙরকই—।

—(0)—

পারি ইবুঙো মখোই অহানবগী-তরেৎ-অসি তাইবং শকতম-অমমম ওইনা সাক্নুনা লৈবাক অসিগী তাইবংমী,- ওইনা সমথা হৌনবা ইচানা থৌরাং বিরম্লো,ঃ—।

পম্নৌ ইবুঙোঃ কনাবু মান্নবা শক্তম ওইনা শারগা তাইবং-শক-ওইগদবনোঃ করম্বা শক্তম ওইনা শাজো হায়রিবনো ? হায়না হংজরক্লবদা অতিয়া সিদবনা মপারি অসীববু য়েংক্নুনা হাঙ্গ—।

মতুদি পারি ইবুঙোঃ ইপাগী শক্তম মান্নবা শাউংও হায়রবদা অসীবনা অতিয়া সিদবা লাইয়িংথৌ সোরালেন মানবা শক্তম লৌদুনা তাইবং শক্তম অমমম শাখে,—। মখোই তরেৎ অসি শাবা লোইদুনা-অসীবনা হায়রকঈ-ইপাগী নোংদম নয়াখং শাজবা লোইজরে,—। শক্তম পোলেপচরে থবাই হাপ্নবা থৌরাংবিরোঃ,—। পম্নৌ ইবুঙো হায়জরক্লবদা,-॥

মপারিগী বারম অসি তাবদা চীংঙু অতীয়া কুরু সিদবা সোরারেম্না লাইয়াম পুম্নমক কৌসিনলগা হায়রকঈ। পুম্নমক্না ঈপা অসি অনি থোক্না থায়দোক্লগা থায়দোক্লিবা অমমম অসিনা তায়বঙ মিতম-মিবা, মখোঈ তরেৎ অসিদা চুংলগা নখোঈ ঐখোঈ পুম্নমক্না তায়বঙ থবাঈ ওইদুনা তায়বঙগী অরম্বা মশা অসি মখোং থাওদুনা চংদুনসী, লেং বোংপনাচিংবা মখুং হায়বা মরম পুম্নমক য়াহনসী।

মখোঈ ঐখোঈ শকমানগানী, অতুমনদী ওইরবদা ঐখোঈ লাইগী তাইনবা তায়বঙ মীদী মমানা পোকপা

—(০)—

চাগোক সলাইদা চংথাখ্‌দবনী, মংখা পিপুক সুঙদগী তায়ক পানস্থ পংথগনী, পংথখিবা তায়বঙ মখোয়দী পোকপা সিবা নাঙ্গনী, লাঙ্গ ঐখোয়দী সিবা সাইদ্রে,—লাংওন—সাম্নানিং-ওগা সিদা সাইয়োন ওনলগা, চংনিং য়োনিংবা মকমদা চংতুনা লাংওন থৌরম অয়াম্বা সামগনী,—॥

নখোই ঐখোঙ্গী পুম্নমক অসিনা সেমগৎ সাগংপা তোক-কুমসি। লাংওন থোরম য়াম্ননাবা, ঐখোঙ্গী পুম্নমক্কা পেল্লবা মখোয়গীস্থ পেনবা ওইগনী, ঐখোয়না পেন্দনা মখোয়না সুঙাই মখোয়কানা হরাও নুঙায়না পেনবা খক য়ারোঙ্গী। তায়বঙ পুম্নমক অসিনা হায়েঙ-হায়,-হৈয়া, খুন্নুং, হয়ি লাংবা কোম্নচক য়োরক্লবা মতম অমদা তায়বঙ ঐখোঙ্গী অসি কদায়-দগী লাকলিবক্তোঃ? হায়না হৌরকফম-মরু থিরকলবা মতম অদুদা হৌকম মরু খঙবা কোরো নোংথোগুম্বা, মীথোই মী-হেনবনা ঐখোই পুম্নমকপু নুঙশিবগা লোয়না খোইমোম লাই খোইয়ুম পুম্নমক্কী ঈরাং থৌনি তৌরকনী, মদুদা ঐখোই-নখোই সুঙায়না পেন্নসী—।

অদুদা ঐখোয়না মখোয়বুস্থ অকনুঙাই ওইনবা লাইগী সিদয়াই নদয়াঙ্গ য়াইক ময় মরোং ফংজনবা ঐখোয়গী খোঙ্গান লৈপুল চায়থবীসী, ঐখোই পুম্নমকপু খঙসবা তায়বঙ অদুদী মপোক-মপোক খুদিংগী লায়গী লমন তোম-তোমা অৱাবা লাংদা থ্‌তুনা ললপাম মথৌ লাংদনু।

সোরারেনা খোইয়ুম মহিসাং পুম্নমকতা য়াথং ঈরুখাদ-নবদা অতোয়া সিদবা কোবা সোরারেনগী য়াথংগী চিংঙ্‌ লাই-য়াম পুম্নমক মাগী মাস্থী মপাংগল মথৌদা মরিংজেদা তৌবা

— ৩ —

হুম্বা মতিক ময়াই মঙান অমমম পুথোক্লভুনা, চিংঙ অতিংঙা মপু সিদবনা লুব ইদা তায়বঙ থবাই হাপ্রবা খুনিংথৌনা নম্বদা থবাই পাললে।

মতু-উবদা লৈসিরেন লৈপুনবীনা অতীয়া সিদবগী হৈনা ভুংইননা চংখিতুনা অতীয়া সিদবগা তিল্লুক ওইরে-। পালেম পম্বো অনিনা চংখিবা উবদা অসীবা কোবা লাইনা খুজিংখা য়োমদগী চংলক্লুনা অতীয়া সিদবগী খুয়াবু লোক্লা লৈরে—। মতুদা পাথংবা লাই অসিনা মথম্তা ঙাইরবদা সুঙাইত্রতুনা খুজিনথাদা মহাক্কী ময়াই অমা পুথোক্লুনা থমলে।

পাঙংবনা চংখিবা অতু উবদা স্নাখোংনাং লৈমনঃ মহাকপু তাক্লমদে হায়তুনা মপুক্লা তাম্বিরে সাওনিংবগা লোইননা মহাক্কগী ময়াই অমা পুথোক্লুনা খুজিংখা য়োমদগী চংলক্লুনা অতীয়া সিদববু য়েং ওইনা কোয়তুনা থোইগী মথাদা লৈরগা অতীয়া সিদববু খোগল তোতুনা লৈরে—।

মম্বিংদি তরৈহিংসং কৌএ, থম্বাল ময়াইদা খুংলুরে, লাই মঙা মক্লা থবই মঙা ওইরে থবই অমদী খোংবারেম কৌএ, অমদী নোনম্নু কৌএ, অমদী উত্তন কৌএ, অমদী পিয়া কৌএ, অমনা শাবি কৌএ, অতুগী ময়াইদা মুংসিং কু-পান উয়ুং ওইরে—। থম্বাল লোংথাকখোং থোপ অসি মনা অনি,-লোংই। য়েৎথংবনা মিৎতরে তরেংবা কৌএ,— ওইথংবনা পেঙা হেঃ হেঃ কৌএ,—।

থবাই মঙা মক্লা থম্বালগী মশেক চোঙখিগনী হায়তুনা সাম্রিক খোনজেন সুঙাহরিবঃ থৌবক্লা ও ক্লনা লৈরে, থম-বালগী মমুঙদা থমথৈগী মম্বিংদী মালৈহিংসং লৈ-নবা

—(0)—

কৌএ—। অতুগা লাই য়ংথৌ ওতুনা অসি কৌনা থম্বাল কুপনা লৈরে,—মমিংদী লৈসিরেন লাংপুম্ব কৌএ, সারিক নোংদম খোনজেন তানা লৈএ,—।

লৈবাক য়ামফা কৌবসু অসিনে, খোইংৌ কৌবসু অতুনে কুরু অতুদগী অপানবা কৌনা চংলক্লে, খোবি খুজিন খাদা থুংলে, অহিপ অতুম য়াহৌ থমহৌনা সুঙসি নোংদম্না লৈএ, মমিংদী মিহিং-ঙাং-তরৈবা কৌএ, কুরু সিদবনা হংকং-হম্বা লৈরে, মমিংদী থাঙ্গা কৌএ,—।

মতৌ অসুম্না তৌব-ওম্বা মতিক মরাঙ্গৈ মঙাম্না চংথিতুনা তায়কও থবাই হাপপক্লবদা,—। মথোঙ্গৈ পূম্নমক্কী লৈফমকু চিংঙ্ সোরায়েননা নোংদম লক্লে,—। অসীবনা খোইগী মথা খুদোল অহুম কুমথারক্লাগা নাওবরেন সিদবা কৌনা সুমিংনা কম্বান ওইতুনা কমহনলে,-থানা থাকল ওইহনলে থাগী মথক্তা মিরেন সিদবা অপোকপনা ফমহনলে, মথক্তা সুমিংনা মখুম খুমলে, অসিসু অসি হয়েংসু অসি হংসিংসু অসি অসি হায়রিবা অসি কৌবা পূম্নমকপু মখুংতা থম্না পায়হনলে—।

লৈসিরেন লৈপুনবীনা খোয়দগী খুদোল অমা কুম্বদা তিল্লুক ওইনা থমলে—। অতৌয়া সিদবনা পিশুম অনিগী মরক্তা লৈরে। পাখংবনা খোয়দগী খুদোল অনি কারগা লৈহনলে, য়েৎথংবা সেগ্রাকতা লাইথোং চেল্লে,-ওইথংবা সেগ্রাকতা খাথোং চেল্লে। ঈসিং তমলেন অচৌবদা অপানবা পাখংববু নোংদম হনলে,—।

লাই পুম্নমক্কী মঙাম্না কৌক্রনা লুবাই খোপকি মতুঙদা কোকতি মরোন অচুমনে কোককী মতুঙদা ঈরম অহুম্না চেল্লি

—(৮)—

থকলোমিদা সংগেমা অহিংবা চেল্লি ময়াতমা সঙ্গোম অকম্বা চেল্লি থাদা চেনবনা ঈশিং অরুবা চেল্লি—। কোকঁকী মনুঙদা স্না-গী থম্বাল মানা চামা নিপাল পানবা থম্বাল-অছুম সাংহনলে অতুগা লৈয়েং অসিনা থমখিবা অতুদা নোংদম হনলকলে।

থাঙজিংনা পিরু-মথা-থাগী কুরু থোংদা নোংদমহনলে। নোংপোক্কা থোইদৌদা বলজাও ওটনা নোংদম হনলে। বাং-ব্রেম্ব ঈশিং থোংদা নোংদম হনলে। চিংথৈ মাররজিংনা থাবাক সায়েং মরুদা নোংদম হনলে। থানা চাওবনা খুজিংথাদা নোং-দম হললে, সাজিক্কা য়েংথংবা চুবা নাপাদা-থাবানা ওইথংবা চুবা নাপাদা থবাই পিচাক পুম্নমক্কা ইলং-লংনা ওামা মপা পুম্নমক্কা লৈতেং হললে।

স্না থোংনাং লৈমগী ময়াইনা মঙান অনি থোকুনা ওই-য়েং অনিমক্কা থমলে,। অতৌম্মা সিজবনা লাই পুম্নমক্কা লোইননা লাই মঙা অসিগা পেপলক্লবা মতম অসিদা চিংঙু লাইয়ামগী মঙানবু তায়বঙ মসাদা পকথি হায়বগী তরৈহংসং হায়না কৌএ। পাখংবগী মিংথৈনা মিহিং তরৈবা হায়না কৌথে। স্না থোংনাং লৈমগী মমিংনা উংহিং লোংহোংনিং হায়না মিংথোন্দুনা তায়বঙ শক্তমদা থবাই হাপখি।

মী ওইবগী হকসাং মনুঙদা লৈরিবা ঈশিংনে, ঈনে,-হকসাংনে, তোংনে, তোংসানে, সরুনে, তিংনে, অসিনা অতৌবা অঙাংবা, অসংবা, অমুবা অয়াংবা অসনবা অমং বা-তরৈং অসিনা থৌবাই ওইহললে, অসিনা অংপোক মাই ওইহুনা লৈঙ্কে অশুম্বা পোকএ, হায়বগী নোংপোক কৌএ,—।

—(০)—

থবাই মঙামকপু তরুক্না চাকসীনলে, অমত্তা ওইনা পাতল্লে হায়বগী পোকল্লেন কৌএ॥ চাকতী অক্লবনে ফিদি অঙৌবনে, অশুম্না ওইরবগা থবাই মঙামকী মউঃ বোইরদী সিদব পাই মহাক্লে—॥ অসীন অমত্তা ওইরে হায়বগী লাংপুম কৌএ,—। লাংপুম হায়বদী খোঙ্গেন ওম-মশেন-থবাই মপুযু হায়বনী॥

চিংঙ, নোংপোক খোইমোম সিদবনা লাংওন সামবদা সাথেক মঙা খোক্না সামরকপদ সাথেক অনিনা লাইরেমবী ওইরে, সাথেক অহুম্না লাইয়িংথো ও'রে—। খোই:মাম— নোংপোক মালং হুমমোইবা। খোইয়ুম হুং-মোংবি অনিনা হুম-লক্না নোংলোন অতিংঙাদা মথল-৮১-থোক্না নোংলোন নোংসিং—সিংলক্লে—।

নুংসিং-৮১-না অহিং য়েবা, পুংজা-৩২-নুংথিল য়েবা পুংজা-৩২-পুং ৬৪-মকপু বাংলেল পুংলুপ পুহনা তরংথকতা লৈরবগা মালং নুংসিং সিদবা কৌএ, মিংলেন-১৭ মক্না থো-গল্লিবা, মালং নুংশিং সিদবনা নোংঙান লমদাইদা সিংলকপনা য়াইবি লৈনম য়েনবিবা তোংলেন তপনা সিংপিরকপা তায়বঙ নুঙদা লৈরগা থবাই হায়না কৌনরি।

অয়ুক সিংপা নুংসিংনা লৈচিল ওকপা নুংসিংনি, কংলা নোংলৈ য়াংবু-তম্না থবাই মঙা মক মিগা থানা তরুক-কস্নগা-তরেং মিরেনগা মাপন মকপু য়াইবিরেন সিদবগী থবাই হামচং নফরোই মিরেন হামকোন ইকরোই হায়দুনা নুং-সিং-৮১-না ইরম তরেং থোংলম মাপন্না ঈনুঙবা মসিংথোং য়াকাথরক্লে॥

—(৩)—

লাইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিমক অসিনা নুংশিংকী মশক ওইনা তায়বঙনুঙদা ঈরম-তরেং-খোংলম মাপান্দা সিনবা থংনা সিংতুনা তাইবং থয়াই নুঙসিং নিংথৌ সিংলক্রে—। লাইয়িংথৌদি খোইনে,-লাইরেম্বদি থম্মোইনে-অনিমক্তি মিংনে, মিৎতি পাক্লেং ফিরান মখোক্রে পাক্লেং ফিরান মখোক্তি থবক্ ঈ য়াইবীরেম সিদবগী, ময়াই মকোক্নে। পাক্লেংদি হনজলথিবনে, ফিরান্দী মতুম্নে, মখোক্তী মী.ন,-মীদি নুংসানে, অতুম্বদি মশক খোক্না উৎবু কোএ। হায় দুবা য়েংববু উরে মস্মিগী মশক্তা অভায়া কোবা লাই লেবনে।

মীগী ফম্বীদা থবংয়ুম সানা মোইবুং মারৈগুন্না লৈবনে, থম্বাল লকা-তরানে, মচুদি হিগোক্নে মমেনদি অঙংবনে, থম্বান অতুদি নুংসিংনে, নুংসা খোকপগী মকমদি অসিনে, লাইয়িং-থৌ লাইরেম্বী অনিনা থম্বাল অতুদা ফমলিএ, মকা তরাদা সিন্ন-ন্না লাংথিং অরুবা অমবু সোন্দুনা লৈরমএ,-।

খোংকাপ-১৬ মিকুপ ৩ নে ফিরান্না লৈবা মকমদি থবী-য়ুম সানা কোইবগী ময়াইদ, থম্বাল অতুগী মকা ৭ না কোইনা পাল্লে সংথাংনবা য়াইঙংগী মচুনে মমেন্দি মা লথাবক ফুদোং-বগী মচুনে, মকা অমদা লৈৱৈগী খোংকাপতি ১৬ মিকুপ ৪রে হায়তুনা সোনবা মমিং ( ৭০০ ) চরেৎকী মথৈ সোল্লে।

লাইরেন অঙোবনা খোন-থায়এ,। উয়ুংচক ময়ুংনা কোনথায়এ। ফমবা খিবিক, তনবা মযুঙদা কুমা লৈএ, মচ মন মোংমানবীনা, কোনঙাকএ, ময়ুনদি নোংপোকী ফমা লেননে অমরকচুং পাথংবগী ফম্বীলেননে অতুদা অতিংকোক কোবা

—(৩)—

খোঁবাই মঙ্গামকী মশাক ওইনা লৈঞ্রে। মকখদি ম্নাকোনকুলেননা পুহি কৌনা মিংলেন মিংখৈ ১৭ সোম্মা লৈঞ্রে। পলেম পিপুক নুঙদা থবাই য়াইবীনা লৈবদি য়াইবীনা লেমফুদা লৈ, থবাই না খোঁমি : নুঙ দালৈ লোংনুম অনিদালৈ হুকসাং কংজ্রই দালৈ থম্মোই ল ইয়ুম নুঙদালৈ মিংখৈদি হুইতে তেরা হুইতেতেনু সংদেনুদে সঙ্গে কওম নং কা কৌঞ্রে। পিপুক নুঙদা চাকচিল চক্তি হুইরিক রিকলেলে কুক কুক ক্রৌঞ্রে। পিপুকনুঙথম্মোই লাইয়ুম নুঙগী অরুবা মিংখৈনে॥—

লাইয়িংথৌ অসৌবগী মসা সাথায় মচেৎ (২৭) কুনতরেংনা-মচেং মাপননা মী ওইবগী হুকসাং কাম্লাং মপান্দা নুঙসিং ওইনা সিংতুনা কয়াং মপান্দ সিনথংনা সিংহনলে। মচেৎ তরেংনা মীওইবগী হুকচাং মনুঙদা ঈরম তরেৎ ওইনা তু-খোং তরেংতা চেলহুনা হুকচংগী পাঙ্গল অথোইবা মাংবা লৈতনা য়াইবী য়োইবী য়েননৌ ওইনা সিননা থংনা লৈরে;

মচেং মঙানা মী ওইবগী হচাং ওইরিবা মীগী মশা পুরিবা মৈ ঈশিং নুঙসিং লৈপাক অতিংঙা-মঙাদগী ময়াঙ্গ মঙানা ওইরিবা থবাঙ্গ মঙাগী মপুং তেংবানবা মপুগী সায়রোন ওইদুনা জয়বংশা লোইনদুনা লৈরে।

মচেৎ অহুম্না মী ওইবগী হকচাং পুরিবা নুঙগী মৈ ঈসিং নুঙসিং হকচাং পুরিবা য়াইবী তুংমফ হকচাং নুঙগী অহাংবা ওইনা লৈরে॥

মচেং অমনা মী ওইবগী হকচাং মরোং মিরেম অমুক তাইবং মী মশা পুম্নমকপু পৌরিবা তেংবানবা মপু অপোকপা ওইনা লৈরে।

—(৩)—

মচেং অমনা হকচাং নুঙগী মরম পুন্নমক অসি উরিবা তেংবানবা মপুগী ভুংনফম ওইদুনা লৈরে,। মচেং অমনা নিংসা নুঙসিং সোরগীচুপলী পাইদুনা য়েং-ওই চংলিবা তেংবা নবগী অমম অঙান থাইরিবা স্যানরিবা নুংসিংকী মপু ওইদুনা লৈরে,।

ঈয়ম তরেং খোংলম মাপনগী মরুদী লুরাই লেন্দুনী লেন্দুদা মী ওইবগী হকচাং পুন্নমকী বায়েল্লি পুমম্মক বাকোন বাগী মকোন ওইদুনা পাওতাকএ,—।

থরাই মঙা মিগা থানা তরুকতি থরাই অমনা হেক য়াখোকপদা মী ওইবগী হকচাং নুঙগী অমমম্বা বাখল লৌসিঙ অপংববু মাংহল্লি,-। অনিশুবা থরাইনা-হেক য়াখোকপদা মঙান পুন্নমকপু খোমজিনদুনা হকচাং নুঙগী অমম্বু ঙানহল্লি,—।

অহুম শুবা থরাইনা হেক য়াখোকপদা বাখল মপুং কানা লেপলগা অমংতা ওইবা শকতম্না পাক চাওরবা ঙমখৈ লৈতবা অদুবু শকতম মশক মরোং থঙনা নিংসা নুঙসিং য়েং ওই মশক থঙনা য়াইবী য়েনৌ থক্ত বাখল পুন্নমক থঙ্বা ঙমহনলী,—।

মরিশুবা থরাইনা হেক য়াখোকপদা নুঙগী মশক কুম্না কল্লবা মীওইবগী থম্মোইবু থোৎনা ঈংনা ইশিং ইরেনগুম্না মহি চেনহল্লি,।

মঙা শুবা থরাইনা হেক য়াখোকপদা মীওইবগী হকচাং নুঙগী লাই পুন্নমকপু বাখলনা নিংবা মতুং ইন্না চিংসিনদুনা মশক থঙনানিংজবা ঙম্মী,।

—(০)—

তরুক শুবা থবাইদি লেংকদে মামা লেংবদি তাইবং শকতমগী মঙান য়াবী পূন্নমক পুন্নিবা তেংবানবনা চিংবা তাইবং শানবা পুন্নমক ঈরং খুদেং অৱোইবা ঈপাক্ত তগনী, তাইবং সিরগনি হায়বা য়ানী,॥

ঈরম তরেৎ খোংলম মাপনগী অৱোইবদা খোংলম অহুম চেল্লী খোংলম অমনা মীওইবগী হকচাং মুঙগী য়াবী ওইরিবা য়াংগীলুচাও ওইরি,—। খোংলম অনিনা মীওবগী হকচাং অসিবু পূন্নিবা থবাই ওইরিবা নুঙসিং নিংসা য়েং ওই অনি ওইতুনা লৈরে,—॥

ওমথৈ লৈতনা পাকপা ঈপাক হাঙৈদ্দী মী ওইবগী হকচাংগী মনুঙদা ঈরম তরেৎ খোংলম মাপন্দা চেল্লীবা ঈচেলগী পম্বুংকম মরুদা লৈবা ঈরং হৌকম শুরুং ঈপোকফম ঈহৌকম মরু ঈরং খুদোং ঈপাকপুনী,—॥

অচেৎ কুম্বরনা-মসিং কুম্থার ওইখে,—। মচেৎ কুল তরেৎনা থবাই শকতম ওইখ্রে,—। মচেৎ তরেৎনা শকতম মৱোংলেপথে,—। লাইয়িংথৌ অসীবনা মচেৎ হুম্ফু মরি থোক্না সিদোকথিবগী অমুক পুনসিনকলপা শকতমদী অসিনী,। লাইয়িংথৌ সিদবগী সাইয়োন-লাংওন অসিদগী সাকোক থিরেন লাংপুম পুয়া হুম্ফুমরিনা পুয়া অময়ম অমুক থোকখ্রবনী,—॥

কৌক্র কৌবদি ক্লোক্তি মক্ষমদা কাথি হায়বা কৌক্র কৌএ—। হায়বগিসু কৌক্র অচিবা কৌএ—। অতুদগী খ্বাই পুন্নমকপু পোক্লকয়ে, হায়বগী পোকলেন পোকপা কৌএ—॥

—(৪)-

পোকলেনগা কোৱবগা অৱিনা ভিনসিনলবাগা নাথয়োৱ জাংপুম কোবনে-। চিংথৈ লৈনা হুনবনে চিংথৈ অমম্বনে চিংথৈ অঙানবনে অহুম অসিনা অমানা পজেংনে, অমনা লিকলাইনে অমানা অখোক্কে অহুম মকনা অমা,- মুমিংনে থানে, অমানা চহিনে, অসুম্ব খঙ-ও, । মমিংদি মুমিংনে, খাদি মাক- মইনে-। পুংদি চহিনে-। অচৎপনি মৱিমে লাই-রিক পরেংগুম্বা লাইরিকনে চেৎনা খঙ-ও-।।

মশক অমা হায়গে বোংদথা লাইনা কম্বাল মৱিবু সোক্ক-বদি থোং অদু- লাংশিনলবনে। মৈয়া ঙাংলবনে মুঙসিবা লাই- অদুগী মকম সোকক্ববদি কিয়াল লেংলবনে, কিয়ালবা লেংলবদি খুজিল ভাইরবনে খুজিল ভাইববদি সিয়গদবনে-।।

শম থোংক্ববনে, নাক্তেন ময়াং কংলবনে, চুথা কংলবনে মিৎ তামলবনে -। নৈতোন ওলবনে, লইগী মৱিন থোক্কবনে খুয়া হোইরবনে, মতম অদু য়োক্কবদি ঐহাক্কী অচেৎপা চুকয়েয়ু।

মরোং কাইদনাবা থৌওং খুথাক্তি মথৌ মওমতৌ মথৌ অঙম থোৱমগী মরোংদি মুকফুদি হুকশাংনে মুকতি মহিরেম্বে অইবদি-থোনজেননে-। লাদি পুক্রিংনে।

চিংথৈদি মিৎ-অনি-মকনে-। তবচিদি থদাং চাইরু অৱি মক্কে, মথাদি কোকনে, হুকমাংদি কোনে, অকারদি মিথে কৌক্ক মমিৎ খঙলবদি লৈব থৈপিক কাননাবনে। কোৱমেন অমিৎ খঙলবদি লৈব থৈশিক কোকশনে, চিংথৈ মমিৎ খঙলবদি লৈব থৈপিক ওয়নে,-। চিংথৈ মমিৎ খঙলবদি লৈব থৈপিক

—(৩)—

ঙম্বনে,—চিথাং মম্মি খঙলকন্নু লৈব থৈগিক, ঙম্বনে,—লাংপুম অসি খঙলবদি লাই কংব ঙম্বনে,—কোনলোই ঐসগী মমিং খঙ-ও মন্নু-মকাপ চংদবনে, সম্মোং মরি খঙ-ও লৈথোং কাইব তায়বা ঙমবনে।

---

# ২৮ শুরকপা মতাং

# লাই ১২ না মখল ১২ থোক্না কমদৌনা লাংঙন সানাবা

—লাইনিংথৌ লাইরেম্মা লাই-১২-না লাংঙন পুথোকপা ঈহৌ ইপূনে, অতিং কোকনে অতৌয়া সিদবনে কোননেন তুমৈসেংবনে, কোনচিন তুথোকপনে, নোংপোক অপাংবনে, ঙাগি নিংথৌ সারেংয়াংমানে, তিল্লিরেম্মে, লাইয়রেন্মনে, থাইরিরেননে, ইতাঙরেননে তাঙরোইলাংনে,

অসিনা তায়বঙ প্যানগী মরু ওইনা তাইবঙ মচুং ঙাংরকবদা অতিংকোক থোইয়ুম সিনবনা অতৌয়া সিন্নবদা, ১ থাং পাঙতাক হায়থি, ইপাগী নংগী থৌসিন্না থোইয়ুম কু ও নংগী নাম তঙ্গা সাইনলিবা, মশকসিং অসিদৌ মীগী সারোং ওইরে মী মহাক অসিবু নমুপোংবা নিংথৌ তায়বঙ কুরু হুয়না খঙনারসনু—।

(c)—

কমু পোংবা, মী মমোন নিংথৌ (৭) অমেং অসিদগী তায়বগ পানগী মী পুন্নমক সন্দোকলম্লে,—। পুন্নমক তিল্লবা অম্মোই লাইয়ুম কোনগী লাই অথোইবা, অওয়োই লাইগী মথক্তা তাইবও পানগী, মপু থোকলম্লে—। থেইয়ুম লাইয়ামগী মপু অসিবু লাইয়িংথৌ কৌই। লাইয়িংথৌ অসিনা সাথেক (২) থোক্তা সামহুনা লৈ-মহুদা সাথেক মওাদগী অনি থাইদোক্লে, সাথেক অসিনা লাইরেম্মা কৌরে।

সাথেক অহুম্মা লাইয়িংথৌ কৌরে, অনি থোক্লে। সক্তম ওইনা ফোংদোক্লকইব মুপা মুপাগী মশক ওইবা অসি মক্তা তিল্লিরেন লাইয়িরেন থইয়িরেন লিনঅওয়েম অওয়োই লাই (৫) অসিনা থৌগন চঙ্খই। মহুদা লৈরিকা তাইবও পানবগী, নোনা-মথোং কারকপা, মতুম্গী পাম্মবা মুণ্ডসিবা, কল্লকপা অপাম্বা অসি লাক্লবদা, ইকাইবা অকিবগা লোয়নবা, নিপা-মুপা ওইবগী মুণ্ডসিবগী মৈচাক থাওবদা অপাম মুংসী থুনবদা মুণ্ডাইবা ঈপাক্তা তাউবা, হবাওনা নীংবা থংনবগী অপেনবা লৈতবা মুণ্ডনবা মুণ্ডশিবা পাম্মবা অশুম তৌনা মথল (৭) থোক্তা সাম্লে—।

লহান হয়িউও কোরৌ অশুম কাংদরিউ। মালেম অমপাক্ত অনেমগুম পাল্লমঙৈ কোরৌ নোংগা মালেম লৈগ সাক্লংনরা পাল্লমঙৈ। তিল্লিরেন থাইয়িরেন লিনঅওয়েম অওয়োইলাই মওামক অসিনা থৌগন্দ না সাগৈ সলাই থিথিক পোক্লে।

—(৩)—

লুবাক—ইয়েক

১—পোয়েং খোক হায়নাইবা, খোইয়ুম লাই শাগুং শামুংবনা লাইজ-ঙদা কুম্মবহ লাইজ ইয়েল চাওকোই লৈতুম্বা চীংগু লাইজ ইথেল্লে খোংনাং লিসিং চাইবা আহৌনবা লাইয়িংথোগা ভুবাইবা খোংনু তোনথাংনুগা ইয়োই কোল্লে পোইয়েতোন পোকএ,। লুবাং পোকপা পাম্বৌনে। বাকচিং থা ১২ নি পানবা ইয়াই নুমিৎ চিংশৈ থহনলকপদা পোকখিবনে। লুবাংদি লংমাইচিং নুমিৎতা পোকখিবনে। চিংগুবা লাইদি কৌক্রনে কিসেৎ লৈতেংদি আচুদানবনে থাদি মেরা থাদনে। পাথংবনা খরুং পাংতা লৈরিঙেদা মমা লৈমা নোংলেল খোম্বীনা মপা লৈবাক পোকপা তকুপলেং কৌনা মংরক থিংকারিবীদা ভুবাইবীদি তোম্বাংনুনা ইয়োই মকোক পানবা লাইবু কোল্লে, পোইয়ে তোন পোকই, লুবাংনি ইয়োই কোল্লে হায়বদি ইয়োই লোয়নবা ইয়োই লোইনবদগী নুগুসিনদুনা লুবাং পোকই হায়বনী। লুবাংদি চিংতেতে অমানবা কৌদুনা লৈমাংথোং ঈয়েন মরু ঈয়াংথেল চিংজিলে লাংগোল চিংলাইপকক্ষ পানখী।

খোঙ্গবাক ঈয়েক

২—কোন জিল্লাংবা য়োয়বু খোয়মোম লাইয়েম্বা কজেংনোংথাং লৈমা থাওলেল হাইকুপ চেনবীবু কৈয়োই লনশানবা বাংবন পাওফানবা লাইয়িংথোগা চিংনু লৈমগনা সাচক কোল্লে, ভাহুংহুন খোক ভাংনিংসিংগা ২-পোকএ।

—([illegible])—

খাংকুলেনথা থাঙজিং কোয়রেল লৈমগনে, মোইরাং পোকপা পাম্বোনে লমতা থা-১২-নি পানবা থাংজ সুমিত্তা পোকখিবনে। মোইরাংদি থাংজ সুমিত্তা পোকখিবনে, চিংঙুবা লাইদি থাংজিংনে ফিদেং লৈতেংদি সুনা লাংবনে থাদি লমতা থাদনে। চিংনু লৈমনা সচিক কোল্লে মোইরাং পোকই হায়বদি হকচাং সচিক সুঙসিনা মাএরনদা মা অনি সুঙসী সুঙওন-নবা সাচিক মথা অনিমক চিক্রা সাম্নবসগী মোইরাং পোক্লে, হায়বা খানী। থোইদোদগি হৌরোক কোম্লো পোকএ মোইরাংদি অমিং মপুরোম্বা লোং অরাংবা সিদবা কৌড়ুনা খাংহি ঙাঙোই হবম পাংতা প্যানখি॥ পাখংবনং লাইরেন কোমদা লৈরিঙৈদা মমা সংথেম্বানা মপায় থাংজ থাংচিং কোয়া অতাং সম্লুদা পোকখিবনে।

—খাব-ঙানবা-ঈরেক

৩—স্রা-কোন্জিল্লোংবা থোইয়ুম লাইরিথৌ চৈংঙু হায়বও থায়বা থোয়ুম ম্রোম্মিরেল সম্বোঙ মপুরেলবগা। থেরে লোংবম চনুগা ২-না ইক কোল্লে থমচিং কোন পোকএ। কালেন থাগি ১৫ নি পানবা নোংমাইজিং সুমিংকি অমুক য়ুৎকতা খাব ঙানবগী অপোকপা পুম্বোনে। ততৌপুঙলেন সিদবা খাবা ঙানবদি ইরাই সুমিত্তা পোকখিবনে চিংঙুবা লাইদি নোংপোক অচিবা অপানবনে, ফিদেং লৈতেংদি ফিকে হিঙোনমে থাদি কালেন থাদনে। পাখংবনা থমপুং লোইদা লৈরিঙৈদা মমা লৈসু থোম্বানা মপা সগোলসেন খাক নিংথৌ কৌনা তোকপাপ ও খাবা লৌসেন

— ৬ —

কম্মা পুন্নাং হনবগি মমোল থেরে-লোংবম চমুনা কৈ মকোক পনবা লাইই কেক্কে, থমচিককোন পোকএ, হায়বদি পুকৈ চাওনা অঙাং-অপা লৈতবা লাইরেম্মনা কৈক্তা কিহল্লনা মরাই কানা সাম্বদনী থাক-ভানবা পোকই হায়কনী॥ থাক-ভানবদি খেম্নবা কংক্তিলো কৌত্তুনা লৈত্রাং লেম্না পার্কখএ॥

অঙোম ঔমুক

৪—কোনহৈরম সিদবা চৌংচু নোংথোং স্বপ্নারেন থাকপা নিংথৌ পুরৈরোম্বা পূন্নাং নাকাবা থংবা নোংনিংথো কোনথৈ অতম্ম মকাং অথাপপা লাইনিংথৌ সিদবা লাইম্নিব মহুমনুনা নোংলুম কোক্কে পুরৈরোম্বা পোকএ। অঙোক পোকপা পম্বোনে, ইঙেন থা-১২ নি পানবা নিংথো-কাবা অমুক মুথকতা পোকখিবনে। অঙোমদি লৈপাক-পোক মুমিত্তা পোকখিবনে চিংঙুবা লাইদি চৌংঙু নোংথো স্বপ্নালেমে ফিসেং লৈতেংদি অঙোবনে থাদি থথান থাদনে। ঙংচৌংবীনা কুপক্রে মাউনা থাকপা নিংথো চমু লায়েক লাথৎ চমুপা লাংওন সাম্বদা ইবেম্মা লৈমরেন সিদবীনা পৌথেৎ লৈম্মা লৈসাং খোম্বী লাইরেম্বী অহুমনু কৌনা অপোং ইংখোম্মা মপা ম্রিয়াই কুপক্রেং কৌনা নিংথৌকাবা মুমিত্তা লাইরেম্বী অহুমনুনা নোংলুম থাকু কোক্কে, অঙোপানবা অঙোম পোকএ। ইঙেন থা ১২-নি পানবা নিংথোকাবা মুমিৎ যুংগদবা পুং (১) অমা লৈক্কিভো অঙোপানবা অঙোম সাক্লোংক্লে। পাথংবনা হংসেন সোইদা লৈক্কিভো

—৫—

পোকখিবনে,। ইপুঞ্জো অহুম মখোয় মক্নিংদি হকসাং কৌই।

লাইশিবা অহুমনুশা নোংলুক্ত কোমে অঙৌ পানবা অঙোম পোকই হায়বসিগী মরক নোংলুম মোমপনবা, ইকাইহনা ফিনা খুমজনবা ইকাইনা মুঙসিনা সামকলগী, অঙোম পোকই হায়বনি, অঙুগা কুপক্রেংনা অঙোম পোকই হায়বসু কুপক্রেং ফজবা নীংখিবানা কুপসনলগা পোকই হায়বনি। মসি মতম অহুগী অমাইসিংগী লোননহনা চুমা ইরশ্নি। ঈঙোলবা অঙোম অঙৌ পানবদি কুপক্রেং-পোনং হায়না কৌহনা কোংবা মৈরোম্বী তুবি ইকাইকোন-সোদোংপুংমাইগী, ইরেন থোংবান্দা পানখি। অঙোমদি বুরুগী থোপকী মনুঙদগী পোকএ, কুরুগী থোম্মিগী চৌনা চোংথোকলকই হায়হনা অঙৌ পানবা অঙোম কৌই।

মঙাং ঈয়েক

৫—পৌক্রুলেন সিদবা চীংঙু নোংদম্লিবা লাইয়াংথৌ থোইয়ুম পুক্রিঙ বাচুমসুবা লাইবু কোম্মো ললসানবা বাংকক পাওকানবা লাইফিংথোগা লৈকক লৈয়ারেন চসুগনা সুমিং কোল্লে, পাখংবা পোকএ। মঙাং পোকপা পম্মোনে। ইঙা থা ১৫ নি পানবা সগোলসেন সুমিং যুংবা পোকখিবনে। মঙাংদি নিংথৌকাবা সুমিত্তা পোকখিবনে চিংঙুবা লাইদি বাংফুলেন থানচাওবনে, ফিসেৎ লৈতেংদি ঙাক্লরবনে থাম্মি ফিঙ থাদনে। পাখংবনা চিংনুঙ হুংতা লৈমিদৈদা মনালেন খোম্বিনা মপা নিংথৌকাবা সেন্তেংকোনা লাইয়ামে ওবা সংলা লৈকক লৈয়ারেন চসুনা সুমিং কোল্লে মঙাং পোকই

—(৬)—

কংফাম্দা পানখি। লফুবীদি লৈম তাদুনা লৈখাদুনা হামেং মকোক মানবা লাই কোলে মুংঙো য়ুমথংবা শাওনলে মুঙো-য়ুমথংবা পোকলে, চেংলৈ কৌএ,। চেংলৈবু অপালবা পাথং বা মনলি হায়রদুনা শরাং লৈসাংথেম কৌই।

পাখংবনা ঈকোপ্পা লৈরিবৈদা মমা লেমলৈ খোম্বীনা মপা নোংমাইজিং খাক নিংথৌ কৌনা লুম কোনবীদা চেংলৈ শরাং লৈসাংথেম পোকএ,। মমা সেকপিন মতোম্দগী নৌ-নৌবদা তেহিং মনিকহা কৌএ,। সনা ফম্বাম্দা ফমএ,—। মতিক ময়াই মঙাম্বা তিল্লবা লাইয়িংথৌ সিদবা মহাক্না লিক্লা পূনগী মনুঙদা হুমচিনখিএ চিংঙু পাঙ্গলবগা তিম্মারে অমত্তা ওইরে,। অমনা ফিয়েনলে। অমনা চাক য়েনলে, লিক্লা পূন-গুম্বা মনুঙদা হুনজিনখিএ,। অদুদা কুল্লে,। লিক্লাপুন কৌবদা সজিক্লে। সাজিক্লি লাইনে,। য়েন্নো তিথাবানে,। তিথাবাদা তিননে, অনিমকসিনা চেংলৈ শরাং লৈসাংথেম পোকএ,।

থাদি কাইরেলনি মাকমৈদি ২৬ নী পানবনে, মুমিংতৌ য়ুমশা কৈসনে, মতমদি অয়ুক্কে মচুদি বাওনা লাংএ থোবাই পিচাকতি লিকথা সাফাবনে, নাওরোইবিদা হুইমু লৈমানে,। লফুবী লৈখাদুনা হামেং মকোক মানবা লাইকোল্লে, চেংলৈ শরাং লৈসাংথেম পোকএ, হায়রবা অসিনা হামেং অমেংবা খোঙ্গোক মুঙসিবা অথোংপা বাঙাংনবা অসেংবনা নোনা শাম্ব-বদগী চেংলৈ পোকএ হায়রবানী।

৭ লাইয়িংথৌ কাইরেম্বা অনিমক্না শক লোন ৭ পুথো-কুনা মী মথল ৭ তা শকলোন মশক অমুমম অইনা চংদুনা

—(০)—

লাইয়িংথৌ লাইরেম্মনা শান্নবা মখল ৭ কী সালোন৭ থোকপা সালোন ৭ কী মশক ৭ মচু ৭ থোক্লা খাইদোক্তুনা সলাই ৭ থোক্লা খাইখিবা মচু ৭ তি অঙোবনা অঙোমনে,। অঙোংবনা মঙাংনে,। হিগোক্লা লুব্রাংনে,। অমুবনা খূমননে,। অরাং-বনা মোইরাংনে, অসংবনা খাব ঙানবনে,। লৈচিন অবাউবনা চেংলৈ শরাং লৈসাংথেমনে,। তম্বা মী ময়োন ৭ মচু অমমক ওইবা মচু মান্দবা মী ৭ অসিবু য়েক ৭ কৌই। খাবা চেংলৈ অনিগী মনাও অমমম লৈবা মরমদগী সলাই ৯ সু কৌই সলাই ৯ ঈয়েক ৭ মক নোংলোন সাকোক সাগে কৌবদী অসিনে।

——————

২৯ শুবা মতাং

## ঈহৌ ইপু সিদবনা কোরো মালেম তাইবং কমদোনা য়োকখিবগে ?

১। ইপু সিদবনা কোরৌ ব্রাংনা শেম মালেম নেম্না থম লৈমাই থক্তা খোইন্নুম স্না শক্তম্না ঙানথোইনা মালেমনা তাংবন ওইবা, কোরো নোংমদোননা কোকথোন ওইরিবা মাইকৈ চিথেক নিপালনা ফিসেৎ লৈতেংলিবা ঈহৌ ইপু সিদবা নমিং মিংস্না অনিনা সুমিৎ থা ওইরিবা নতু-তুখোং খুদিংদা থৌরাই পিচাক্লা পুমলং লংনা থোকইবা সোংয়া তুমৈ মৈতেংননা স্না চোংলেন ওইবনে।

—(৩)—

কেংলোম থংবা চারেন্বা অভৌবা নোংলুম পান খাইবা চলখনে, ওইরোম থংবা চৌরেন্দা মালেমলৈসরা অঙাংবা হীগা, চলখনে, মনামনা মালেম লৈসরা ওইঙেদা নপুক্কা নোংথো ওনঙৈদা নপুক মরিম চিংমান ওইবা, সিংলৌ ভা লীবা সাংলো লাম্বা ললদাং ওইবা, ঈরি শেলমদাংবা তুরেন তাকম ওইতুনা তুরেন তাকম মরুদা মিহুম ইনিম পিরিব, ঈরি ঈথাংনা লংচক ঈরাং ওইবা লাইজা ঈরাংবা তায়বঙ চাদা নাওতা পুম্নমক্তা খোয়াং ওইনা পিথকপা অইকং থোরাই পিমাবা, সিদবা লাইয়িংথৌ।

সুওসিং থোংলেন থালিরবা লৈকু নৈরাই খাং পাইবা তেরাওঙককি চোইপা পেবেছা খোংগুন লিচেবা, মাওঙ খোঙ্গা লাংওনবা পুলৈ নোংদ্রেনবা তিলিসাদা তরেং-তরেংবা খুয়িংখু তরং তরংবা সিদবা ইপুনা নোংসিংনে, ঈশিংনে, মৈনে, কোরৌনে, মাংমনে পুংকলকলবদা য়েংকী লমদাং ইনলকপা অতিয়া সিদবন তায়বঙ মালং শেমঙেদা ইমনা ইপাদা ময়েক ময়ক তাকখি, য়াইবী য়েনহৌঙেলা শামু লৌতমহুনবা কোরৌ অমংসিদা। তায়বঙ মাকলং পানগী বাহৈদা ঙসি হায়বদু নংনে হয়েং হায়বদু নহক্রে, হায়নরিবা অতীয়া সিদবা তায়বং পানকী মপুরেন খোইয়ুম লাইমক সিদবনা শায়োন ৭— ওনদুনা মিংলেন মিংথৈ মমিং ৭—থোক্না পুথোক্লগা লাংওন কুম্মৈ শামরকপগী মমিংদি, কুচি কৌবনে কুহিংচিং কৌবনে, চিরেনচী কৌবনে, শমরেংবা কৌবনে শমপোকপা কৌবনে পেরেনহিং কৌবনে, লায়িংথৌ লাইরেম্বা।

—(৩)—

অনিমক্কে শকলোন-৭-পুথোক্কুবা অমিং-৭-থাক্কা কৌনুবা লাংওন থৈবীক শমথারম্মী ॥

২—খোইয়ুম লাইমরু সিদবনা মাল্লেম লৈশেমহৈ কোবো নোংঙৌরকউদা খোয়মোম লাইরেম্মা তায়বঃ নেংশা পানগী হৈঃ পোকলৈম্মা কৌনা মিংহুন্দুনা হৈপোক লৈমনা তায়বঃ হৈঃ পোকখিএ,। হেয়ি হয়া-হঃ হৈঃ কৌবদি তায়বঙ চিল্লম খোল্লাং অনিবু হৈঃ হায়না কৌএ।

লৈ কৌবদি তাইবং মিংয়েং অনিমাবু লৈ কৌএ। চিঙ কৌবদি নাতোনবু কৌএ নাথাঙবু চিঙথাঙ কৌএ, নাকচি অনিমাবু চিঙখোঙ হায়না কৌএ, চিঙ তোনদি নাতোন অতুমবনে, অসি খিবিকপু শুনা উরিব মখৈদি য়াইবিপন চোংদেয়ে, মন-কৌবদি হকসাংদ শৌরি লোংলিববু কৌএ,—।

লোক হুম্ফু মরিনে, হিদেন তরানিখোইনে, চিঙসাঙ মরিনে, উঃ মঙ মাপননে, কায়াং মাপন্দী অসিনে,। চিঙসাং মরিদি পামবোম অনিগ, কৈগল অনিগা মরি অসিবু কৌএ,। উ মঙ মাপন কৌবদি ঈশিং খোংলম মাপনগী মরু ঈরম তরেংকৌ ইচেলনা চেলথারকপগি অরোইব পম্বুঙকম ঈরঙ ঈশিং তিনকমমগিনে, সেগ্রাক অনিনে, য়েংথংবা সেগ্রাকতা লাইখোঙ চেললে, ওইথংবা সেগ্রাক্তা লাইখোঙ চেললে, ওইথংবা সেগ্রক্তা থাখোঙ চেল্লে, থাদাংদগী কোইরেননে, চিলপল মথকী কোই নাতোন অনিগী ছুনে, পিশুম অনিগী শমনে, লুথমদগী শমনে, মাপন মক অসিবু উ মঙ মাপন কৌএ,—।

